# FOREWORD.

Study of history furnishes very valuable material for the advancement of human culture. Historical knowledge is not only important for its own sake but also for the reason that the facts of history enable us to deduce the principles which contribute to the rise and fall of a people. In this way it supplies the basis of social philosophy.

The book written by Sreejut Rajkumar Snahal Singh, B. Com., on the history of Manipur is a very laudable attempt to present in a brief compass not only the important historical facts so far as these have been yet ascertained but also it gives some valuable imformations regarding the culture and traditions of the people and the geography of the place. I feel certain that it will remove a long-felt want and will be of immense benefit to the children of the soil and also to outsiders who may desire to have reliable information regarding Manipur. The author has tried to collect facts in a proper historical spirit and has not been influenced by preconceived notions. I earnestly hope that he will continue his labours in this field and succeed in gathering more facts regarding the ancient history of Manipur and the Manipuris.

**Kamakhiyaram Barooah, B. L.**
*Chief Judge,*
Manipur State.

Imphal,
**The 12th February, 1947.**

# থাগৎ-চে।

শ্রীযুৎ রাজকুমার স্নাহলসিংহ বি-কম্‌না ইবা 'মণিপুর ইতিহাস' কোবা লাইরিক অসি খুঙ্গিং নুংঙাইবগা লোইনননা য়াম্না মুন্না পাজরে। লাইরিক অসি মণিপুরগী ইতিহাস হাইহৃনা ইনরক্লবা লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা মতমগী চপচাবা ইচেনগী মতুং ইন্না ইবা তরু তরুবা লাইরিক অমনি হাইবদা হাইমনবা থোকলোই। ইতিহাস অসিগী মইদি লেখক্কী নিজস্বনি। লেখক অসিনা লাইরিক অসিগী ফংবদা য়ারবা মচাক ময়াম অসি খোমজিন্দুনা মতম চংনা হোৎনজনা অওইবা মওংদা মণিপুর ইতিহাস অমা পুথোকপিরকপা অসি মৈতৈ ঐখোইগী চাওথোক্লফমনি। ইণ্টরমিডিয়েট ক্লাশদা আসামী লোন্দা "আসাম বুরঞ্জী" টেক্সট বুক্ ওইরি। ইন্দক্কী "মণিপুর ইতিহাস" অসিসু মৈতৈলোনগী ইণ্টরমিডিয়েট ক্লাশগী টেক্সট বুক্ ওইহনবিরবদি মণিপুরগী ইতিহাস খংবগা লোইন লোইননা লেখক্কী হোৎনজরকপা মইহ য়ানগনি অমসুং লেখক্কী উৎসাহ হেনগৎকনি হাইনা আশা তৌজে।

—ভাগ্যবতী পত্রিকা—

'মণিপুর ইতিহাস' হাইবা শ্রীযুক্ত রাজকুমার স্নাহলসিংহ বি কম্‌না লেংবা লাইরীক মচা অসী চাউরাক্লা পাদুনা য়েংবদা হৌজীক মণিপুরগি য়াৎলিবা ইতিহাস অসীমগিদী মচাক অমা ফজনা ওইগনী। ঐতিহাসিকশিংনা য়েংবদা ইতিহাস অমগি খঙনীংঙাই, য়েংনীংঙাই-নচিংবা অদুহ য়াৎতনা য়াওরি। অদুগা লাইরিক্ মচা অসীমত্তুং পাবদা মণিপুরগি য়াংমদা লৈথিবা ইতিহাস, পত্রিকা অমসুং দর্শকশিংনা করম্না অমদী মতাঙ, কদাই ফাওবা মণিপুরবু খঙবা, মণিপুরীনা থল্লিবা

রাখল অদু কদাই ফাওবা য়াবা—মাসি অপুম্বা মরম চানা উবা ফংই। লেখক্না মমল য়াম্লবা হীরম অসিদা মতম চঙ্না থিবিদুনা কনাগুম্বনা থিরদা—বারগদবা লংজৈন কম্ভাদগি পুথোকপিরক্ত্না ইবিরিবা লাইরীক অনাগিদমক ঐথোঙ্গনা লেখকপু থাগত্তবা ঙমজদে। খ্বাইগি উৎসাহ পরলদ ফংলবদী লেখক্না ফোঙ্ডমিনিংলিবা ঐতিহাসিক বিষয় অসি নীংথিনা মপূং ফানা পুথোকপা ঙমগনি হাঙ্গনা নীংজে। জাতি অমগি অচুম্বা ইতিহাস অমগা মান্নবা সমাজদা মরু ওইবব করি লৈবগে।

লাইরীক অসি সাহিত্যগি মচাক অমা ওইনা পাঠ্য পুস্তককি শীংদা চনখিবদা হেৌগৎলকলিবা ছাত্রশিংগি থোইদোক্না কান্নগনি হাঙ্গনা আশা তৌজে।

—ঙসি—

শ্রীযুক্ত রাজকুমার ঝলহল বি-কম্-না ইবা 'মণিপুর ইতিহাস' অসিদা মণিপুরগী মরমদা ইবা ইতিহাসগী লাইরিক অতৈদগী হেন্না তশেংনা অমসুং মরিক চুন্না নিংথৌরোলশিংগী বারোল থংবা ঙম্নবগী মচাক য়াওরি। মণিপুরগী মমাংঙৈগী নিংথৌশিংনা পানবা মতমদা লৈবাক্কী রায়েল পথাপ অমসুং শেন থুমগী মরমদা করি ফিবম ওই-রম্বগে হায়বা অদুসু নিংথিনা মচা থাইনা উবা ফংই। লাইরিক অসিনা মণিপুর ইতিহাসগী চর্চ্চাদা অৱাংপা শরুক অমসু হাপচনবগী থৌদাং পুরি। অদুনা মণিপুরী ঐথোইনা ইশাবু থংজনবগী দমক নত্রগা ঐথোইগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মঙাল হেনগৎহন্নবগী দমকসু সাধারণ পব্লিক অমসুং ইনথৎলকপা ছাত্রশিংগী মমল য়াম্লবা লাইরিক অমনি।

—দৈনিক প্রজা—

"মণিপুর ইতিহাস" কোবা লাইরিক অসিনা ইতিহাসকী হোনবী নিয়ম পুম্নমক কাইদনা য়াম্না ব্রানা মচাক তানজন্না সাইন্টিফিকেল্লী ইজন্না ফোংলকপসি মণিপুর ঐখোইগী ওহোক্লা চাওথোকনফমনি। লাইরিক অসি মপান্দা মৈতৈ মচা খুদিংনা মাবু করম্বা ফংত্না পোকপনো হাইবা অমসুং মপা মপুগী চাংদমনিঙাই লৈতবা গুণশিং অদু মমাংদা লানা উংপীবনা ওহোকপা ইমাজিনেসন্ অমা পীডনা মশাগী ইনফরিটি কমপ্লেকস্ অদু লোকত্তুনা মাগী মীগী মথাপোনদনা থৈনা চেহোকখিব্রা ইচেন অদু জাতিগী অশেংবা ইচেন্দা পুশিল্লকই।

অমনা ভূগোল হাইবসি ঐতিহাসিক্কী ভাবকী ভিত্তিনি হাইবা অসিদা মুন্না চর্চ্চা তৌই হাইবসিমসু লাইরিক অসিনা উংলি। অস্থিগুম্বা জাতিগী অমতা ওইবা লন্ অসি পুথোকপিরকপগি দমক চাওথোকপা অমসুং মুংশিজবগা লোইননা রাজকুমারবু থাগৎই।

—ইন্দ্রমণি সিংহ—

শ্রীযুক্ত রাজকুমার স্নাহল সিংহ বি-কমনা ইবা "মণিপুর ইতিহাস" থরাই য়াওনা পাজরে। লাইরিক অসি ইতিহাস কোবদা মতিক চপ চাই। ঙসি ফাওবদা ব্রাত্তুনা লৈরক্লিবা, মৈতৈ অমনা থংদব রাদ্রবা মণিপুরগী ইতিহাস থাঙ্গশেংবা মওংদা পুথোকপিরি। ইতিহাসকী হোনবী ভাক্লা গবেষণাগী মওংদা ইবা মণিপুর ইতিহাস মৈতৈরোন্দা মসিতনি।

শ্রীনোংমৈকাপম ইবোতোম্বী সিংহ, বি, এস্-সি।

মণিপুর কোবী ইমা ইবেম্মা। ইমাবু নিঙবা নচাশিংনা মানা মানা ঙমজবা ইমাগী ফীজেৎ লৈতেং কয়া থোল্লবসিমক্কদা থাইদগী মরু ওইবা নমান্নবী খুদিংনা সিনবা লৈতেং অমা হাৎপনা মীরক তিল্লুবদা মীমান্নদ্রে। হায়রিবা লৈতেংদু হাৎপনা ইমাগী নুরবা ঙকশম

# বাহৌদোক

লেখক-না গৌহাটি কটন কলেজগী ছাত্র ওইরিঙৈদুনা হৌনা "মণিপুর-ইতিহাস" অমা ইবগী নেশা পোকখি। লেখকী "জয়সিংহ হাকথক্তা" হায়বা প্রবন্ধ অমা শ্রীযুক্ত শীতলজিৎসিংহ বি-এ না সম্পাদন তৌবা "মণিপুর মতম" পাত্রিকাদা মথং মথং ৪। ৯। ৩৯ ইং, ১৮।৯।৩৯ ইং অমসুং ১১। ৯। ৩৯ ইংগী মশীংদা অহুমদা ফোংখি। মথংদা "জয়সিংহ হাকথক্তা" হায়বা প্রবন্ধ অসি অমুক চাওথোক্লা ইহুনা কলিকাতাদগী ফোংবা শ্রীযুক্ত লাইশ্রম গোপালসিংহ বি-এ না সম্পাদন তৌবা "নহারোন" পাত্রিকাগী ১৯৪১ ইং যাওশং-মশীংদা ফোংখি। "গম্ভীরসিংহ" হায়বা লেখক-কী অতোপ্পা ঐতিহাসিক প্রবন্ধ অমসু শ্রীযুক্ত খুরাইজম বুদ্ধসিংহ বি-এ না সম্পাদন তৌবা "নহারোন" পত্রিকাগী ১৯৪১ ইং পূজা-মশীংদা ফোংখি। "স্যার চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ" হায়বা প্রবন্ধ অমসু শ্রীযুক্ত কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদন তৌবা থাঙ্গাদা ফোংবা "ঙসি" পাত্রিকাগী ২শুবা মশীং (৩০ এপ্রিল, ১৯৪৬) অমসুং ৩শুবা মশীং (২৫ মে, ১৯৪৬) দা ফোংখি। শিক্ষিত ভদ্র মণ্ডলী অমসুং মরূপ মপাং অমাবদগী উৎসাহ ফংদুনা লেখক-না কলিকাতা সিটি কলেজগী ছাত্র ওইনা ওইনা ইতিহাসগী মচাক খোমজিন্দুনা "মণিপুর ইতিহাস" অসি লেংশিনবা হৌখি। ইম্পিরিয়েল লাইব্রেরীনচিংবা কলিকাতাগী অতৌ অচৌবা লাইব্রেরীদা মণিপুরগী মরী লৈনবা ইতিহাস, ব্রহ্মদেশগী ইতিহাস-নচিংবা লৈনজরকই। অসিদা নত্তনা মৈতৈনা ইবা ইতিহাস করা কয়াসু লৈনজে। লাইরিক অসি লেংজবদা মনমোহন ঘোষ, বারিষ্টর-য়্যাট্-ল, মুকুন্দলাল চৌধুরী, আব্দুল ফৈজ মহম্মদ আব্দুল আলি; জি, ই, হার্ভে; স্যার চার্লস্ উমফরসন্ এইট্‌কিসন; স্যার জেমস্ জনষ্টোন; মিসেস ডি, গ্রিমউড; সামরেষ্ট প্লেন, এফ, আর, জি, এস;

আর্ণল্ড রাইট-নচিংবগী মতেং লৌৱে। সিটি কলেজগী ইতিহাসগী অধ্যাপক আনলচন্দ্র বন্দ্যোপাধ্যায় এম্-এ, পি, আর, এস্-নসু লাইরিক অসি লেংবগী মতাং মতাংদা য়াম্না ইতেং ওই। মণিপুরগা কুচবিহারগা মরী লৈনবা মতাংদা কোচবিহার ষ্টেটকী বর্ত্তমান অধিপতি মহারাজা জগদ্দীপেন্দ্র নারায়ণ ভূপবাহাদুরনা ইতেং পাংবি। মাদুগী দমক কোচবিহারগী মহারাজগী মফমদা লম্মল তৌজরি। মণিপুরগা আসামগা মরী লৈনবা মতাংদা Dr. Wade's Account of Assam লেংবা আসামগী ঐতিহাসিক শিবসাগর নিবাসী শ্রীযুক্ত বেণুধর শম্মনা য়াম্না ইতেং পাংবিখি। লাইরিক অসদা অৱাল-অহুহনাচংবা য়াওরবসু সুধা সমাজনা নিংশিংবিরকুবদি মতুংগী সংস্করণদা চুমথোক্লবা লাক্লগনি। লাইরিক অসি মৈতে ইচিন ইনাওশিংনা মৈতৈ-সাহিত্যগা পোৎচং অমান হায়দুনা মিৎয়েং তাবিরাদ লেখক-না হোৎনজমল্ মহৈ য়াল্লে খল্লগনি। শ্রীযুক্ত ভাঙোম তোম্পোক সিংহনা লাইরিক অসি ফোংবগী ভার লোব। মাসমক নৎলমদ্রবদি লাইরিক অসি ফোংদোকপা ঙমাখরোইদবনি। মণিপুরগী চিফ্ জজ শ্রীযুক্ত কামাখ্যারাম বরুৱা বি, এল্ না লাইরিক অসিগী ভূমিকা ইবিদুনা লাইরিক অসিগী মগুণ হেনগৎহনবিরি। ইম্ফাল জনষ্টোন হায় ইংলিশ স্কুলগী ওঝা শ্রীযুক্ত শেক্সম ইবুংঙোহল সিংহনা মণিপুরগী ম্যাপ্ য়েকপিদুনা অমসুং ঐগী মরূপ শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা মৈতৈ ময়েক ইবদুনা লাইরিক অসমা থোক্লবা হোৎনবদা ইতেং পাংবি। শ্রীযুক্ত হৈস্নাম জাতিসিংহ ফটোগ্রাফর অমসুং শ্রীযুক্ত হাওবম শ্যামো সিংহ বি-এ না ফটোগী মরমদা য়াবমখৈ ইতেং পাংবিখি। ভদ্রলোকশিং অসিবু থাগৎচরি। ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেসনা ছাপা অমসুং ব্লক য়াবমখৈ নিংথিনা নাবদুনা লাইরিক অসি চঙ্খোন্না থোকহনাববগী দমক প্রেসপু থাগৎচরি।

বিজয়া দশমী,
তাং ২৪ অক্টোবর, ১৯৪৭ইং

লাইরিক লেংবা

ইহাঙ, হাঙলিবহু তোল্লবা নচা রাজকুমার স্নাহল বি-কম্না য়ামনা ৱানা হোৎনজদুনা লৈরাং লৈচেন চানা ইমানা থোরবা লৈরাং পরেং অমা শেমজরে। ননাই ঐনা মুন্না য়েংজবদা লৈরাং পরেংসি ওস্থোক্লা মথং মনাও অচৌ অপিক নাইনা মচন চানা অমস্থং লৈরাং লৈশক থঙনা থঙনা লেংথে। জ্ঞান তারবা ইউনিভর্সিতিগী ছাত্রশিংনা অসি-গুম্বা লৈরাং পরেংসবু মুন্না মশক খংনবা অমস্থং মথোইমকনা অস্থুম্বা লেংবা ওম্নবা চর্চা তৌরবদি হোজিক্তগী নত্তনা মতুংগী জেনরেসনগীস্থু মতিক চানা ইতিহাসকী মচাক থোরক্লনি হায়না আশা তৌজে।

—শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচা সিংহ বি, এ।

ইতিহাসনা সমাজগী মিংশেল্লি। ইতিহাসকী মিংশেল্দা সমাজগী কায়াৎ পুম্নমক মমি তারিবনি। মৈতৈগী ইতিহাস লৈতবা নত্তে; মচাক লৈতবা নত্তে। অদুবু শিক্ষিত ভদ্রলোকশিংনা ঙসি ফাওবা মায়কৈ অসোমদা থবাই য়াওশিনবিদবা মরমদগী বিজ্ঞান সম্মত ওইবা মণিপুরগী ইতিহাস অমত্তা উজদরি। অস্থুম্বা মতম কুইনা লৈরক্লবা মৈতৈগী অৱাৎপা অসি ঙসি লাইবক ফবনা কোকহনবিররে। ঐহাক্না রাজকুমার শ্রীযুক্ত স্নাহলসিংহ বি-কম্না লেংবা "মণিপুর ইতিহাস" কোবা লাইরিক অসি মৈতৈ ইতিহাসকী তুংদা অথৱিটি অমা ওইরগনি খল্লদুনা থৱাই য়াম্না য়াওনা পাজরে। লাইরিক মচা অসিগী লামায় থুদিংদা, পরেং থুদিংদা অমদি মতাং মতাংদা লেখক অসিগী মশাগী ওইবা অমস্থং বিজ্ঞানগা চুনরবা ভাব অমস্থং ইঙ্গিতনা তাকপা য়াবা বাহৈ উবা ফংবিগনি। নিংথৌরোন থরতগী বারীতনা নত্রগা সমাজগী বারী থরতনা ইতিহাস ওইবা য়াবা নত্তে। সমাজগী মস্থং মপান লোইনা ইতিহাসত্তা মমি তাগ-দবনি। অদুনা লেখক অসিনা লাইরিক অসিদা মৈতৈগী সামাজিক, রাজ-নৈতিক অমস্থং অর্থনৈতিক কৌভব পুম্নমক মফম চানা পুশিন্দুনা শম্পৎনা মপুংফানা ফোংদোকলি। অদুনা লাইরিক অসি পাঠ্য ওইবদা মতিক

# হিরম-লামাই

---



MANIPUR STATE
SCALE:
1" = 25 3/5 miles
KOHIMA
MAO
UKHRUL
CACHAR
SOMRA TRACT
R. BORAK
2561 KOU-BRU
R. IMPHAL
IMPHAL
LOICHING
VALLEY
NAMBAL
TAMENGLONG
SILCHAR
MOIRANG
LOGTAK L
WANG JING
THANGJING
CHURACHANPUR
KABAW VALLEY
AIJAL
25½°
25°
24½°
24°
93½°
94°
94½°

# মণিপুর ইতিহাস

## ১বা পন্দুপ।

মণিপুর হায়বা লৈবাক অসি মমাংঙৈগী মতমদা "মেখলী দেশ"স কৌরমই। ঙেবাও লৈবাক্না "মগলু দেশ" কৌই. ঔরানা মণিপুরবু "কতে" কৌই।

মনিপুর কৌখিবগী মরম (পুরাণগী লোন্দা শন্নপনা তাকপা) :—

দুর্গানা মহাদেবদা সাইগী মপুনিদি হায়রগা হরাও-কুম্মৈ হৌদোক্কবা করিগীনো। হায়রকপদা হরাওবগী লীলা অসি শান্নসি হায়তুনা মফম জুগোৎচাবা থিরকপদা চীংলোন মাপন্না কোইথবা ঈশিংনা ইরং-লংলবা মফম অমদা য়োরকলে। মফম অদুমক হরাওবগী লীলা শান্নফমনি হায়না লেপলে।

"অরণ্য শোভন্ন্ তুইং বিবিধ কুসুমযুক্তং।
শঙ্করেণ নিকুঞ্জরণ্য নগরং নৃপ॥"

—ধরণী সংহিতা।

মহাদেবনা ত্রিশূলনা ঈশিং অদু চীংনুংহংন্তা পুথখরে। শিব দুর্গা অনিনক লীলা শান্নবা হোরে, শান্নরিবা লীলা অসি উরগা অনন্তনা হরাওহনবা মণি চায়রি। মণিনা ইরং লংখরে হায়তুনা লৈবাক অসিগী মমিং 'মণিপুর' কৌখরে।

## —হুগুবা পন্দুপ

**ময়িং-তুমিং ঃ**

মণিপুরগী অবাংদা নাগা পাহাড়, নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ, খাদা লুসাই পাহাড় অমসুং চীন পাহাড়, নোংচুপ্তা কাছাড় জেলা লৈ। মণিপুর অসি চীং অমসুং তম্পাক অনি থোকনা খায়রি।

**পাক-চাওবা ঃ—**

মণিপুরগী পাক-চাওবা বর্গমাইল ৮,৬৩৮নি। চীংগী পাক-চাওবনা তম্পাক্তগী শরুক তরানাথোইদণীসু হেন্না চাওই। তম্পাক্কী পাক-চাওবদি বর্গমাইল ৭০০নি।

**লৈমাই ঃ—**

মণিপুর তম্পাক অসি সমুদ্র-ঈমাইথক্তগী ফুট ২,৬০০ লোম রাংই। মণিপুরগী অরাং ওনথৈদা লৈবা মাও এরিয়াদি ফুট ৫,৭৬২ রাংই। মণিপুর তম্পাক অসি অরাং মাইকৈগী খা-থংবা মাইকৈরোমদা কুংথে, মরম অসিদগী তুরেল অয়াম্বদি অরাং মাইকৈরোমদগী হোরগা থারম পাংনা চেংই।

**নোং-চুবা ঃ—**

মণিপুর তম্পাক্তা চহিদা ইঞ্চি ৪৬৮৫" (১৯১৯-২০ইং)দগী ইঞ্চি ১০০.৬৬" (১৮৯৯-১৯০০ইং) রোমফাও নোং চুই। চীংগী লমদদি মসিদগী হেন্না নোং তাই। কাংপোকপী এরিয়াদা চহিদা ইঞ্চি ১৩২" দগী ১৭৮" রোমফাও নোং চুই। চহিদা ভমেল্লোং

এরিয়াদা ইঞ্চি ১৩৩" দগী ১৭৪" রোমফাও, উখ্রুল এরিয়াদা ইঞ্চি ৬০" দগী ইঞ্চি ৮৩" রোম ফাও নোং তাই। চূড়াচান্দপুর এরিয়াদা চহিদা ইঞ্চি ৩৫" দগী ইঞ্চি ৭৫" রোমফাও নোং চুই।

চীং ঃ—

চীংগী লমনা ভুম্পাক্তগী হেন্না চাওই হায়বসি মথক্তনা নিংশিংখরে। ভাঙ্গাই চীংশাং, কাইলাম চীংশাং, উনিংথৌ চীংশাং, মপিথেল চীংশাং, অসিদা নত্তনা চীং সচা, চীংতুম কয়া কয়াম্বু লৈরি—মখোই অতুদি নোংমাইজিং, লাঙ্গোল, চীংমৈরোং, চীংভা অসিনচিংবা।

তুরেল ঃ—

মণিপুরগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা তুরেন্দি বরাক-নি। মণিপুরগী নোংচুপ থংবা ভমথৈদগী হোথিত্তুনা কাছাড় অমসুং শ্রীহট্টরোনদা চেল্লি, কাছাড় ফাওবা বরাক কৌই; শ্রীহট্টদদি শুরমা কৌখরে। অতৈ অতৈ তুরেন্দি—ইম্ফাল তুরেল, ইরিল তুরেল, নম্বুল তুরেল, নাগ তুরেল, মোইরাং তুরেল অসিনচিংবা। নম্বুল তুরেল মোইরাং তুরেল লোক্তাক পাংতা তাই। অতৈ অতৈ তুরেন্দি ইম্ফাল তুরেনগা তিন্নখিত্তুনা ব্রহ্মদেশগী চিণ্ডুইন (নিংথি) তুরেলদা তাই।

পাৎ ঃ—

মণিপুরদা লৈরিবা পাৎশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না পাক চাওবা পাৎতি 'লোক্তাক'নি। ঈপান্থাদা লোক্তাক পাংকী

মরাক ময়ুংদি মাইল ৮×৫ রোমফাও শন্দোকই। অতে অতৈ পাংতি,—রাইথৌ শোইরেল, রাইথৌ ফুননোম, পুমলেন, নিংথিখোং, লৈনহী-পাৎ, সনাপাৎ, উত্রাপাৎ, লৈতাং-পাৎ, লৈঙাং-পাৎ, লোমলেন পাৎ, লফুপাৎ, কমলা-খোং, থরুংপাৎ, লমজাওখোং-পাৎ, ইকোপ-পাৎ। মসি নত্তবা কালেন থাদা কংবা পাৎশু য়াম্না লৈ।

ঈথৎ ঃ—

লোক্তাক পাৎয়াইদা থাঙ্গা, ঈথিং অমসুং কারাং কোবা ঈথৎ লৈ।

খোং-দগী থোকপা ঃ—

মণিপুরগী থুমখোং অয়াম্বদা 'মৈতৈ-থুম' শুংই। মণিপুরদ. ময়াংথুম লাকত্রিঙৈদা মণিপুর থুমখোংদগী শুংবা মৈতৈ থুমতনা মণিপুর পুম্বা থাক্লমই

মণিপুরগী থুমখোং :—

(ক) তম্পাক্তা ঃ—নিংঙেল, শিখোং, চন্দ্রখোং, রাইখোং, গোর্ডখোং, কাদাংবন থুমখোং-লোক, সেকমাই থুনৌ থুমখোং-লোক।

(খ) চীংগী লমদা ঃ—নামলি;— খারাসোম, মারেমখুলেন, মারেম ফুং, লুচাই-খুলেন, লুচাই-খুনৌ, পাউই, চলৌখুলেন, চলৌ মলহৌ, তুসৌ খুনৌ, খিংগাই, কালহাং-খুলেন, কালহাং-খুনৌ, রাহোং, থিরা, (থিরাদা মফম অনি)। মণিপুরদা শুনু অমসুং য়োং থোকই। 'মেগনেসাইট্ উইথ্ সারপেন্টাইন্

(Magnesite with Serpentine,) 'পিসিফোরম লিমোনাইট্' ( Fisiform Limonite ) কৌবা খোং-দগী থোকপা পোৎ (Minerals) সু ফংই।

**লম্বী :—**

মণিপুরদগী মপান্দা চংনবা লম্বী অহোবা অহুম লৈ। খ্বাইগী মরু ওইবা লম্বীদি ইম্ফালদগী ডিমাপুর য়েৌবা লম্বী অসিনি। লম্বী অসি মাইল ১৩৪ শাংই, লম্বী অসি 'মণিপুর রোড' হায়রগা খংনৈ। ইম্ফালদগী অরাংলোমদা মাইল ৬৭ চংলগা মাওদা মণিপুরগী অরাং ঙমখৈ থেংলে। অনিশুবা লম্বীদি ইম্ফালদগী কাছাড় য়েৌবা লম্বীনি, লম্বী অসি তোংঙৈ মরিনপু কৌই; 'কাছাড় রোড' হায়রগসু খংনৈ। ইম্ফালদগী কাছাড়গী হেড কোয়ার্টর শিলচর য়েৌবা লম্বী অসি মাইল ১২৫ শাংই। শিলচরদগী মাইল ২৪ চংশিল্লকপা ইম্ফালদগীনা মাইল ১০১ চংশিনখিবা মকম হায়বদি জিরি তুরেলনা মণিপুরগা কাছাড়গগী ঙমখৈনি। অহুমশুবা লম্বীনা ইম্ফালদগী বর্ম্মা চংপা লম্বীনি। লম্বী অসি 'ইণ্ডো-বর্ম্মা রোড' হায়রগসু খংনৈ। লম্বী অসিগী ফ্রন্টিয়ার ষ্টেশনদি তুমুনি, ইম্ফালদগী মাইল ৫৩ থাপই, ষ্টেট সীমানাদগী মাইল অনি চংশিল্লি।

**মণিপুরদা লৈবা মীঃ—**

মণিপুরদা মী জাৎ য়াম্না তাখরে। মৈতৈনা লৈরিবা জাৎ পুন্নমক্তগী অথোইবনি। পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুনা মৈতৈগী মরমদা "সুর্ম্মা উপত্যকা" হায়বা প্রবন্ধ অহুদা ইরি—

"মখোই অসি তোপ তোপ্পা জাতিনি। ভারত্তা অসিগুম্বা জাতি অসি মফম কলাইদসু উথিদ্রি। * * * নুপা নুপী য়াম্না নাল্লি, নুপীমচাশিংগী মমাই অমসুং মমিৎ নোকমি নোকমি তৌই। অঙাংশিংসু য়েংবদা য়াম্না ফজে। লেউবনা মৈতৈ অয়াম্বগী ঙৈবিকানি। মখোই নিংথিনা লং নাইনা, ফি শাবা হে। জাৎকী ননক্তা চাৎথোকচৈ। ভয়নক বৈষ্ণব ওাক্তনি * * *।"

মৈতৈ নুপীশিং নোম্বা য়াম্না কল্লি, ফি শাবা য়াম্না হে—মৈতৈনা শাবা ভৈবোং, কাংখল, লশিং-ফীনচিংবা মীরৈবাক্তা মমিং চৎলি। চহি ৮০০ গী মমাংদা মোইরাংদা থোইবীনা শারম্বা ফি সভ্য সমাজগী তমজফম ওইবা পোৎশক অমা ওইনা হেজিক ফাওবা লৈরি। মৈতৈ নুপীশিংগী মরমদা ডাঃ ব্রাউন-না হায়রি—"It is not uncommon to meet girls with brownish black hair, brown eyes, fair complexion, straight nose and rosy cheek."

তমদা লৈবা মীদি মৈতৈ, পাঙল অমসুং তমগী হাও অনিনি। চীংদা লৈবা জাৎতি—খোংজাই, কবুই, ওাঙমৈ, চিরু, পুরুম (চোথে), আইমোল (কোম), মরিং, তাঙ্খুল অসিনি।

মৈতৈগী মনুংদা জাতি ভেদ লৈ. ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষত্রিয়না অথোইবনি। রাজবংশদি চন্দ্রবংশনি, অহুমগুবা পাণ্ডব বীর চূড়ামণি অর্জ্জুনগী ধারা-নালানি। মণিপুরদা 'বিষ্ণুপ্রিয়া' হায়বা জাৎ অমসু লৈ। মখোই অসিগীদি 'বিষ্ণুপ্রিয়া' হায়বা তোপ-তোপ্পা লোন অমসু লৈরি। বিষ্ণুপ্রিয়াগী নিংথৌমচাশিংগী মনুংদা

অনৌবম অমস্সুং অরিবম অনি থোক্লি খায়রি। গণক হায়রগা থংনবা ব্রাহ্মণ কাংবু অমস্তু লৈরি। মখোই অসি মিশ্রবংশগী ব্রাহ্মণ-নি, স্বর্গীয় তপন মিশ্রগী মশুং—সুরথ, দশরথ, উদ্ধব কৌবা ব্রাহ্মণ অহুম চরাইরোংবা হাকথক্তা মণিপুরদ লাকই, ব্রাহ্মণগী হৌনবী বৃত্তি চঠুনা লৈরকই। স্যার চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজ সুনা হাকথক্তা মহারাজনা তৌহন্নিংবা থবক থরা য়াখিদবদগী মহারাজনা ব্রাহ্মণশিং অসি ইস্থোক্লুনা থনমই। হৌজিক্কী মতমদা গণক হায়রগা থংনরিবা ব্রাহ্মণশিং অসি হায়রিবা ইন্থোক্লস্ব ব্রাহ্মণশিং অসিগী ধারানালানি।

মণিপুরদা অতৈ অতৈ জাৎসু লৈরি—লোই অমসুং য়াইথিবী। লোই হায়বা জাৎ অসি মৈতৈ-সমাজদা তিন্নদবা তোল্লবা জাৎ অমনি। লোই হায়বা অসি মখল অনি শুরি—

(১) নিংথৌনা লাল চৎপদা ঙমলক্তুনা ফারক্তুনা থম্বা লোই জাৎ অমা।

(২) ধর্ম্ম অমসুং সমাজনীতিদা অকায়বা চৎলুবদগী সমাজনা অমসুং নিংথৌনা তিন্নদত্তনা তোথায়না থমখিবা লোই জাৎ অমা।

লোইরম্ঃ—

নাহারূপ পানাদা সেকমাই, খুরখুল, কেন্দ্রুক, চকপা-ফয়েং; অহল্লুপ পানাদা চকপা লৈত্রাম, চাইরেল; খাবম পানাদা অন্দ্র।

য়াইথিবী হায়বসিদি সমাজগা তিন্নদবা য়ান্না মাংই

হায়ন নিংনবা শম্নরক্কবা, ফিমুদা শেত্নুনা ৷শক খংননবা তোপ-তোপ্পা লৈরকপা জাৎ অমনি।

মীশিং ঃ—

স্যার চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজ স্না হাকথক্তা খৃষ্টাব্দ ১৮৮১দা মীশিং থিবদা মীশিং লক্ষ ২ লিশিং ২১-গা ৭০ শুখি. নিপানা ১,০৯,৫৫৭ নি স্নুপীনা ১,১১,৫১৩ নি। ১৯০১ ইংগী মীশিং থিবদা ২,৮৩৯৫৭ শুখি। ১৯১১ ইংগী মীশিং থিবদা ৩,৪৬,৩২৩ শুই। ১৯২১ ইংগী সেন্সাসতা মণিপুরগী মীশিং ৩৮৪,০১৬ শুখি, ইম্ফালদগী মীশিংনা ৮,০০০৩ নি। ১৯৩১ ইংগী মীশিং থিবদা মীশিং ৪,৪৫,৬২৫ শুখি। ১৯৪১ ইংগী সেন্সাস রিপোর্টতগী খংবা ভমই—হায়রিবা চহি অসিদা মীশিং ৫,১২,১২৭ শুই। আসামগী অতৈ অতৈ টাউনদগী ইম্ফালনা খ্বাইদগী হেন্না মীশিং য়ামই। ১৯৪১ ইংদা ইম্ফালদগী মীশিংনা ১,১০,৯৪৭ শুই।

লোল অমস্তুং ময়েক ঃ—

মনিপুরদা লোন্নরিবা লোল পুম্নমক্কী মন্নুংদা মৈতৈরোন্না অথোইবনি। মৈতৈরোন অসি প্রাকৃত সংস্কৃত লোন্দগী থোরকপা লোন্নি হায়না অহৈ-অশিংনা লেপই। ভাষাবিদ্ ডেল্টন (Delton) সাহেবনা মৈতৈরোন অসি সংস্কৃত লোন্দগী থোরকপা লোন্নি হায়ংনা মশাগী মত পিরি—"The Manipuri community have their own language of Sanskrit derivation." মৈতৈরোন্দা থংননা য়ুমলোন্নন৷ লৈমিন্নরিবা

ভাতিশিংগী লোনস্থ খরা চংখরে। মৈতৈ ময়েক কোবা ময়েক অমস্থু তোখায়না লৈরি, মসিস্থু সংস্কৃত দেবনাগরী ময়েক্কগী থোরকপা ময়েকনি। মৈতৈগী মমাংঙৈগী অরিবা লাইরিক-লাইশুদি মৈতৈ ময়েক্কা ইবা ভাক্কনি। হৌজিক্তি মৈতৈ ময়েক চংনদ্রে, বাংলা ময়েকনা শিনখরে। মৈতৈরোন অরিবগা (Archaic Manipuri) হৌজিক চংনরিবা মৈতৈরোন (Current Manipuri) গা য়াম্না খেন্নরে। মৈতৈরোন অরিবা খুদম ওইনা থংননবা মখাদা ইরি। চীংদা লৈবা মীগী মনুংদা লোন্নবা লোন য়ামখরে, খুল অমগা খুল অমগা লোল তিন্নদে, খরা খরা থংনরবস্থ। মথোইগী মশাগী ওইবা ময়েক লৈজদে। মখোই মশেল লোল তিন্নদবা মরম্না চীং-মী পুন্নমক জাং অমস্থুং খুল তিন্নদ্রবদি অমগা অমগা লোন্নবদা মৈতৈরোন্দা শিজিন্নে।

## মৈতৈরোন অরিবা ঃ—

"মুংবাল পুনশি ইব্রালনৈ, চারোল তরেং থোলমল লৈ, শুরেল তরূক তানকংলৈ, ফত্রে নৈশিন্নে, য়ামদ্রে চাইশিলনৈ, চহুই কাংবা লৈবু লৈরাং থয়োম শানা পীনরমও।"— লাংলোল, লাঃ ১৭।

## চংনরিবা মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা ঃ—

"নুব্রাংশুরু পুনশিবগী মপুনশিদি চারোল তরেং শুরোল তরূক ফাওবা লোমদে। মাগী পুনশি ফত্রবস্থ শিনবা য়াবা, য়ামদ্রবস্থ হাপচিনবা য়াবা অহুবু মপুল শানা পীনরমউ।"— লাংলোল।

**শলাই ঃ—**

মৈতৈ হায়বা জাতি অসি শলাই ৭ থোক্না খায়রি— (১) নিংথৌজা (২) অঙোম (৩) খুমন (৪) মোইরাং (৫) লুয়াং (৬) চেংলৈ অমসুং (৭) খাবা ঙানবা। শলাইশিং অসি য়েকস্থ কৌনে। শলাই তরেৎ অসিগী মনুংদা নিংথৌজা, অঙোম, খুমন অমসুং মোইরাংনা থোইদোক হেন্দোকনা মমিং চংখি। নিংথৌজানা শলাই তরেৎ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না খুংকন পাঙ্গনবদা মমিং চংখি।

**মীরৈবাক্তা মৈতৈ খুন্দাবা ঃ—**

মণিপুরগী মপান্দা মৈতৈ য়াম্না খুন্দাখরে। আসাম প্রদেশগী মফম অয়াম্বদা থোইদোক হেন্দোকনা কাছাড়, শ্রীহট্ট, হোজাই, যমুনামুখ অমসুং গৌহাটিদা, বংলাদেশগী ঢাকা, ত্রিপুরা, নবদ্বীপ, সুসঙ্গদা ; যুক্তপ্রদেশগী রাধাকুণ্ড, বৃন্দাবন্দা, অসিদা নত্তনা ব্রহ্মদেশগী মফম অয়াম্বদা মণ্ডলে, রেঙ্গুণ নচিংবা মফমদা মৈতৈ-খুল শন্দোকখরে।

**মমাংঙৈদা চৎলম্বা শেল ঃ—**

মমাংঙৈদগী হৌরহুনা কুলচন্দ্র মহারাজ স্না হাকথক কাপ্তবা শেনজেংগী শেনথায় কৌবা দেবনাগরী ময়েক্কী "শ্রী" হাপ্পা শেল অমা চংনরমই। শেমথায় অনিনা শেল অমা শারমই। চৌরজিৎ মহারাজনা খৃষ্টাব্দ ১৮২৫ দা লুপাগী চিথেক নাইবা শেল মখল অমা চৎনহল্লমই। হৌজিক্কি শেমথায় চংনখিদ্রে, ভারত সরকারগী শেন্না মহুৎ শিনখরে।

মৈতৈ-চে ঃ—

......মপ্রান্দগী চে মণিপুরদা লাক্লিক্লৈদ্রা মণিপুরগীস্থ মরনাই চে শুংডুনা শিজিন্নরমই। মতুব মৈতৈ-চে কৌই।

মণিপুরগী খোইদোকপা থরা ঃ—

(ক) মৈতৈ জগোই ঃ—

জগোই-চৈশে-পুংদা মণিপুরগী খোইদোক হেন্লোকপা অমা লে। ভারত্তা মমিং চৎলিবা জগোই মখল মখল লৈরিবশিং অসিগী মনুংদা মণিপুরী জগোইস্থ য়াওরি। অরাং ভারত্তা 'কথক' জগোই, খা-ভারত্তা 'কথাকলি' জগোই অমস্থং নোংপোক ভারত্ত 'মণিপুরী' জগোই ভারত্তা মমিং চৎলিবনি। লাই হরাওবা জগোই মৈতৈগী অরিবা জগোইনি। মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইফুৎ চংঙক্লবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মা হাকথক্তা "রাস" হৌদোকখি। মণিপুরগী 'ওরিয়েন্টেল ডান্সিং' লেংচুপ-লোমদা ফাওবা মমিং চৎলিবা, য়াম্না থাগৎনবা সভ্য-জগৎনা শীংথানরিবা জগোইনি। মৈতৈ জগোইগী মরমদা অফাও-অফাওবা মীনা অমস্থং খবর কাগজনা পিরকপা মতামত খরা মখাদা পিরি।

(1.) "In northern India the only place where I have seen really good dances is Manipur." —*Uday Shankar.*

(2.) "... ... ... the Manipuri dances breathe an extreme sensitiveness to all the beauty we

find in nature, when we enjoy the fragrance of a flower or delight in the silvery coolness of a moon light night, in the gorgeous warmth of sunset or in the pure depth of a morning sky."

—*Pratima Tagore.*

(3.) "The Manipur dances form a class by themselves and they take their place worthily beside other traditional Indian Schools of the dance. .... .... In the revival and evolution of Modern Indian Dancing, Manipur will surely have an important part to play."

—*Dr. Suniti Kumar Chatterjee,* M. A., D. Lit. (London), F. R. A. S. B.

(4.) "Manipur is a living museum of arts and crafts. ... ... ... But the most sensational discovery was that of the superb dance forms evolved and transmitted through centuries, by our Manipur friends. Manipur and the whole of India should naturally feel proud of such a glorious tradition of dancing."

—*Dr. Kalidas Nag,* M. A. (Cal), D. Lit (Paris)

(5.) "The secret of the charm of Manipuri

Dancing lies in its freshness and spontaneity....... Dancing in Manipur is not merely an ancient relic to be kept in cold storage. As a folk art it is vitally alive, and the people not only cherish jeolously the traditional art handed down to them from the past, but have added to and developed it into something which compels the admiration of all art lovers and connoisseurs." —*Haren Ghosh, Impressario.*

(6.) "Manipur dance afforded me at once a pleasure and surprise—it was something unique, a beauty of which I had no idea at all ! I realised at last where could world-renowned Uday Shankar remodel his ideals of Indian dance !"

—*Anurupa Devi.*

(7.) "The rock-bound state in the north-east of India with her fantastic forests, murmering meandering rivulets is the "meet nurse of a poetic child." Every girl in Manipur is a born "ballerina" and every boy a 'matre de ballet.' Dancing is the part and parcel of their naturalistic education." —*Hindusthan Standard*

(8.) "To actually witness the real art of the Manipur dances which have helped to fame all artists from different provinces who have borrowed greatly therefrom—is, indeed, a great attraction for art lovers."

—*Ananda Bazar Patrika.*
(Translated.)

(ঘ) শগোল-কাংজৈ (পোলো) ঃ—

হৌজিক "পোলো" হায়রগা খংনরিবা শগোল-কাংজৈ শান্নবা অসি মণিপুরদগী হৌদোকখিহ্রনা পৃথিবী অসি শিনবা থুংখরে। 'ইনসাইক্লোপেদিয়া ব্রিটানিকা' (Volume 14) গী লামাই ৮১১ শুবদা ইরি—"The English game of polo was introduced from Manipur where it forms a great national pastime." ইং কুমজা ১৮৬৮দা মণিপুরদা লৈবা ব্রিটিশ মাউন্টেন আর্টিলরীগী অফিসারশিংনা মণিপুরগী শগোল-কাংজৈ শান্নবা অসি য়াম্না পাম্নহ্রনা মৈতৈদগী তমখি। হায়রিবা চহি অসিদা মণিপুরদগী শান্নবা হৈবা মৈতৈ পুহ্রনা কলিকাতাদা ম্যাচ অমা শান্নহ্রনা ময়ামদা য়েংহল্লি। শগোল কাংজৈ শান্নবা অসি উবদা পাম্নহ্রনা তরাশুবা রয়েল হুসার (10th Royal Hussar) বৃটিশ রেজিমেন্টকী কাংবুনা মৈতৈদগী "পোলো" শান্নবা তাখি অমসুং মৈতৈগা শিংনহ্রনা শান্নবা হৌখি। মতুংগী চহিদা তরাশুবা রয়েল হুসারগী কাংবুনা

ইংলণ্ডদা পোলো শান্নবা হৌদোকখি। অমুম তৌতুনা শগোল কাংজৈ শান্নবা অসি মীরৈবাক্তা "পোলো" খোন্দুনা মথং মথং শন্দোকখি। মণিপুরদা শান্নবা পোলোগী মরমদা মতম অমদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা স্যার জেমস জোনষ্টোন সাহেবনা "My experiences in Manipur and Naga Hills" কৌবা লাইরিক্তা ইরি—"Between the Residency grounds, the "Senakeithel" and the great road, was the famous polo ground, where the best play in the world might be seen."

মণিপুর ঃ ভারত অমসুং ব্রহ্মদেশগী মরক্তা—

মৈতৈ-সভ্যতা অসি মশাগী তোপ-তোপ্পা সৈরক্তি। মণিপুর হায়বা লৈপাক অসিনা ভারতকী খমুথেংবা অরাং-নোংপোক ডাকৈদা লৈবা ওইদুনসু ভারত-সভ্যতাগী ইচেন্না ওহাক লৈতনা য়ৈররি। ব্রহ্মদেশগা তাইননা লেবা মরমদগীসু ব্রহ্মদেশগী সভ্যতাগী ঈচেনসু ইচেন চেনশিল্লক্তবা নত্তে। অমুম ওইবা মৈতৈ-সভ্যতাদা মান্নদবা চেনশিল্লকলিবা সভ্যতাগী ঈচেন অনিনা থেংলরি।

মমাংদৈদা ভারতবর্ষদগী ব্রহ্মদেশ চংননবা ঈশিং-লম্বী অমসুং কংফাল-লম্বী অনি লৈরমই। কংফাল-লম্বী চংপা তারবদা চিটাগোংলোমদা নত্রগ মণিপুর ফাওহুনা চংনরমই কার-ইষ্টকী ঐতিহাসিকশিংগী মত মতুং ইল্লগসু ভারতকী ঔপনেবেশিকশিংনা ব্রহ্মদেশদা থুন্দাবা চংপদা মণিপুররোমদসু

য়াম্না ফাওখি। স্যার আর্থর ফেয়ারীগী মত-তসু বৌদ্ধ লম্বোইবা কাবু খরা মণিপুর ফাওদ্রে। অরাং-ব্রহ্মাদা বৌদ্ধধর্ম্ম শন্দোকখিরমই। ডক্টর কুমারস্বামীনা "হিষ্ট্রি অব্ ইণ্ডিয়ান্ এণ্ড ইণ্ডোনেশিয়ান আর্ট" কৌবা লাইরিক্তা ব্রহ্মদেশগী মরমদা ইরি—

"তেগঙ্ হায়বসি ব্রহ্মদেশগী নিংথৌশিংগী থাইনগী কোন্নুং ওইরমই। মফম অসিদা ভারতকী সংস্কৃতি শন্দোকখিবা অসি থা-মাইকৈদগী লাক্তুনা শন্দোকখিবা নত্তে, আসাম অমসুং মণিপুর ফাওদুনা শন্দোকখিবনি।"

---

# ৩ শুবা পন্দুপ।

মণিপুরদা মমাংগী হৌনা মথং মথং চংলকপা ধর্ম্ম ঃ

থাইনা মমাংগী নিংথৌশিংগী থোক্লুবা মতমদগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা অতিয়া গুরু শিদব ( Universal Lord ) বু খুরুম্লরকই। থাগী ( চীন ) লৈবাক্তা তৌবগুম্না মণিপুরদসু 'অপোকপা' খুরুম্বা মনুংগী হৌনা চংনরকই। বৈদিগ যুগতা মণিপুরদা মৈ ইরাংলম্ব ( Fire-worship ) গী খুদম ফংই। বৈদিগ যুগতা আর্য্যশিংনা মাগী মাগী য়ুমদা কোম তৌদুনা মৈ ইরাংনরমই। মৈতৈগী মতম অদুদা মৈ পুজা

তৌরনই, মৈতৈগী য়ুম থুদিংদা ফুঙ্গা হায়তুনা হৌজিক ফাওবা মৈরিবা অসি মমাংঙৈদগী বৈদিগ যুগতগী হৌনা মৈ ঈড়াং-নফম ওইরক্লিবনি। বৈদিগ যুগতা মৈতৈনা লাই সনামহি (লুমিং), লাই পাখংবা (থা) ঈড়াংপূজা তৌরনই। হৌজিক ফাওবা খুরম্নরক্লি। লাই সনামহি হায়বসিনা লুমিংপুনি, পাখংবা হায়বসিনা থাবুনি। সনামহিগী অর্থদি সনাগী মহি হায়বনি, লুমিংকী মঙালগা প্রমাণ তৌবনি। পাখংবা হায়বনা পাখং ইতং-তনো ফাবা হায়বনি, পূর্ণিমা থুদিংদা মপুং অমু-মুক ফাবসিবু পাখংফাবা কৌই। সনামহিগী মূর্ত্তি অসি কোয়রপ কোই, লুমিংকী মওং অকোইবা লৌতুনা শেমখিবনি। "লেরক শাথোবা, খোংবান লাম্ভাবা" হায়দুনা সনামহিবু লৈশি-লৈথেং নৈ। লুমিংকী মঙাল্না ইথুং-থুংবা অহুগা খোংবান-লুকলাংগী ঈশিং কংহনবা ঙম্বা অসিনম্মু সনামহিবু লুমিংনি হায়বা তাকই। ভারতকী মুসলমানশিংনা লাই খুরম্বা মতমদা মক্কা মদীনানা লৈবা মাইকৈরোমদা ওন্দুনা খুরমনৈ। মৈতৈ অহল-লম্মন-শিংম্মু লুমিংসি নোংচুপ মাইকৈদা তাই হায়বা থংবা মরমদগী সনামহিগী ময়ুম—সনামহি কাচিন—হায়বসি লুমিংনা ময়ুম চংখিবা মায়কৈ য়েংদুনা য়ুমগী নোংচুপ থংবা কাচিন্দা ওই। মসিনম্মু সনামহি হায়বা লাই অসি লুমিংনি হায়বা প্রমাণ তৌই। লাই পাখংববু "লোইদাম থাজ পাখংবা" কৌবসিনম্মু পাখংববু থানি হায়বা তাকই। বেদদা লুমিং-থা অনি অসি বিরাট পুরুষ (Universal Lord) গী মমিং অনিনি হায়তুনা

লৌই। মৈতেগী চৎনবকপা য়ারিগী মতুং ইল্লগম্ব সনামহি, পাখংবা অনি অসিম্ব হায়বদি নুমিৎ-থা অনি অসিম্ব গুরু শিদব (Universal Lord) গী মচা অনিনি হায়না লৌই।

মৈতৈ অহল-লমন্না বৈদিগ যুগতা ইন্দ্রদেববু লাই সরারেন হায়দুনা পূজা তৌরমই। বৈদিগ যুগতগী হৌনা সরারেন খুরম্বা অসি কাওরক্তুনা হৌজিক ফাওবা সরেনশংবম হায়বা য়ুম্নাক অসিনা নোংমৈ শিংজং শাদুনা চহি খুদিংগী সরারেনগী খুবম য়ারিবা মফমদা কৎলি। মৈতৈনা উমং-লাইস্ব লাৎলমই, হৌজিক ফাওবস্ব লাৎলি, উমং-লাই হরাওরি।

মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইফুং চংডকত্রিঙৈদা শিব-দুর্গা লাৎলমই। শিব-দুর্গাগী খুবম হৌজিক ফাওবা লৈরি। মণিপুরদা হিয়াংথাং চীংদা হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী খুবম লৈরিবা অদুগা উরিপোক্তা লাইখুরেম্বীগী খুবম লৈরিবা অসিনস্ব মমাংঙৈদা মৈতৈনা দেবী লাৎলমই হায়বা তাকই। লাইখুরেম্বী হায়বসি লাই খুৎলোংবী হায়বদগী তাখিবনি, দেবীগী মখুৎ লোংবা অদুবু হায়বনি। মহাদেবগী খুবমসু মফম অয়াম্বদা চীংদা য়াদুনা লৈ।

শ্রীযুৎ ক্যাম্বা মহারাজ মসা হাকথক্তা মণিপুরদা বিষ্ণু পূজা তৌবা হৌই। নোংচুপ লোমদগী ব্রাহ্মণ খরা মুসলমানগী প্রতাপ থাংবা ওমদবদগী মণিপুর তান্না চেল্লকই। লাইরিক-য়েংবম লৈকাইদা ব্রাহ্মণশিং অসিনা হিদেন্দা ইরুজরিঙৈদা

নিংথৌগী য়াথং অতুং ইন্না ফাদুনা পুথি হায়দুনা হিদেন অদুগী মমিং "বামোন-হিদেন" কৌনরি। ব্রাহ্মণশিং অসিনা বিষ্ণুগী পূজা তৌই। চরাইরোংবা মহারাজ স্না হাকথক্তা পশ্চিমাদগী ব্রাহ্মণ অমনা মণিপুরদা নিমান্দি ধর্ম্ম শন্দোকই। মজাইদুংগো গরবৈনিবাজ মহারাজ স্না হাকথক্তা শ্রীহট্টদগী শান্তিদাস কৌবা গোসাই অমনা মণিপুরদা 'রামান্দি' ধর্ম্ম শন্দোকই। মমাংথৈ লৈকাইগী পুথি অচৌবা (রামজী পুথি) তৌবা, রামজী প্রভু সেবা চংপা অমসুং মহাবলী উমংদা হনুমান ঠাকুর ফোংবা মহারাজ অসিগী স্না হাকথক্তনি। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ স্না হাকথক্তগী মণিপুরদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইফুং চংবা হৌথি। বঙ্গদেশতগী গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তী, কৃষ্ণচরণ চক্রবর্ত্তী, কুঞ্জবিহারী, নিধিরাম আচার্য্য অমসুং রামগোপাল বৈরাগী মঙা অসিনা মণিপুরদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি। মথং মথং রামগোপাল বৈরাগীদগী ডাংবম কৃষ্ণদাস ঠাকুর, অধিকারী কামদেব ব্রজবাসী, শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর অহুম অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা ফংদুনা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পরমানন্দ ঠাকুরদগী দীক্ষা ফংই। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ ইংগী হৈস্নাম খোঙমনা চৈথাবা কুমগী অগ্রহায়ণ থাগী শুক্লা দ্বাদশী ইরাই হুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তগী তুংগী নিংথৌরোন নিংথৌরো দম্মু পাল্লি-পাল্লিবা নিংথৌ অদুনা ধর্ম্ম অসি শন্দোকপদা তেংবাংই, গৌড় ধর্ম্ম অসিগী

হায়েন থোদা পুম্নমক্কী মকোক্কা চৌংহ্না নিংথৌনা ধর্ম্ম পালন তৌই।

মমাংংৈগী দণ্ডি-মপিং:—

মী হাৎপা মীবু শংলিংবদা শিন্নহনা হাৎত্রোকই, মীহাত্তুদি মানা মানা হাৎলুবা মীহাৎ অঙনি। মণিপুরদা ব্রিটিশনা পান্রিংঙদা কারাদণ্ডংগী ফুহ্না দণ্ডি পিবনা মশীং য়াম্লনই নিংথৌ মচা-মণ্ডশিংগী অকনবা দণ্ডিদি তৌবাং খাংদা নম্হনা ঈশিংদা থাদহনা হাৎলমই। ব্রাহ্মণগা নুপীদগদি হাৎপগী দণ্ডি অসি পিরমদে। ওক্কবা অমম্বং লমহেনবা নুপীবু মীয়াম তিনবা মফমদা খৈদেন্দা কোইপু পুংনা 'খুঙ্গোই' নে। নুপী অহবু মশম-মনা কোকথোকপিরগা শুন্ন-য়াইঙং তৈশিনবি মাবু মাংদা চৎহন্নগা নিপা অমনা মাগী মরাল অত্ মমামদা কোইরাও লাওই। মম্নুম তেংবা অসিবু 'থুঙ্গোইনবা' কৌই। ফুহ্না দণ্ডি পিবা অসিদি য়াম্না তোইনা থোকপা দণ্ডি-মপি অমা ওইরমই। হুরানবা মীগী খিক তোয়না থোকপা দণ্ডিদি ফুবগী দণ্ডি অসিনি। করি করিগুম্বা মতমদা হুরানবা নিপা অহগী মখুৎ য়েং থংবা অত্ লমহেনবগী দমক্তা ককথহনা ৱারক্লমই। 'লোই থাবা' (Social Degradation) হায়বা দণ্ডি অসিসু লমহেনবা মীদা, ধর্ম্ম কায়না চৎলুবা মীদা, নিংথৌগী ফিজি-ফিনা নেংনা চৎলুবা মীদা পিরমই। নিংথৌগী মচা ফাওবা নিংথৌনা শাওহনা লোই থাখিবগী থুদম উবা ফংই। মণিপুরদা দণ্ডিগী বিধান অসি অম্লকী মতিক কল্লমই মহুদি

হাৎন-থিন্নবনচিংবা অকনব মরাল লৈবা কেশ পংনা থোক্তে। ধর্ম্ম বিচারগী মতমদা খুৎচপ্-কাতি, চপ্লবা শুক, নম্নবা নুংদম্মচিংবা শিজিন্নরমই। দণ্ডি কনবা মরমদগী লৈবাক ইংনা মরা তপ্না পানবা ঙমই।

খাইনগী লালুপঃ—

মমাংঙৈদা মৈতৈ প্রজাশিংনা লৌ-ইংখোলগী খাজানা শেল ওইনা পুমথি থিরমদে। ফৌ-চেং ওইনম্ব খাজানা কারমই। অসিগী মথক্তা মরু ওইনা নিংথৌগী থবকসু পুরমই। নিংথৌগী থবক কাবা অসিবু 'লালুপ কাবা' হায়না খংনৈ। ব্রিটিশ সরকারনা পাল্লবদা লালুপ কাবগী প্রথা অসি ককৃথত্তুনা লৌ পরিদা হায়বদি লৌ বিঘা ৭॥ দা প্রজাদগী খাজানা ৫৲ লৌদুনা শাসন হৌই। নিংথৌগী কর্ম্মচারীশিংনা লৌমাই থৌরাইদা কুম্মকপদা প্রজানা থাক্লম্বা অদুগা পোথাং পুবা, সড়ক থোনংনচিংবা তৌরম্ব। অদু ইং কুমজা ১৯১০দগী হৌদুনা লৌ পরি অমদা ৮৵৹ হেক্সংখিদুনা কোকখরে।

ফুঙ্গা-নাইঃ—

প্রজাশিংগী চায়াম পোকপগী মনুংদা অঙাং অহুম অহুমদি নিংথৌগী ওইরমই। শা-লান চৎপগী থবক্তা অহন অহন্দা পিরমই, য়াইমনা নিংথৌগী লালুপ কাবগী থবক পুরমই। অতোম্বনা নিংথৌগী 'ফুঙ্গা-নাই' ওইরমই। নিংথৌগী মচা-মশু লুহোং-থোংদোংবদা 'নাই' শিং অসি উল্লমই

অমস্থং সেবা-মুংবা তৌনহল্লমই। করি করিগুম্বা মতমদস্থ নিংথৌনা অঙম-অথৌদা মনা ওইনম্থ লান্থোকলমই।

**মীনাইগী প্রথা ঃ—**

'ফুঙ্গা-নাই'গী প্রথা অসি নত্তবা 'মীনাই য়োনবগী প্রথা' স্থ মণিপুরদা চৎলমই। লাইর-লাইরবা প্রজানা মচা-মশু য়োন্দুনা, করি করিগুম্বা মতমদা মশা ফাওবা য়োন্দুনা দাসত্ব-বৃত্তি চৎলমই। ব্রিটিশ সরকারনা পাল্লবদা ফুঙ্গানাইস্থ দাসত্ব-প্রথাস্থ ককৃথৎখরে। দাসত্ব-প্রথা অসি মাহম নিংথৌশিংগী হাকথক্তস্থ আসামেদা চৎনরমই। ত্রিপুরা লৈবাক্তা ফাওবা দাসত্ব-প্রথা অসি লৈরমই।

---

# ৪ শুবা পন্দুপ।

## পৌরাণিক যুগতা মণিপুর।

শ্রীমদ্ভাগবতকী মাপল শুবা স্কন্ধনী কুন্নিথোই শুবা অধ্যায়দা অহুম শুবা পাণ্ডব বীর অর্জ্জুনগী মজা ইবুংঙো খুৎকল পাঙ্গল্লবা মণিপুরাধিপতি বভ্রুবাহনগী মন্নমদা ইরি, অদুগা মহাভারতকী মতাং অনিরক্তা—অমনা অর্জ্জুন-না বন কোয়রকপদা, অদুগা অমনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির মহারাজগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল থারকপগী মতাংদা থেংনৈ। মচিম্মনাও মঙা রাশক্তখিবা কায়রুবদগী বীর চূড়ামণি অর্জ্জুন ইন্দ্রপ্রস্থ

(হৌজিক্কী দিল্লী) থাদোক্নুনা চহি তরানিথোই বন্দা চৎলি। মতম অসিদা অর্জুন-না নুপী অনি লৌই—অমনা ঐরাবত বংশগী নাগরাজ কোরব্যগী মচানুপী উলুপী,* অতোপ্পা অমনা মণিপুর-নিংথৌ চিত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা। নাগরাজগী লৈবাক্তা উলুপী লৌরবগী তুংদা অর্জুন মণিপুরদা তীর্থস্নান তৌবা লেংঙকই।—

"মণিপুরে দেবতীর্থং পঙ্ককুণ্ডং সরোবরম্।
তত্র শ্রীকামনাতীর্থং স্নাতি যো মুক্তিমিচ্ছতি॥"

—রুদ্রযামল।

চিত্রাঙ্গদাবু উরুবদগী শুমহৎখিদুনা চিত্রবাহন নিংথৌদা মচানুপী নিরুরে। অর্জুন-না পুত্রিকা-ধর্ম্মদা থাজবা য়াদুনা চিত্রাঙ্গদা লৌরে। চিত্রাঙ্গদাগা মতম খরা লৈমিন্নরম্লগা অর্জুন অতৈ অতৈ তীর্থদা অমুক চেংশিল্লি। তীর্থ কোয়রুরগা মণিপুরদা অমুক হল্লিল্লকই—

"চিত্রাঙ্গদাং পুনর্দ্রষ্টুং মণিপুর পুরং যযৌ।"

—ভারত ১।১১৮।২৩।

উলুপীগী গর্ভদা ইরাবান, চিত্রাঙ্গদাগী গর্ভদা বভ্রুবাহন পোকই। ইরাবানদি মহাভারতকী কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাওদা

---

* উলুপী অসিদি অঙ্গামী নিংথৌল-নি হায়নৈ। অর্জুন-না তীর্থ চৎলকপদা ভারতকী নোংপোক্তা মণিপুর য়ৌদ্রিংঙদা লেংনদুনা লৌখিবনি। উলুপীবু পোকপা নাগরাজগী লৈপাক্তি নাগাপাহাড়দনি হায়নৈ।

লৈখিদরে, বক্রুবাহনদি কায়নথং ফাওবা লৈহোই। হৌজিক্কি অহৈ-অশিংনা পুথোকলে—মহাভারতকী শোরুখিবা লাঙ্গাও অসি খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী চহি ২৪৪৯ মমাংদনি।*

মহাভারতকী লাঙ্গাও লোইরবদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিঙ্খংলি। যজ্ঞগী শগোল থারকপদা অর্জ্জুন-না শগোল মতুং ইল্লকই। অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল থাদুনা লাকপদা অর্জ্জুনগা ত্রিগর্ত্তশিংগা অহানবদা লান শোক্কে, অসিগী মতুংদা প্রাগজ্যোতিষপুর (হৌজিক্কী গৌহাটি)দা যজ্ঞগী শগোল চংলক্লবদা লান অমুক শোক্কে। মফম অতৈ অতৈ মনিংমথা তৌনা চংলুরগা মণিপুরদা যজ্ঞগী শগোল থুংলরে, শগোল অসি ফানা থমলে। ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা লিঙ্খংপা অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোলনি, অর্জ্জুন-না ভাক-শেল্লকপনি হায়বা থংনরক্লুনা চিত্রাঙ্গদানা যজ্ঞগী শগোল অদুগা অথেনপোৎকা পুহন্দুনা বক্রুবাহনবু মপাবুং অর্জ্জুনদা কংহল্লুরে। অর্জ্জুন-না ক্ষত্রিধর্ম্মগী হৌনবী লান তৌসি, থুংলাই পাইয়ু, মায়োক য়াও হায়রক্লবদা বক্রুবাহন তৌফম থংখিদ্রে। মমা পোক্তবী উলুপীগী থো-ঈনশিন্দগী বক্রুবাহন মপাবুংগী য়েক্লংদা থুংলাই পাইখি। হন্দক অর্জ্জুন-না মণিপুর চংলকপা অসি প্রমিলা-রাজ্য (হৌজিক্কী থাসিয়া চীং) লাল্লকলগনি। মচা বক্রুবাহনগী মথুক্তা মায়থীবা ফংদুনা অর্জ্জুন শিবগী পান্দমগুম্ ব্রাস্থখি। হায়নবা

* The age of Mahabharata: Science and Culture. July, 1939, Vol. V, No. 1.

লৈ—লান থংনবনা তাকয়েন্দা, অর্জ্জুন-না তুখিবনা পাৎ-শোইদা। সঞ্জিবনী মণিগী মপান্দগী অর্জ্জুন হিঙ্গৎখি। অসিগী তুংদা মণিপুরাধিপতি বভ্রুবাহন হস্তিনাদা অশ্বমেধ যজ্ঞ য়াওরুই, শাগৈ-নাতে মপু-মনাই পুন্নমক শকখং মাইখং-নরুই। যজ্ঞ লোইরবদা যুধিষ্ঠির মহারাজনা কৌশিন্দুনা বভ্রুবাহনদা লন-থুম পিত্তনা মণিপুরদা হলহল্লকই। বভ্রুবাহন মণিপুরদা হল্লক্তুনা পানখি।

---

## ৫ শুবা পন্দুপ।

### (১) পাখংবা (খৃঃ ৩৪-খৃঃ ১৫৪) *

খৃষ্টাব্দ ৩৪ শুবগী কালেনগী থাংজা অহানবা নুমিত্তা পাখংবা (যবিষ্ঠ)না মণিপুরগী ফম্বাল তোংই। মহাক্না নিংথৌজাগী নিংথৌ ইহান হানবনি। মহাক্কী মমিং অসি 'লৈনুং লোনজা অরিব'সু কৌই। 'লৈনুং লোনজা অরিবা' কৌরুবদি মণিপুরদা পানখিবা লিরবা নিংথৌ হায়বনি। পাখংবা চহি ১২০ পাল্লমই। নিংথৌ অসি লৈবাক রায়েল্লিট্তে মতমদা লাইগী মতৌগুমই, চুমনা তিন্নবা মতমদা মীগী শাজৎ চংলি।

* "বভ্রুবাহন্না মৃণালী লোত্তুনা সুবাহু পোকই, সুবাহুনা হেমপ্রভা ('হেমাঙ্গভা—মণিপুর ইতিবৃত্ত, লাঃ ৮) লোত্তুনা ধর্ম্মাঙ্গ পোকই; ধর্ম্মাঙ্গনা কেশিনী লোত্তুনা হেমাঙ্গ পোকই, হেমাঙ্গগী

পাখংবা——┬——লাইস্না
(২) খুয়োই তোম্পোক (খৃ: ১৫৪-খৃ: ২৬৪)

পাখংবগী মথংদা মঙ্গাইবুংঙো খুয়োই তোম্পোকনা ইং কুমজা ১৫৪ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা কুম অমা নোং তাদত্তুনা লৈবাক য়াম্না ৱানখি। মতম অসিদা মণিপুরদা পুং তিংবা হৌই। পুং য়ৈবা হায়বা বিদ্যা অসি য়াম্না চাওখৎলমই। মহারাজ অসি চহি ১১০ পাল্লমই।

খুয়োই তোম্পোক——┬——নুমোইনু
(৩) তাওথিংমাং (খৃ: ২৬৪-খৃ: ৩৬৪)

মহারাজ খুয়োই তোম্পোকনা নোংগাখুবদা মজা ইবুংঙো তাওথিংমাংনা ইং কুমজা ২৬৪ দা নিংথৌ ওই। মহারাজ অসিগী হাকথক্তা ইম্ফাল তুরেল লুকোই চুমথোকই, তু-খোং শেংদোকই। মহাকথক্তা ময়াম্বা য়োইমোম্বগা মখোই মচিন্নাও অনি তুরেল তৌবা চৎপদা মথং মথং তৌরক্তুনা ইরিল তুরেল তৌরকপদা সিলোং য়ৌরকপা মতাংদা ফুনান তেলহৈবনা তৈফরোই হায়না থিংই। নিংঙাই শাংদানরবদা ফুনান তেলহৈবনা তাওথিংমাংদা তেন্না থাই, তেন্না পান্দুনা তাওথিংমাং ইমু-নাইমু খরা তাখি। হাওখা-লোকখা য়োনা চৎথুগা

মহারাণী ভানুমতিনা সূর্য্যগী কৃপাদগী পাখংবা পোকই।"—মণিপুর ইতিহাস (১বা শরুক), লাঃ ৬।

মচিম্ননাও-চতুনা কাকয়েল মীওম্বা ফাতুনা হাংলি। অতুগী তুংদা হাওখা-লোকখা হায়বা খুল অতু লোই চন্শিল্লমই নিংথৌ অসি চহি ১০০ পাল্লমই।

## (৪) খুই নিঙোম্বা

খুই নিঙোম্বনা খৃষ্টাব্দ ২৬৪ দা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লি মহাকথক্তা য়ুমশা-কৈশা ফজবা হংদোকই। মহাকথক অমস্মু মহাক্কী মথংদা পানখিবা নিংথৌরোন মরিদস্মু শীংথানবা য়াব করিগুম্বা থৌদোক অমতা থোকখিবা লৈতে।

মথং নিংথৌ মরিগী মমিংদি—

(৫) হাওনুহন্না পোকপা——পেংশিবা।

(৬) লোইতোংখুনা পোকপা—কাওথংবা।

(৭) লোইতোংহন্না পোকপা—নাওথংবা।

(৮) য়াওরোইবা চনুনা পোকপা—নাওফংবা।

নাওফংবা——কাইরেমা
(৯) শমৈরাং

মৈদিঙু নাওফংবগী তুংদা খৃষ্টাব্দ ৫০৮দা শমৈরাংনা নিংথৌ ওই। মমা লোন্নবীনা পোকপা থমংলাংদগী নিংথৌজাগী ইহান হানবা য়ুম্নাক তাবা হৌখি। লান্দা অঙোম নিংথৌ ক্বাকপা থরান্থাববু হাংখি। লাল ঙম্লগা অকল-অথৌ চাক্ খাংই। শমৈরাং হায়বা নিংথৌ অসি শাদানবা চংপদা ঈশিংদা চোংথতুনা শিখি।

শমৈরাং———কম্বোং নিংথৌ চন্নু

(১০) উরা কোন্থৌবা

শমৈরাংগী মথংদা উরা কোন্থৌবনা খৃষ্টাব্দ ৫৬৮ দা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মনাই অমবু অঙোমনা তাথীনা তৌরকপদা নুংঙাইতবদগী মী খোমদুনা মহাক্কা অঙোমগী কাংবু শাথিনা হাংখি। খরদি চেনখিদুনা হিংহৌই। মসিগী লম্মন খুমগে হায়বগী দমক অঙোমনা মখোইগীদা য়াওং ইন্বা উরাকোন্থৌবগী মচানিপা নাওথিংখোংবু হাংকে হায়দুনা তান্নরকই। নাওথিংখোং চেন্দুনা হিংহৌই। নিংথৌ অসিগী মতুংদা চহি মঙাদি নিংথৌ পান্দে। নিংথৌ অসি ফম্বাল তোংলমদাইগী লান্দা উরেলকোন্থৌ কাই হায়দুনা উরাকোন্থৌবা কৌই।

উরাকোন্থৌবা———খাবারোন নোংজেংস্থু

(১১) নাওথিংখোং

মণিপুরদা চহি মঙা লৈতাক্লবগী তুংদা হায়বদি ইং কুমজা ৬৬৩ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা কবোগী পোং নিংথৌগী মনাও নিংগা শমলোং (Samlong) না লাল চংলুবদগী মণিপুর ফাওদুনা হল্লকপদা নোংপোক ইংখোলদা মতম খরা লৈরমই। মফম অসি মতম অমদা পোংনা লৈরমই হায়দুনা (অ) পোং ইংখোলস্থু কৌই। লৈতাক্লবদগী হল্লিল্লকপা প্রজাশিংগী অবস্থা অদু মহাক্কা য়াম্না ফজনা উরমই।

নাওখিংখোং ——|—— খমস্নুরোন চিংয়াইস্নু

(১২) খোংতেকচা (খৃঃ ৭৬৩

নাওখিংখোংগী মথংদা খোংতেকচানা নিংথৌ ওই। মহাক্না শাদানবা চৎপদা মহাক্না লোইনবা ফমদো ৬৪গী মন্নুংদা ৬৩দি শিহোই, লোং পাইবা অমতংদি হিংহোই। হিংহৌরিবা অসিগী ধারানালাদি লোংজমনি। মহাকথক অসিদা মোইরাংগী অকন-অথৌনা মৈতৈদা লান্দারকই, মৈতৈনা লান ঙমহোই। নিংথৌ অসিগী মতুংদা অৱা লানগাইনহুনা চহি ১১ নিংথৌ পান্দে।

খোংতেকচা
|
(১৩) কৈরেনচা (খৃঃ ৭৮৪-৭৯৯)

ইং কুমজা ৭৮৪ দা কৈরেনচানা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি। মহাকথক্তা থোইনা কান্নবা থৌদোক থোকখিবা লৈতে। নিংথৌ অসি চহি ১৫ পাল্লমই।

কৈরেনচা
|
(১৪) য়ারবা (খৃঃ ৭৯৯-৮২১)

কৈরেনচাগী মথংদা য়ারবনা খৃষ্টাব্দ ৭৯৯ দগী খৃষ্টাব্দ ৮২১ ফাওবা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি। য়ারবা হাকথক্তা খুমলগা লাল শোক্লখি। মহাকথক্তা লোইরনগী মকোক ওইবা মী হাপই। য়ারবা চহি ২২ পাল্লমই।

য়ারবা ——— লাম্বাসু
(১৫) অয়াংবা (খৃঃ ৮২১-৯১০)

য়ারবনা লাম্বাস্থ লোহ্নুনা অয়াংবা পোকই। অয়াংবনা খৃষ্টাব্দ ৮২১দা নিংথৌ ওই। মৈতৈগা খুমনগা লাল শোক্লবদা খুমন ঙমই। লান্দা শরি-লাংথোং রাংমা লান্না চোংবা ঙমই হায়দুনা য়ারবগী মমিং "শরি-লাংথোং চোংব"সু কৌই। অয়াংবগী হাকথক্তা অয়াং-পল্লী থোল্লি।

অয়াংবা
|
(১৬) নিংথৌচেং
|
(১৭) চেংলৈ ইপান লান্থাবা (খৃঃ ৯৪৫-৯৬৯)
|
(১৮) য়াংলৌ কৈফাবা ——— খোংলৈমা
(১৯) ইরেংবা ——— হাওরেমা
তমহেবী
(২০) লোইয়ম্বা
(খৃঃ ১০৭৪)

নিংথৌচেংনা খৃষ্টাব্দ ৯১০ দা নিংথৌ ওই। হাওগৈ লান্দারুবদা হাওগৈ ঙম্লকই।

নিংথৌচেংগী মথংদা চেংলৈ-ইপান-লান্থাবনা খৃষ্টগী চহি ৯৪৯ দা নিংথৌ ওই, চহি ২০ পাল্লি। লুরাংলি তুরেন্দা লুরাংনা হি তোংদুনা লাকপদা নিংথৌমনাইশিংনা ফাদুনা পুরকই।

মথংদা য়াংলৌ কৈফাবনা ইং কুমজা ৯৬৯দা নিংথৌ

ওই। ফনেক ফিবান লোনবা মহাকথক্তা হৌদোকই। য়াংলে কৈফাবগী মতমদা শা-কৈ তান্থোক্লনা লম্-তু শেংদোকই কৈ চংনা ফারগা পূজা তৌতনা ফুমজিল্লি, মফম অহুবু "কৈবুং" কৌনখরে।

য়াংলো কেফাবনা খোংলৈমা লোতুনা হরেংবা পোকহ খৃষ্টাব্দ ৯৮৪ শুবদা ইরেংবনা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা মোইরা ঙম্লকই, খুমলস্সু ঙম্লকই।

ইরেংবনা হাওরৈমা তমহৈবী লৌতুনা লোইয়ম্ব পোকই। খৃষ্টাব্দ ১০৭৪ দা লোইয়ম্বনা নিংথৌ ওই। মহাকথক্ত লৈবাক অসি লুপ তরুক থোক্না খায়দোকই—

(১) লুপলেল-লুপ, (২) কোংজা-লুপ, (৩) থোজা-লুপ (৪) খুরাই-লুপ, (৫) চিংজালুপ অমস্তুং (৬) খাইদ্ব-লুপ মহাকথক্তা লালুপ কাবা হোখি।

লোইয়ম্বনা লৈহৌ, সেক্তা অমস্তুং হাওকুদা লান্দারুই লৈহৌদা লান্দারুবদি—লোইপোং থোরুবদা পিরক্তবদগীনি লোইয়ম্বা নিংথৌ লেংতুনা লাল শোক্লৈ। সেক্তাদা লান্দারুবন 'শাথোকউ-ঙাথোকউ থুম থোকউ' য়াবা ফাল সেক্তাদা লৈ মা পিয়ু য়ারক্লবদগীনি। মবাই অঙোম নিংথৌ অঙৌপাম্বা হাওবে লাম্থাবা থাতুনা লাল শোক্লহল্লি। হাওকুদা লান্দারুবনা লোই-পোং থোক্লবদা পিরক্তবদগীনি। নিংথৌ-ময়াম্বা খমলাং পামশববু থাতুনা লাল শোক্লহল্লুই। হাওখুল অহুম্মক য়ুম মৈ থারমই। লাল ঙম্লকই। হাও লুচিংবশিং ফাতুনা পুরকই।

নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা লৈবাক্কী আঙ্গন শেমদোকখি। মতুং "লোইয়ম্বা-শিন্নেন" কৌই। আঙ্গন অসি চত্তবা মী-শিংবু দোষগী মতুং ইন্না অরূম-অয়াং দণ্ড পিরমই।

লোইয়ম্বনা পাল্লিবৈঙদা মোইরাংদা থম্বা থোইবী পোকই। মতম অসিদগী থাবল চোংবা হৌই। মতম অসিদা মোইরাংদা ফি-রোন শাবা য়াম্না চাওখৎলমই।

লোইয়ম্বা —— সুমলৈমা

(২১) লোইতোংবা

লোইয়ম্বনা সুমলৈমা লৌহুনা লোইতোংবা পোকই। লোইতোংবনা খৃষ্টগী চহি ১১২২দা নিংথৌ ওই, চহি ২৮ পাল্লি। মহাকথক্তা কাং শান্নবা হৌই, খুঙ থানবসু হৌদোকই।

লোইতোংবা —— সংলৈমা

২২) অতোম য়োইরেম্বা (২৩) হেমদৌ ইরাম্বাবা

অতোম য়োইরেম্বনা খৃষ্টাব্দ ১১৫০ দা নিংথৌ ওই, চহি ১৩ পাল্লি। মনাও নিপানা তাম্থোক্লুনা খুমলদা চেল্লি। হেমদৌ ইরাম্বাবনা ইং কুমজা ১১৬৩ দা নিংথৌ ওই। খুমলনা লাল হৌরকপদা মৈতৈনা ঙমহৌই।

হেমদৌ ইরাম্বাবা —— খুরোইঙম্বী

(২৪) থৌরাম্বাবা (খৃঃ ১১৯৫-১২৩১)

থৌরাম্বাবনা ইং কুমজা ১১৯৫ দা নিংথৌ ওই, চহি ৩৬

পাল্লি। খুমল নৈ থাদুনা চীংশোং হাওলান নাই ওল্লকই। মানা লান্দাখিবদা থবা লানজেংশোই ফারকই হায়দুনা নিংথৌ অসিগী মমিং থরাম্বাবা কৌখি। অরোং হাওখুনগা লাল শোকুবদা লাল ওল্লকই, লাংমৈথেংসু ওল্লকই। থরাম্বাবগা খুমল-নিংথৌগা লাম্হেংনৈ, খুমলবু ওমদুনা খুমলগী সৌবন-য়াই মুল্লকই।

থৌরাম্বাবা
|
(২৫) চীংথাং লাম্বাবা (খৃঃ১২৩১-১২৪২)

চীংথাং লাম্বাবনা খৃষ্টাব্দ ১২৩১ দা নিংথৌ ওই। চহি ১১ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মহাকথক্তসু খুমলগা লাল শোক্লখি।

(২৬) থিংবাইশেল হোংবা (খৃঃ ১২৪২-১২৪৭)

চীংথাংলাম্বাবগী মচানা থিংবাইশেল হোংবনা খৃঃ ১২৪২ দা নিংথৌ ওই। খৃষ্টাব্দ ১২৪৭ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা থোইনা শীংথানবা য়াবা থেংদোক থোকখিবা নৈতে।

চীংথাংলাম্বাবা
|
(২৭) পুরাম্বাবা | (২৮) খুমোম্বা

পুরাম্বাবনা ইং কুমজা ১২৪৭ তা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা খুমলগা লাল শোক্লে, চকপগসু লাল শোক্লে; লাল

ঙম্লকই। পুরাম্থাবগী মথংদা মনাওনিপা খুমোম্বনা ইং কুমজা ১২৬০ দা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা থাঙ্গাল হাওগা লান্থেংনবদা থাঙ্গাল ঙম্লকই। কবোনা খুমল চায়খায়ররবদা মৈতৈ-নিংথৌনা তেংবাংবা চংলি, কবো চাইখায়রমই

খুমোম্বা —— নাংলৈঙম্বী
(২৯) মোইরাম্বা

মোইরাম্বনা খৃষ্টাব্দ ১২৭৮ দা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা খুমলগা লান্থেংনৈ, মোইরাংগসু লান শোক্লে। মকি হাও লান্নবদা মকি ঙম্লকই।

মোইরাম্বা —— খুমন-খোম্বী
(৩০) থংবী লান্থাবা

থংবী লান্থাবনা ইং কুমজা ১৩০২ দা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা মোইরাং-নিংথৌগী মচানুপী পিদবদগী লোক্তাকতা হি-থক্তা লান্থেংনৈ, লান ঙমই।

থংবী লান্থাবা —— নাওশোম্বী
(৩১) কোংয়াম্বা

কোংয়াম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৩২৪ দা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা ময়াং তারক্লুনা ময়াংগা লাল শোক্লে, লাল ঙমই। চকপগসু লান্থেংনৈ।

কোইয়াম্বা

(৩২) তেলহৈবা  (৩৩) তোনাবা

তেলহৈবনা খৃষ্টগী চহি ১৩৩৫দা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা মরেম হাওগা লান্ শোক্লে। চহি ২০ লৈরগা ইং কুমজা ১৩৫৫ দা মনাও তোনাবনা নিংথৌ ওই। চহি মঙারোম নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি।

তৈলহৈবা —— স্নারেম্বী

(৩৪) তবুংবা

খৃষ্টাব্দ ১৩৫৯ দা তবুংবনা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তস্থু মরেম হাওগা লান্থেংনৈ। লোইপোং কাদবদগী মরাংলমগী চীংশোল হাও রারকপা চংলি। চীংশোল-নিংথৌগী মখুত্তা তবুংবগী মথরাই মাংখি।

তবুংবা  লম্ফেল-ঙম্বী

(৩৫) লাইরেম্বা  (৩৬) পুন্সিবা

লাইরেম্বনা ইং কুমজা ১৩৯৪ দগী ইং কুমজা ১৩৯৯ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মহাক্না পানবা মতুংদা চহি মঙা লৈতাকই, নিংথৌ পান্দে। ইং কুমজা ১৪০৪ শুবদা পুন্সিবনা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা থাঙ্গা লানশোক্লে, লাল

ঙম্লকই ; কোইরেং লান্দ্রাকুবস্নু ঙম্লকই। নিংথৌ অসিগী হাকথক অসিদা তাঙ্খুলগস্ন লাম্ফেংনৈ, মরিং হাওগস্নু লাল শোক্লে।

পুন্সিবা

(৩৭) নিংথৌখোম্বা

নিংথৌখোম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৪৩২ দা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা তাঙ্খুলনা লাল হৌরকই। মহারাণী লিন্থোইঙম্বীনা লাম্মী খোমহুনা লাল শোক্লে, মৈতৈনা লাল ঙমই। মতম অসিদা নিংথৌ-খোম্বদি কোন্নুংদা লৈতে, অক্লাদা লান্দাখি ; অক্লাস্ন ঙম্লকই।

---

# ৬ শুবা পন্দুপ।

(৩৮) ক্যাম্বা

নিংথৌখোম্বগী মথংদা ক্যাম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৪৬৭ শুবদা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিগা ব্রহ্মদেশগী পোং নিংথৌগা য়াম্না চান্ননা মরূপ শান্নরমই। পোং নিংথৌ অসিগী মমিংদি মণি-পুর ইতিহাসতা 'খিখোম্বা' কৌই। খৃষ্টাব্দ ১৪৭০ দা মৈতৈ নিংথৌগা পোং নিংথৌগা অনি অসি মীচং ওইহুনা কবোগী ক্যাং খমপাং লান্দামিন্নে। লাল ঙম্লকই। লাল লোইরবদা লম থেন্নে। হৈনৌ খোংনেম্বাগী মথৈনা পোংগী লমনি,

মুংখোং-মুংয়ানগী মখৈনা মৈতৈগী লমনি। মৈতৈগী লম অসি নোংপোক্তা লোইজিরি, খাদা মিয়াতোং চীং ফাওবা শন্দোক্লমই। শমশোক্কী নোংপোক থংবা শরুকনা পোংগীনি, নোংচুপ থংবা শরুকনা ক্যাম্বা মহারাজগী ওইরমই। খারি লৈপাক পোংগী লম মন্নুং চল্লমই।

পোং নিংথৌনা মৈতৈ-নিংথৌদা বিষ্ণুচক্র শলিগ্রাম অমস্মুং সনাগী ক্বাগোক অমা খুদোন ওইনা পিরমই। পুংদোন পাম্বী অসি মণিপুরদা পোং-নিংথৌনা পিরক্নুনা ইহান হান্না থাখিবনি হায়নৈ।

ক্যাম্বা নিংথৌনা পাল্লম্বদি লম্মাংদোং হায়রিবা মফম অসিদনি। ক্যাম্বা হাকথক্তা মফম অসিদা বিষ্ণু লাৎলমই হায়দুনা মফম অসিবু "বিষ্ণুপুর" হায়রগস্নু থংনৈ। মফম অসিদা বিষ্ণুগী ফুরা শারমই। ফুরা হায়বা শব্দ অসি "ফায়া" হায়বা শব্দগী থোকখিবনি "ফায়া" হায়বসি অৱা-লোন্নি, মসিগী অর্থদি "লাই" হায়বনি। বিষ্ণু লাৎপা চেক্কী য়ুম অদুবু "ফায়া" হায়খিবদগী মথং মথং ফুরা হায়নখি। মফম অসি ক্যাম্বা নিংথৌনা বিষ্ণু লাৎত্রিবৈদা "লুম্মাংদোং" কৌরমই।

মহাকথক্তা পোং-নিংথৌনা পুং হৈবা মী মণিপুরদগী পোং লৈবাক্তা পুখি; পোংগী পেরে খোংবা হৈবা মী মৈতৈ নিংথৌনা থামহৌই।

নোংচুপ হারমদগী মণিপুরদা ব্রাহ্মণ থোরকপা মহাকথক্তা ইহান হাল্লি। মুসলমানশ মপাঙ্গল চাওরক্নুনা হিন্দুধর্ম্ম মাংহনগে

লাক্নরক্লবদা পশ্চিমাদগী ব্রাহ্মণ খরা মণিপুরদা চেল্লকই চেল্লকপা ব্রাহ্মণশিং অসি থিরকপদা লাইরিকয়েংবম লৈকাইদ ব্রাহ্মণ খরা ইম্ফাল তুরেলগী হিদেন অমদা ইরুজহুনা লৈরম্ব থেংনরুরে। হিদেন অদুদা ব্রাহ্মণশিংনা ইরুজরম্ই অমম্ব মফম অদুদগী ব্রাহ্মণশিং অদুবু ফাহুনা কোম্বুং তান্না পুরকই হায়বগী দমক হিদেন অদু "বামোন-হিদেন" হায়রগা খংনরে। লম্মাংদেং কোন্নুংগী অরাং থংবা নাকন্দা চেঙ্গী ফুরা শাহুনা ভানুনারায়ণ কৌবা ব্রাহ্মণ-না ক্ষীর, তুলসীপত্রন চিংবা কহুনা বিষ্ণু পূজা তৌবা হৌখি। বিষ্ণুবু হায়বদি "ফুরা-লাই" বু লাংলি হায়হুনা ব্রাহ্মণ অহুগী শাগৈবু মথং মথং ফুরালাই-লাংপম কৌনখি। ব্রাহ্মণশিংগা লোইনরকপা কিতানানা বিষ্ণুগী থৌগল হরি-সংকীর্ত্তন তৌই। থৌগল তৌরিবা কাংবু অসি "কিতানাময়ুম" হায়না মথং মথং খংনখরে। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা কায়স্থ জাতি 'লাইরিকয়েংবম' থোরকহুনা মণিপুরদা খুন্দারবা হৌই।

শ্রীশ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা অবতার তৌবসি ক্যাম্বা নিংথৌনা পাল্লিঙৈ মতমদনি।

নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা খৃষ্টাব্দ ১৪৯৭ তা চিয়াং লোইনা চৈথাবা হৌই। মসিগী মমাংদদি চহিগী মরোইবা মুনিক্তা চৈ মচা অমা পাইহুনা নিপা মমন চহি লোইরে হায়না থুল্লক-ইরক্তা কোইরাও লাওই। মসিবু "চৈরাওবা" কৌই। চৈ পাইহুনা চহি লোইরে হায়হুনা তাকপসি মহারাজ অসিগী

হাকথক্তগী তোকখরে, মসিগী মহুত্তা চৈথাবা হায়বা নিপা অমা হাপ্পুনা মানা লৈবাক-নিংথৌ মমাংদা চহি লোইরে হায়বা তাক্লমই। ক্যাম্বা নিংথৌ হাকথক্তগী চৈরাওবদা চৈ থাদোকখরে। চৈথাবা নিপা অত্থু নিংথৌগী মনা-মথুম ফংই, মথৌম্ম কোকপি।

ক্যাম্বা হাকথক্তা নাহারূপ, অহল্লুপ পানা লিংই। চৈথারোনম্ম পুথোকই। নিংথৌ অসি চীংয়াদা, লৈবাক ভাকপগী দমক্তা মতম অয়াম্বা লেনখি।

ক্যাম্বা — লৈশাংথেম চনু শেম্বুংলোকপী

(৩৯) কোইরেম্বা — (৪০) লমক্যাম্বা

মৈদিঙু ক্যাম্বনা লৈশাংথেম চনু লোত্থনা কোইরেম্বগা লমক্যাম্বগা অনি পোকই। কোইরেম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৫০৭ তা নিংথৌ ওই, চহি মরি পাল্লি। মহাকথক্তা হিয়াঙ্গ থাদা হিয়াং তান্নবা হেই। লমক্যাম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৫১১ দা নিংথৌ ওই। মানা নিংথৌ ওইবা চহি নিপাল শুরকপদা হায়বদি ইং কুমজা ১৫১৯ দা মণিপুরদা লাইজাও থোকখি।




(৪১) নোংনফাবা (৪২) কবোম্বা

নোংইনফাবনা খৃষ্টাব্দ ১৫২২ দা নিংথৌ ওই। চহি অমা পাল্লমই। খৃষ্টাব্দ ১৫২৩ দা কবোম্বনা নিংথৌ ওই। তখেলগা লাম্হেংনবদা লাল ওয়্নকই, শমজোকসু ওমই। মহাক-থক্তা তখেল-খোং তৌই। তেখাওরু শাবা হেংই, তেখাও-লম্বীসু ফাংলি। নিংথৌগী মচানুপী তেখাওদা থাজে।

কবোম্বা ——— লৈশাংথেম চনু

(৪৩) তাংজাম্বা

নিংথৌ অসি ফম্বাল-লান্দা তাংজা (লিন) ফাই হায়বগী তাংজাম্বা কৌই। তাংজাম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৫৪১ দা নিংথৌ ওই। চহি অহুম পাল্লমই।

নিংথৌখোম্বা ——— লিম্হোইঙম্বী

শানোংবা ——— হাওজোংঙম্বী

(৪৪) চলাম্বা

ইং কুমজা ১৫৪৪ দা চলাম্বনা নিংথৌ ওই। মহাক্কী বংশাবলীদি—নিংথৌখোম্বনা লিম্হোইঙম্বী লৌহুনা শানোংবা পোকই, শানোংবা নিংথৌ ওইখিদে। শানোংবনা হাওজোং-

ওম্বী লৌতুন নিংথৌ চলাম্বা পোকই। চহি ৩২দা ফম্বাল তেংই, চহি ১৮ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লি। নিংথৌ ওইবা চহি ১৩ শুবদা বৈথেন্দা কুং য়ুংই। চহি ১৪ শুবদা অনাল হাও লান্থেংনবদা অনাল ওয়কই।

## চলাম্বা—— লম্কেন-ওম্বী

## (৮৫) মুংয়াম্বা

মুংয়াম্বা খৃষ্টাব্দ ১৫৪৬ তা—চলাম্বনা নিংথৌ ওইবা চহি অনি শুরকপদা—পোকই। মুংয়াম্বনা চহি ১৫ শুরকপদা হায়বদি ইং কুমজা ১৫৬১ দা নিংথৌ ওই। মুংয়াম্বা গী তোং-তুনা লম কেয়বা লেংই। শুগ্নু লৈহেন্নবদা গী লাক্কুনা মহারাণীগা মনাই অমগা শিখি। মচানুপী সনা লাংমৈরেম্বী কবোদা থাক্তে, কবো নিংথৌনা শামু য়াম্না কংলকই। অনাল হাও লান্থেংনবদা মী য়াম্না শিরকইদি হায়ববু লান্দি ওয়কই। খৃষ্টাব্দ ১৫৭৫ দা খাগেম্বা পোকই। কবোগা লান্থেংনবদা নোংমৈ য়াম্না খোয়কই। মতম অসিদা কবোদা পানবা নিং-থৌদি বায়িন্নাউঙ্ (Bayinnaung) কৌই (খৃঃ ১৫৫১-৮১)। অনাল হাওগী লান্দা মুংখোংমুংয়াং ওয়কই হায়তুনা নিংথৌ অসিগী মমিং "মুংখোংমুংয়াং-ওম্বা" হায়খিবদগী শমদংখিতুনা মুংয়াংওম্বা, অতুদগী অমুক থরা থৈখিতুনা মুংয়াম্বা কৌখি। মরাম নিংথৌবুসু মায়থীবা পিখি। মুংয়াম্বা হাকথক্তা খাগী (চীন) দগী মী-শা চাবা খাগী খোররুমই, মাবু হাংহৌই।

লুরাংশংবম থুলদা লৈবা লৈপুং অচৌবা অদুদা হাংপনি অমসুং অশিবা মশা অদু ফুমজিন্দুনা নুংপাক্না ননশিন্দুনা থমখি, নুংপাক অদু কংলা ময়াদা লৈরিবা অসিনি হায়নৈ। অনাল হাওগী লান্দা অনাল-নিংথৌগী মকোক ককুকৃই, ককৃফম অদু "মখাও-কোক্কক্" হায়না খংনৈ। সনা খুনেং হীরেন্দা মী মকোক অমা হাপলিবা অসি মুংয়ম্বা নিংথৌনা অনাল নিংথৌগী মকোক হীরুবাক্তা হাপ্লকুনা। পোরকপদগী মথং মথং সনা-খুনেং-হীদা মী মকোক শাদুনা হাপ্পরকই। নিংথৌ অসিগী হাকথক অসিদা নিংথৌশেম্বা ফংনদুনা হাংখি।

## মুংয়াম্বা——চাংবোম্বী

### (৪৬) খাগেম্বা (পোকপা: খৃ: ১৫৭৫; নিংথৌ: খৃ: ১৫৯৬)

খাগেম্বা চহি ২১ শুবদা খৃষ্টগী চহি ১৫৯৬ তা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। ফম্বাল তেংবা মতমদা খাগী ঙমখি হায়দুনা নিংথৌ অসিগী মমিং খাগেম্বা কৌই।

খাগেম্বনা মনাও অনগা হীদান্নবদা মনাও অংগী হী লৈত্রদুনা মনাও অতোম্বা শানোংবগী হী রাইরুই। হীদান্নবদা নিংথৌগী হীনা রাইশিন্দুনা শানোংবগী হী অদু খরা কায়রে। হী থিল্লুবদা কায়রবদি লৌররোই, অতোপ্পা অমা শীংবসু পামদে, হান্নগী হী অদুদা মপী বিয়ু গায়দুনা চক্রি তৌই। তাইশিন্নবা য়ানদ্রবদা নিংথৌ য়ৌনরে, খাগেম্বা নিংথৌনা

শাওদনবা থেম্বদস্থ য়াখিদ্রে; নিংথাই শাখিনা তোনরবদা শানোংবা শাওহুন মমাগা লোইননা ময়াং-নিংথৌদা হেচনশিন-খরে। খাগেম্বা তাম্ফোকপিস্থ হায়গুনা রানারুবদা য়াবিরকুনা ময়াংগা সিলেটকী পাঙনগা খে মহুনা ময়াং-নিংথৌ লাল লাকই। ময়াং-নিংথৌনা মণিপুরদা লান্দারকপা অসি খৃষ্টাব্দ ১৬০৬ তনি। শানোংবগী রাথোক-লাম্ফোক অসিদগী মীগী ফত্তনবা শিনবনু হৌজিক ফাওবা "শানোংবা-হীগায়" হায়না মৈতে-রাহৈ অমা ওইনা শিজিন্নখরে। খাগেম্বনা লাল-লাকপা ময়াংগা পাঙনগবু মায়থোবা পিখি। হন্দক্কী লাল অসিদা খুৎশু-খুংলাই য়ান্না লোকহৌই; ময়াং, পাঙন য়ায়া ফাহৌই, মথোই অসিবু মণিপুরদা খুন্দাহল্লি। হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ পাঙনশিংগী মপা-মপু অয়াম্বদি খাগেম্বা হাকথক্কা ফাহুন লৈহৌবা পাঙনশিং অহুনি। পাঙনশিং অসি বাংলা-দেশরোমদগীনি হায়হুনা 'বাঙাল' কৌই। 'বাঙাল' হায়বদগী মৈতৈনা 'পাঙন' হায়খিবনি। খাগেম্বা হাকথক্কা মণিপুরদা পাঙনশিংগী দমক্কা লোইশং অতোপ্পা অমা লিঙ্খৎলি।

খাগেম্বা হাকথক্কা নুংজেং পুখ্রিদগী থাং থোবোম্বা, থাংশুনহা-তা ফংই। থাগীগী মী চাবনা লাল লাকপদা হায়রিবা খুংলাইশিং অসিনা হাৎখি।

খাগেম্বা নিংথৌ হাকথক্কা কংলাগী যাত্রা হুনবগী পুংফম্ পাঞ্জি গণক থেংগ্রানা পি, পিরিবা পুংফম অসিদা যাত্রা হুল্লবদি সনাগী থম্বাল শাৎকনি হায়। যাত্রা হুনবা মতম

খরা শোইখিবনা কংলা-যাত্রা লুনবদা সনাগী থম্বাল শাংখিদে। মহারাজনা পাঞ্জি মরা চুমদে হায়না শাওদুনা গণক থেংগ্রাবু শুগ্নুদা লোই থাখি। হায়নবা লৈ—গণক থেংগ্রানা পিবা পুংফম অহু পাঙন অমনা তাহৌদুনা পুংফম অহু ইশোই শোইদনা লফু পাম্বী অমা থাবদা থম্বাল শাংলে। পাঙ অসি পাঙন-না নিংথৌদা হঙ্গংলরবদা মহারাজনা গণক থেংগ্রাবু কৌথংনবা মী থাখি। গণক থেংগ্রা শুগ্নুদগী হল্লকউ হায়বা য়াখিদে, নিংথৌদা তুরেল মরিন্দা লুপখি।

খাগেম্বনা পানবা মতমদা মণিপুরদা হিদাক থকপা হৌ-দোকই। য়ুম শাবদা সনা য়ুম্বী হাপরিবসি খাগেম্বা মহারাজনা হৌ-দোক্লম্বনি হায়নৈ। বিফুগা নিংথৌগা হী অমমম্ তোংদুনা হীয়াং তান্নবা হৌখিবস্ম মহাকথক্কী গীনি। নিংথৌবু লাইনিংথৌ কৌখিবস্ু খাগেম্বা মহারাজবু কৌবা হৌখিবদগী মথং মথং কৌনখিরবনি।

খাগীগা লাল শোক্লবদা মণিপুরদা খাগী বন্দী য়াম্না লৈহৌই। মখোইবু নিংথৌনা মণিপুরদা থুন্দাহল্লমই, হৌজিক ফাওবা মখোইগী থারানালা লৈরি। খাগীনা চেক শাবা, কব্রং-তীন য়োকপা মণিপুরদা তম্বিরমই। খাগেম্বনা হকথক্তা নোংমৈ শিজিন্নবা হৌরে হায়নৈ। মহাকথক্তা খাগেমপল্লী থোল্লি, ময়াং লাল শোক্লবদা খাগেম্বা মহারাজনা লানবল ওইনা থোল্লম্বনি; খাগেম্বনা থোল্লম্বনি হায়ডুনা খাগেমপল্লী কৌই। চহি অসি-মক্তদা মনাও থুরাই লাকপনা লানবল্ অমগা থোল্লি, মমিংদি

খুরাই-লাকপা চিংশোহন থোক্লমই হায়দুনা খুরাইলাকপল্ কৌই। খাগেম্বা হাকথক্ত খৈদেন তরা লিঙ্খৎলি। মৈতৈ ময়েক অরিবা চৎনহন্নবগী দমক্ত খাগেম্বা নিংথৌনা থরাই য়াংনা হোংনরমই।

খৃষ্টাব্দ ১৬৪৭ তা অরানা মৈতৈদা লাল হৌরকই। হন্দক্কী অরা-লাল অসিদা হিদিঙ্বা অনি লোকহৌই হায়না মণিপুর-ইতিহাসতা ই। খাগেম্বনা পানবা মতমদা ব্রহ্মদেশদা পানবা নিংথৌদি মহাদাম্মায়ুজা-দিপাতি (Mahadammayuza-Dipati) কৌই। ব্রহ্মদেশগী ইতিহাসতগী ঐখোইনা থংবা ওমই—মৈতৈ নিংথৌনসু খৃষ্টাব্দ ১৬৪৭ তা চিণ্ডুইন (নিংথি) তুরেল ময়াদা তাবা শমজোক (Thaungdut) তা লান্দারৈ।

চহি ৫৫ পাল্লমগা খৃষ্টাব্দ ১৬৫২ দা চহি ৭৬ তা খাগেম্বা নিংথৌগী খোইরেন ওইখি। খাগেম্বা মহারাজগী মতমদা লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পাল্লি। অনাল হাও, অকাম হাও, লুসাই হাওনচিংবা য়েকনবনা লম হেল্লকপা ওমদনবা হায়দুনা শুগ্নুদা কোন্নুং শেম্লমই। কোন্নুং অদু খাগেম্বা কোন্নুংসু কৌই। শুগ্নুদা রায়েন্-শং লিংই, খাগেম্বা লোইশং কৌই; মীহাৎ-মীপুনগী রায়েন থৌদা পুন্নমক চায়রিবা লোইশং অসিদা তৌরমই। ধর্ম্ম-বিচারগী মতমদা খুৎচপ্-কাতি, চপ্পবা শুবা, নম্নবা লুংচম-নচিংবা শিজিন্নরমই। রায়েন্দা মী অমা হাৎপা তারবদি মাবু শেরৌপুংদা মথরাই মাংহল্লি। খাগেম্বা মহারাজগী মতমদা

কালেন থাদা লাই হ্রাংব্রেল হয়রাওই, ইঙা থাদা লোক-নিংথৌ সনামহি হয়রাওই।

## খাগেম্বা — তাইথোম্বী

(৪৭) খুঞ্জাওবা ইবুংঙোতোম্বা নোংপোক খোংফেন খোবা।

খৃষ্টাব্দ ১৬৫১ দা খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওই। মচাকনা নিংথৌ ওইবা চহি ১৫ শুরকপদা ইতোক হাওগা তাঙ্খুলগা মীচং ওইহুনা মৈতৈগা লান শোকনৈ, মৈতৈনা ঙমই। মহাক-থক্তা কবোগী মংশা, লাংদে শমজোবা লান্নাবদা মৈতৈনা ঙম্লকই। খৃষ্টাব্দ ১৬৬২ দা মোগল খরা মণিপুরদা থোরকই। দিল্লীগী বাদশাহ ঔরংজেবনা ময়াম্বা সুজা মণিপুরদা লোংখি হায়বা তারহুনা থাঙ্গশেংবা খংউনবা মোগল খরা মণিপুরদা থোরকই। মিরজুম্লানা খৃষ্টাব্দ ১৬৬২ দা আসামদা লান্দারকপসি ঔরংজেবনা ময়াম্বা সুজাবু তান্নরকপদগীনি।* মিরজুম্লাদি অনা অয়েক কনশিল্লকপনা আসামদগী হনরাখি, মণিপুর য়ৌরকপা ঙমখিদে। খুঞ্জাওবা চহি ১৫ পাল্লমই, চহি ৪৫ দা পুন্সি মতোল লোমখি। মচা থনদে।

---

* ডাঃ ব্রেড।

ইবুংঙোতোম্বা ... ... ...

নোংপোক খোংফেন খোৌবা   তাংজখোম্বী
|

(৪৮) পাইখোম্বা   তোনশেনঙম্বা

খুম্বাংবনা নোংগাব্রবদা মনাওনিপা ইবুংঙোতোম্বা খোংফেন খোৌবনা পোকপা পাইখোম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৬৬৬ তা নিংথৌ ওই। মহাকথগী চেক য়ান্না শাই। খৃষ্টাব্দ ১৬৮০ দা শমজোক লান্নবা চংলি, খুংগু-খুংলাই য়ান্না লোল্লকই। মহাকথক অসিদা দণ্ডি য়ান্না কন্না লৌই, পোং হুরানবগী কাংবো মীহাৎপগী দণ্ডি পিরমহ। খৃষ্টাব্দ ১৬৯২ দা পাইখোম্বা মহারাজগী মতমদা মৈতৈ নিংথৌনা ব্রহ্মদেশতা লান্দারই, চান্নচুনা ব্রহ্মদেশগী নিংথৌদা মচা নিংচোল অমা থাজরমই। পাইখোম্বা চহি ৩২ পান্নমই। শোই নাইদে। খৃষ্টাব্দ ১৬৯৭ তা লৈখিদে।

তোনশেনঙম্বা — ঙাংবম-চনু ঙাইখোংঙম্বী

(৪৯) চরাইরোংবা (পোকপ খৃষ্টাব্দ ১৬৭২)

চরাইরোংবা চহি ২৫ শুবদা খৃষ্টাব্দ ১৬৯৭ তা নিংথৌ ওই। নিংথৌ ওইবগা চুংতেক লান্নাবা লৈই, নন্নে ঙম্মকই। নিংথৌ ওইবা চহি ৭ শুরকপদা হায়বদি ইং কুমজা ১৭০৪গী শজিবু মঙানি পানবদা চরাইরোংবা মহারাজনচিংবা লৈবাক্কী লাইমিং লৌবশিং চারা হেল্লি, মতুংগী নুমিত্তা চাইমিং লৌই। চরাইরোংবা হাকথক্তা নোংচুপ-ভারৎকী নিম্বার্ক কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা মণিপুরদা নিমান্দি ধর্ম্ম শন্দোকই, মণিপুরদা নিমান্দি

ধৰ্ম্ম চংপা হৌই। চরাইরোংবা মহারাজনা প্রজাশিংগী খুদোং চাননবগীদমক্তা মহারাজ অশোকনা মতৌগুম্না রায়েন-থোদা হায়বদি লৈপাক ভাকপগী কাংলোন-পথাপ পুম্নমক লেপ্নহুনা মুংদা ইহুনা লাইনাংদা থিল্লমই। মহাকথক্তা ইম্ফাল তুরেল লুকোই চুমথোক্লুনা কোন্নুং ফজনা শেমই।

চরাইরোংবা মহারাজগী মতমদা তপনমিশ্রগী মচু—সুরথ, দশরথ অমসুং উদ্ধব কোবা ব্রাহ্মণ অহুম মণিপুরদা লাকই, ব্রাহ্মণ বৃত্তি চত্নুনা মণিপুরদা লৈরকই। গণক হায়হুনা হৌজিক লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং অসি তপনমিশ্রগী বংশনি হায়নরি। মতুংগী নিংথৌরোন খরদা গণনগী থবক তৌরমই হায়হুনা 'গণক' হায়রগা খংনখরে; গ্রহগী দান চাই হায়হুনা গণক হায়রগা খংনরিবা ব্রাহ্মণশিং অসি অতৈ অতৈ ব্রাহ্মণশিংদগী তৌথায় তানা লৈরকই।

খৃষ্টাব্দ ১৬৯০ দা গরীবনিৱাজ পোকই।* মমাগী মমিংনা শাপম-চনু নুংথিল চাইবী কৌই। অঙাং অসি হেক পোকপগা

* গরীবনিৱাজ মহারাজগী মরমদা হায়নবা অমা লৈ—গরীবনিৱাজ মহারাজনা মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা অইত-অশিংনা চরাইরোংবা মহারাজদা হঙংলি—"হন্দক পোক্লৌরিবা অঙাং অসিনা নিপা ওইবদি মহারাজ, নচাগী মথুত্তা শাইরবা তারে"। নিপা পোক্লবদা মহারাণীনা মচা হাৎলরগদ্রা হায়বগী কিবনা খুজিন তৌহুনা অঙাং অসি হেক পোকপগা নিংথৌবু কৰিম্ভতা থংহন্দনা থাঙ্গাল হাৎখুন্দনা থৈদোকখি। নিংথৌদগী অঙাং ওইখরে হায়হুনা হঙংখি।

থৈত্নহুনা পমখিদবা য়াদবা মরমদগী থাঙ্গাল হাও খুল্লাকপী মতাদা য়োকউনবা শিন্নহুনা থৈখি। অঙাংদি নিংথৌগী সনা-ঈ গুইবনা মতম কুইনা পোত্নহুনা থম্বা য়াখিদে। চরাইরোংবা মহারাজনা নোংমা থাঙ্গাল হাওখুন্দা লেংবদা থাঙ্গাল হাও খুল্লাকপীনা য়েক্লকপা অঙাং অদু থাঙ্গেশেংবা মচানক্নি হায়বা খংলক্নুনা অঙাং অসি নুংশিনা পাম্না সা কোন্নুং তান্না পোরকই. পামজনা পুরকই হায়হুনা অঙাং অসিবু পানহৈবা থোল্লি। অঙাং অসি মথন্তা পুরকপা য়াদহুনা মমান্নব হাওমচা খরসু লোইনরকই। মখোইগী মতমদগী হৌরহুনা "হাওমচা-লোইশং" লিঙ্খৎলি।

চরাইরোংবা মহারাজ নোংম তান-খা পাত্তা থমচেং হাবা লেংই, মত্নদা পাখংবা (Snake God) মথি ফোংলম্লগা ঈশিং মনুংদা পুরুক পুরুক শৌহুনা লুপথখি, মফম অদু পুরুক পুরুক শৌই হায়হুনা হৌজিক ফাওবা "পুরুক-শৌবী" হায়না খংনখরে। লোরেম্বা খোংনাংথাবা হায়বসি মহারাজ অসিগী সা হাকথক্কী ফাওরবা পণ্ডিতনি। লোরেম্বা খোংনাংথাবনচিংবা পণ্ডিতকা তান্নহুনা মহারাজগী ফত্ত-হৌদি কোকনবা হোংনৈ। তান-খাদগী লেংঙকপা নুমিৎ খরনি লৈরগা তুস্নুক নিংথৌ লম্লাম্বনা লাল হৌরকই। খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দা তুংক হাও-খুন্দা লান লেংই, তুস্নুক-নিংথৌবু মায়থীবা পিরমই। তুস্নুক হাওখুন্দগী লেংঙকপদা সগোলবন্দা খোংনাং মখোংদা পোং-থারিবৈদা থক্কী তেন্না থাহুনা খোংনাং অদু খায়দোকই। বজ্রগী মৈশানা মহারাজ চরাইরোংবা য়াম্নহুনা তুহুনা লৈরিবৈ

মতমদা খুরক্কা ঙনা লাই শাখিন্না মহারাজ চরাইরোংবগী মপুন্সি মতোল লেমখি। খৃষ্টাব্দ ১৭০৪ দা মজাইবেম্মা অমা ব্রহ্মদেশগী নিংথৌদা থজে, মমিংদি চকপা-মখাওঙম্বী কৌই। গরীবনিরাজবু স্না-নাক্তা কৌশিন্দুনা চরাইরোংবা মহারাজনা পুন্নমদাইদা ইপাদি অরা লান্দাহুনা চকপা মখাওঙম্বীগী লম্মল্ খুম্নবা ঙম্নমদ্রে, অরা লান্দাহুনা লম্মল্ খুমউ, লেপ্পমক ঙমউ— হায়হুনা শিন্নরমই। চরাইরোংবা মহারাজনা থুপখিবসি ইং কুমজা ১৭০৯ দনি।

---

# ৭ শুবা পন্দুপ।

চরাইরোংবা——শাপম-চনু নুংখিল-
(৫০) গরীবনিরাজ চাইবী

চরাইরোংবা মহারাজনা নোংগাথুবদা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ দা চহি ২০ চংলকপদা গরীবনিরাজনা নিংথৌ ওই। মহাক্কী মমিং পামহৈবসু কৌই, গোপালসিংহসু কৌই। গরীবনিরাজ হায়বা মিং অসিদি নোংচুপ লোমদগী লাকপা পাঙনশিংনা থোনবা মিংথোন্দগী নিং ওইনা কৌখিবনি। নিংথৌ হেক ওইবগা মপাবুংগী য়াথং লৈখা তাহন্দনা হন্না হন্না বর্ম্মাদা লান্দারুই। গরীবনিরাজ হাকথক্তা অরা লৈবাক অসি মণিপুরগী মখা পোল্লমই, অরানা মৈতৈ নিংথৌদা চহিগা লোইপোং

কারমই। মতম খরা কেন্থা খাবমদা মহারাজ অসিগী কোন্নুং ওইরমই। ব্রহ্মদেশগী ইতিহাসতগী* ত্রেখোইনা থংবা ওমই—গরীবনিৱাজ মহারাজগী হাকথক্তা মণিপুর-হায়বসি অপার-বর্ম্মাগী তীঅংগী মশক ওইরমই। মণিপুরসি মতম অতুদস্থ শগোলগী দমক মনিং চংলমই, মী অচৱা অমনস্থ শগোল অনি-অহুম লোইরমই। খৃষ্টাব্দ ১৭২৪ দা মৈতৈনা মথং মথং ফাওখিত্নুনা অপার-বর্ম্মাদা চান্দারুই। খৃষ্টাব্দ ১৭০৪ দা অৱা নিংথৌদা থাজখিবা মচন-নুপী চক্পা মখাও ওম্বীবু অৱা-নিংথৌনা তাথিনা তৌবগী লম্মন খুনগে, মপাবুংগী য়াথং ভাক্কে হায়দুনা—মাগা লৈমিন্নরংনবা অতোপ্পা লৈমা অমস্থু অৱাদা থাজগনি হাইশিন্দুনা। খৃষ্টাব্দ ১৭০৭ তা অৱানা লৈমা নিবা লাকপদা অৱাগী অঙম-অথৌ লৈমা ওক্লমউ হায়দুনা থংহনখরে। ব্রহ্মদেশগী অঙম-অথৌ ৩০০ গা নুপী নহা, মনাই মশলগা লোইননা অপার চিণ্ডুইন ডিৱিক্তকী য়ু তুরেল মপান্দা লৈম ওক্লমই। মণিপুরদদি লম্মন খুমগে-হায়বগী দমক্তা অৱা লাম্হেংনবা খুজিন-থৌৱাং পূন্নমক শিন্দুনা লোইরে। মণিপুরদগী লৈমা খিনবা শাজিন্নদুনা নুপীগী ফিজ্বৎ শেত্নুনা চংনবা খোংমী-লাম্মীশিং অহু অৱাগী অঙম-অথৌনা লৈমা থিল্লকপা ভাইত্নুনা লৈরম্বা মফমত্নু য়োৱিকপদা শাপোৎ-লাম্পোৎ শেংচিন্দুনা চোংথোরক্লে। মৈতৈ লাম্না লুচিংবদি উশম কোৱেং কৈরংবা কৌই। মৈতৈনা অৱা ওম্লে, অৱা নুপী নিপা য়ান্না

* জি, ই, হারভে, আই, সি, এস্।

ফারক্লুনা মণিপুরদা বন্দী ওইনা ... রকই। মণিপুরগী ইতি-হাসতসু অৱা অচংবা নিপা ... ... ফাহুনা পোরকপগী ৱা থেংনৈ।

অৱা* কোন্নুংদা পাও ... ... মোৱবদা মণিপুর থুগাই-রুনবা থিন্দনা অৱা তেঙ্গোল ... মৈতৈগী লম্মন থুম্মুনবা অৱা নিংথৌনা থারকই। থৌবা... ... -নোংচুপ পাংবদা লৈবা হৈরোকতা লানবল্ শাহুনা ... । অমাং-অতানা অসুম হেঞ্জিল্লক্লুনা থুনা আভা কোন্নুং... ... তাথি। খৃষ্টাব্দ ১৭২৩ দা গরীবনিৱাজনা চাঁদা চায়খায়র... শমজোক (Thangdut) লান্দাহুনা ভমহুনা হল্লকই। ম... অসিদগী হৌৱহুনা মণিপুর নিংথৌগী ... য়েক্লবা অসি অৱাদ ... ত্র. তখেল (ত্রিপুরা) সু ওইরক্লে। তখেল লানগারক্লবদ নিংথেম মশামক্রা তখেল থেংনবা লেংই। মতম অসিদা ... সু লান্দারক্লুনা মণিপুর তম্পাক তারক্লবদা মৈতৈনা অ... ...হৌই। অৱাগা অসুন্না লাল শোক্লিবৈঙ মতম অসিদা ... সু মখারোমদগী লান্দা-রক্লুনা মোইরাং তারক্লবদা ...রাং তান্না তন্না লেংহুনা তখেল চায়খায়রুই। খৃষ্টাব্দ ... তা তখেল (ত্রিপুরা) লান্দারুই। তখেলনা চান্নবা হৈ... লাল শোক্লদনা হল্লকই।

---

* 'অৱা' হায়বসি 'আভা' শব্দ অপ্রভংশনি। অৱাং ব্রহ্মাদা ইরাবতী তুরেলগী তোর্বান্দা তাবা ... আভাগী অরিবা মিংদি "মদনপুরা"—মণি মণিকাগী ... ... ।

খৃষ্টাব্দ ১৭৩৪ দা গরীবনিরাজ মহারাজনা ত্রখেলনা চল্লম্বা লোইরমশিং অহু মণিপুরগী লোইরম্ ওইশিল্লমই।

গরীবনিরাজ মহারাজ ত্রখেল লান্দাহুনা অরাং মীমাকাও লানশিল্লুই। ত্রখেল লাল ওম্লকই হায়হুনা নিংথৌ অসি "ত্রখেল ওম্বা" (The victor of Tripura) হায়নসু খংনৈ। মতম অসিদু নিংশিংনবা 'ত্রখেল-ওম্বা' (The conquest of Tripura) হায়বা লাইরিক অমসু মতম অসিদা ই।

খৃষ্টাব্দ ১৭৩৫ মৈতৈনা ব্রহ্মদেশগী স্বেবো (Shewbo) হায়বা লমহুগী মনুংচনবা মীহু (Myedu) দা লান্দাবা চৎলি, লুট-পাট তৌহুনা পোং-চৈ য়াম্না লোক্লকই, য়ুম-শা ফাহুনা পোরকই, মী শিশিংমুকসু ফাহুনা পোরকই। খৃষ্টাব্দ ১৭৩৭ তা মৈতৈবু থিংননবা থারকপা রয়েল-লেভী অহুগী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অনিদি হাংখোই, মহুদা ব্রহ্মদেশগী য়ু-ভাওবা সেনাপতি অহুসু য়াওখি হায়নৈ। স্বেবো ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং তবায়িন (Tabayin) হায়বা লমদম অহু ফাওবা তান্নহুনা হাৎলুবনি। লম অহু য়ৌবা ফাওবা মথং মথং য়ুম মৈ থারমই। খৃষ্টাব্দ ১৭৩৮ দা অমা নিংথৌন মীহু (Myedu), তবায়িন (Tabayin), অমসু মিঞ্জিন (Mingin) দা মৈতৈগা লান্থেংননবা তেঙ্গোল পৈররবদা মৈতৈনা সাগায়েঙ্ (Sagaing) গী নোংচুপ্তা লৈবা থালুনবিয়া (Thalunbya) দা তেঙ্গোল শারমই, আভা কোম্বুংগী চেকপল য়ৌবা ফাওবা তকশিন্দনা লম্বা-লমখাংদা লৈরম্বা য়ুম, লাইশং পুন্নমক মৈ

থাদোক্লমই। কাউঙমুদো প্যাগোদা ( Kaungmudaw Pagoda ) চেকশিন্না কোইশিন্দুনা ঙাকলম্বতু থুগাইরমই. অরা-তেঙ্গাল অতু থুগাইতুনা মায়কৈ খংদনা ঙাওহল্লমই। লুটো কাউন্সিল (Hluttaw Council) গী সেনাপতিগা মন্ত্রীগা হাংলমই। প্যাগোদাগী নেংপোক-থোংদা থোং অতেক-মকায় অমন্‌বা লৈরি, মতু গরীবনিরাজ মহারাজগী থাংদোন্না আভং কোনুং চংনবা লাকুবদা থুদেকলম্বনি। মৈতৈনা খৃষ্টাব্দ ১৭৪০ দা অমুক হন্না অরাদা লান্দাবা চংলে। খৃষ্টাব্দ ১৭৪১ দদি মৈতৈ নিংথৌনা দূত অমা খৃষ্টাব্দ ১৭০৪ দা অরা-নিংথৌদা থাজগিবা মচনুপী দমক্কি হায়তুনা ফিরোনগা লোইননা অরা-কোনুংদা থাখি, অরা-নিংথৌগীনি হায়তুনা খুদোন-পোৎ থরম্ম পিখি।

খৃষ্টাব্দ ১৭৪৯ দা গরীবনিরাজ মহারাজন' অরা লান্দাকই, মসিনা নিংথৌ অসিনা অরা লান্দাবা অরোইবনি। মহাক্না হন্দক অকোনব' অরা লান্দাবা অসে লাল ঙম্লগা ঙম্, ঙম-দ্রগা অরা নিংথৌগা মরূপ শান্নগে তৌরুবনি। জাভা য়েৌনা চংশিল্লবদা অর-তেঙ্গাল মশীং লাকঙমদনা লৈরম্বা থেংনরে, মখোই অতুদি স্বিউইকিটেট (Shewekyetyet) তগী লোন্দাও-পোক (Londowpok) ফাওবা পরেং লেংঙমলে ; জয়গী আশা উদ্রবদা লাল তৌগে নিংখিদ্রে, লান্দি তৌদ্রতুনা তন্না সন্ধি তৌনরগা মজা ইবেম্মা চহি তরানিথোইতা ঙাই-

রিবা অমবু অঙ্গ-নিংথৌদা থাজরমই। লোম্নবা লৈবাক্তা লাল হৌরক্কনবা গরীবনিরাজ মহারাজনা অস্থুম্না শিল্লমই।

চহি ১৭২৫ দগী ১৭৪৯ গী মন্নুং অসিদা গরীবনিরাজ মহারাজনা অরাগা লাল শোক্লবদা লাল ওয়কই, অরাগী মরু ওইবা সহর য়ায়া দথল তৌরমই। মাগী ফিরাল নুংশিংনা হুমদেকখিবদগী মপুক্লিংদা য়ায়া চিংংরদুনা তন্না সন্ধি তৌদুনা হল্লকই। অতুমক নংলংদ্রবদি অরা-কোন্নুংমকস্থু লৌশিনবা য়ানা লৈরম্বনি। *

গরীবনিরাজ মহারাজ স্না হাকথক্তা মৈতৈনা রামান্দি ধর্ম্ম চংপা হৌই। শ্রীহট্টদগী শান্তিদাস কৌবা গোবাই অমনা ধর্ম্ম অসি মৈতৈ লৈবাক্তা শন্দোকই। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা রাংথৈ লৈকাইগী রামজি প্রভু অমস্থুং মহাবলী উমংগী হনুমান ঠাকুর ফোংই। রাংথৈ লৈকাইগী নিংথেম-পুখ্রি অচৌবা অসিস্থু মহারাজ অসিগী স্না হাকথক্ত খৃষ্টাব্দ ১৭৩৯ দা তৌখিবনি। হায়নবা লৈ—পুখ্রি অচৌবা অসি তৌবদা ঈশিং থোক্তে, ঈশিং থোক্নবা যজ্ঞ তৌবদা মচা চেনবী ব্রাহ্মণী নুপী অমা ঈশিংনা ফাওংখলকপা হাঙ্জিল্লকদুনা অতুম লুপখরে।

গরীবনিরাজ হাকথক্তা শান্তিদাসগী থৌঈনশিন্দগী পুরাণ অয়াম্বা খোমদুনা মৈ থাদোকখি। গরীবনিরাজ মহারাজনা রাম উপসেক ওইরক্লবদা সনামহি লাংলরোই হায়দুনা মূর্ত্তি

* হিষ্ট্রি অব আসামঃ মিঃ গেট্।

থুগাইরবদা শান্তিদাসনা সনামহি লাংপদি তোকপা য়াদে, ঐবু শ্রীহট্টদগী মণিপুর তান্না কৌথোক্লিবসি লাই অসিননি হায়রবদা অমুক ইনৌ নৌনা সনামহি লংপা হৌথি। শান্তি-দাসনা মনিপুর অসি দুর্গানা কোন্বা লমনি হায়বা তাকুনা মানা গায়বা মতুং ইন্না কামাখ্যা (হিয়াংথাং) চীংদা দেবীগী খুবম শেমই।

জ্যোতিষ বিদ্যাদা হৈ-শিংলবা পণ্ডিত অঙোম গোপী লৌরেম্বা খোংনাংথাবা পণ্ডিত মহারাজ অসিগী সভাগী লৈতেং ওইরমই। লাঙ্গোল-লুখোই হায়বা পণ্ডিত মতুংসু গরীবনিৱাজ মহারাজ হাকথক্তা ফাওখিবা পণ্ডিতনি হায়নৈ।

গরীবনিৱাজ মহারাজগী মরমদা হায়নবা অমা পৈ—গরীবনিৱাজ মহারাজ হিয়াং হিরেন নেতুনা লোক্তাক-পাৎ শমতুনা লেংই। পাথংবা মথৌ ফোংলমই, হিয়াং হিরেন অহু চরাং চগপ্ চগপ্ শাইরকই। লৌরেম্বা খোংনাংথাবা পণ্ডিতসু শ্রীযুৎকী থৌগল তৌরমই, অঙকপা মতৌহু উবদা থাং খৌবোম্বদা মন্ত্র শোন্দুনা হিবান্দা য়াল্লি, হি অহু ঈ থাকই হায়নৈ। লৌরেম্বা খোংনাংথাবা হায়বা পণ্ডিত অসিদি মপাবুং চরাইরোংবা মহারাজ মন্না হাকথক্তগী ফাওতুনা লাক্লবা পণ্ডিতনি। হি তোংতুনা লেংঙকপনা কামাখ্যা-চীং য়ৌরক্লে, চীংখোংদা হি অহু থাংলমগা মহারাজ দেবী খুরথা লেংখংলি। দেবী খুরমগা লেংথরকপদা হি অহুদি পাইথখিহুনা লোক্তাক য়ৌ-খিরম্লে। হি অহু লাইনি হায়নৈ।

লৌরেম্বা খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা নিয়ম শিন্থনা পাখংবা হরাওই। মনা হাকথক অসিদা হাও পুন্নমকপু কৌখত্তুনা মপুক্লিং পেন্ননবা মাগী মাগী জাংকী হরাও-কুম্মৈ তৌহল্লি। মসিবু "মেরা-হাওজোংবা" কৌই। মহারাজ অসিগী সনা হাকথক্তা কে'য়েং য়েত্তুনা ঈশৈ শকপা হৌই।

মহারাজ অসিগী মতমদা মরাল লৈবা মীবু মাগী মাগী মতিক চাবা দণ্ড পিরমই। নিংথৌগী য়াথং শাত্নুনা থুমখোংদা থুম খায়রম্বা মী খংনরক্লুনা ফাগৎনকপশিং অহু মথুৎ কক্থৎতুনা রারকখি।

চিটাগোং ফ্যাক্টরীগী মকোক থোংনা থবক পুরম্বা মিঃ ভেরেলষ্ট সাহেবনা বাংলা দেশগী মতম অহুদা ওইরম্বা গবর্ণর মিঃ এইচ, ভ্যান্সিটার্টতা খৃঃ ১৭৬২ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ১৯ দা ইবা চিঠিদগী ঐখোইনা খংবা ঙমই—গরীবনিৱাজ মহারাজগী রাণী অনি লৈরমই, অহানবা রাণীগী গর্ভদা শ্যাম শাই পোকই, অনিশুবগী গর্ভদা অজিৎ শাই, সর্ব্বসাচী শাই, ভরত শাই, শত্রুঘ্ন শাইনচিংবা মচা নিপা শাই তরুক পোকই। চিঠি অসিন্দি শাই ৭তা মপল্লে, তৌবগীদি শাইয়াম মরক্তগী শাই ৭ অসিনা মণিপুরগী ইতিহাসতা থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চংল্লি।

মহারাজ গরীবনিৱাজনা পোক্লম্বা মজাইবুংঙোশিং :—

অরাম্বম নিংঙোন্ননা— —(১) শ্যামশাই খুরাইলাকপা

ঙাংবম — —(২) মাহল্ল মুরারি শাই।

রায়েনরম নিংঙোলনা——(৩) অজিৎ শাই—মণিপুরগী
৫১ শুবা নিংথৌ।

— —(৪) নন্দশাই।

— —(৫) অঙ্গশাই।

— —(৬) সব্যসাচী শাই।

— —(৭) ভরত শাই।

— —(৮) শক্রুঘ্নশাই (তোলেন-তোম্বা)

চিংঙাখম্ „— —(৯) হরিচরণ শাই।

——(১০) গদাধর শাই।

——(১১) দুর্ল্লভ শাই।

হাওবম „——(১২) ধর শাই।

য়াইখোম „——(১৩) হরি শাই।

মাইবম „——(১৪) চৌত্রাম শাই।

লাইরিকয়েংবম „——(১৫) আনন্ত শাই।

অরাম্বম „——(১৬) তুলসী শাই

——(১৭) মেঘশাই।

মোইরাংথেম „——(১৮) কেশর শাই।

নিংথৌগী মজাইবুংঙোশিং অসি অমমম্না লৈবাক্ ঙাকপগী

শিনফম্ অমমম্গী মকোক পুরমই। পাচ-লোইশংগী মকোক থোংনা থবক পুরম্বা মজাইবুংঙো ভরত শাই অমস্বং মাগী ধারানালাবু পাচ-হম্বম্ কৌই। পাচ-লোইশংগী থবক্তি—

কোম্নুংগী য়ুম্মাংবা-য়ুমশেংবা শাগে নাৎতেদা পাও হেনবা. নাপিত থাবনচিংবা। পাচহন্বা লৌ চাই।

শত্রুঘ্ন শাইনা উ-রাগী লোইশংগী মকোক্তু পুরমই। মাগী থারানালাবু উরুংপুরেন ময়ুম কৌই।

হরিচরণ শাই, দুর্ল্লভ শাই অমসুং গদাধর শাই লৌ-ইংখোলগী মকোক থোংহুনা থবক পুরমই। মখোইগী থারানালাবু লৌরুংপুরেন ময়ুম কৌই।

আনন্ত শাইনা লৈবাক্কী মন্ত্রী ওই। মাগী থারা-নালাদি মন্ত্রী ওইখিবা মরমদগী মন্ত্রীময়ুম হায়রগা খংনখরে।

খ্বাইগী অহল শ্যামশাই নিংথৌ ওইখিদে, খুরাইলাক-পদগী হেনখিদে। মহাক্না মোইরাংথোমদা লৈরিঙৈদা খৃঃ ১৭৩৯ দা ভাগ্যচন্দ্র পোকই! খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ দা গরীবনিরাজ মহারাজনা মজাইবুংঙো অজিৎ শাইদা নিংথৌ থুবম শিন্নরে। শ্যামশাই খুরাইলাকপনা নিংথৌ ওইফমদি থোক্লগা মপাবুংগী য়াথং ঙাক্লে হায়বগী দমক্তা নিংথৌ থুবম থাদোকখি। শ্যাম-শাইনা মপাবুংগী আশা কায়হনখিদে, মপুন্সি চুপ্পা মপাবুংগী থৌগল তৌদুনা লৈখি। অজিৎ শাইনা নিংথৌ হেক ওইবগ মপাবুংবু মথং মথং মণিপুরদগী তান্থোকই। গরীবনিরাজ খৃষ্টাব্দ ১৭৫১ দদি মণিপুরদা লৈবা য়াদ্রদুনা অরা তান্না স্না থোং-লেংই, অরাদা শ্যামশাইনা মপাবুংগী থৌগল তৌশেমই। হন্দব মপা-মচা পুনখিবা অসিদা করিগুম্বা শ্যামশাইনা নিংথৌ ওইগে হায়দুনা লাল হৌরক্কব্রা, মপাবুংনা শ্যামশাইগী মীচং চংখিগদ্র

হায়বগী রাখন্দা অজিৎ শাই য়ান্না নুংশা থিরমই নিংথৌ খুবমদি মচানিপা অহল শ্যামশাইদা পিফম থোক্লগা পিহৌদবা অতুদা গরীবনিরাজস্থু নিংঙমগৌদ্রে, অতুনা হৌজিক্কি শ্যামশাইদা নিংথৌ খুবম শিন্ননিংলে। খরা মীরগা গরীবনিরাজ অমস্তুং শ্যামশাই কবোদগী থোরক্লে হায়বা-পাঙনিংথোল অমা মহারাজ অজিৎ শাইনা তারে। অজিৎ শাইনা মপাবু অমস্তুং ময়াম্বুং শ্যামশাইবু লমীদ গুক্রুনবা মী থাখরে, মমুংদগি লমথাংদা লোই-থোকউনবা শরৌ শিনবা লোইথরে। লোক অমগী মপান্দা তেলেন-তোম্বন। গরীবনিরাজ মহারাজগা লোইনরকপা শান্তিদাস গোষাইবু খুংলাইন থাহনা হাংখি। মরম অসিদগী শান্তিদাস গোষাইনা লৈখিদবা লোক অসিগী মমিংবু "গোষাই-রোক" কৌনখি। হৌজিক্কি খরা খরা থৈখিহুনা "খুজাই-রোক" কৌখরে। মপাবুংগা ময়াম্বুংগস্থু তেলেন-তোম্বনা কোইথি থিরকই। অরাদা তোম্ফাং-হিথাথেস নিংথি তুরেল মপান্দা থেংনরবদা তোলেন-তোম্বগী খুংলাইনা থাহনা গরীবনিরাজ খৃষ্টাব্দ ১৭৫২ দা শিখি। শ্যামশাই খুরাই লাকপদি নিংথি তুরেন্দা চোংথখিহুনা অতুম মাংখরে। মতাং অসিদগী হৌরহুনা মপা মচা হাংনবা, মচিন্ননাও মমগা অমগগী মরক্তা রেংথিনবা, নুংশিনদবা, অমগ অমগা হাংনবগী মতাং চংঙকলে। গরীব-নিরাজগী মজাইবুংঙো আনন্ত শাইনা অরা তান্না লেংহুনা থুপখবা মহারাজগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম তৌরই।

ময়াম্বুং অজিৎ শাইগী খুজিন্দ্রগী মপাবুং-বু নুংশিহৈত্তবগা

লোইননা হাংখিবগী লম্মন খুনগে হায়বগীদমক ভরতশাইনা মী খোমবা হৌরে। অজিৎ শাইবু ময়াংদা তান্থোকখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৫২ দা ভরত শাই ( মণিপুরগী ৫২ শুবা নিংথৌ ) না নিংথৌ ওইদুনা, লৈবাক ঙাক্লুনা পাল্লি। মহাকথক্তা নিংথৌ-শেম্বা লৈবাক মান্নদুনা স্নাহন্ শাই লোক অমদা ফংখরে, লোক অদুগী মমিং হৌজিক ফাওবা মাগী মমিং লৌদুনা "স্নাহন্-লোকচাও" কৌখরে।

---

# ৮ শুবা পন্দুপ।

| শ্যামশাই | চখামরিং লোইখোম্বী |
| --- | --- |
| (৫৩) গৌরশ্যাম | (৫৪) জয়সিংহ (ভাগ্যচন্দ্র) |

ভরত শাইবু অরাদা তান্থোক্তুনা গৌরশ্যামনা ইং কুমজা ১৭৫৩ দা নিংথৌ ওই। শ্যামশাইনা পোকপা গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইরবদা মনাও জয়সিংহনা যুবরাজ ওই। মচিম্মনাও অনি চহি মঙা মঙা নিংথৌ ওইনসি হায়বা য়ানদুনা গৌর-শ্যামনা হান্না নিংথৌ ওই। গরীবনিবাজ মহারাজনা পোক্লম্বা মপাবুংবু হাংখিবা তোন্সেন তোম্বা নিংথৌ ওইগে হায়দুনা হোৎনরকই, মহাকপু পুন্দুনা হাৎলি। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৭ তা য়াম্নেনবম-মচা খেলৈসুংনাং তেঙ্গহৈববু মমাগা পোকমিম্নবা

মামনি হায়তুনা মেট্রৈরাং-নিংথৌ হাপই। কাক্তাদা কোনুং শেমতুনা মনিং মখা তম্বা মীখা পোন্দবা নিংথৌ ওইগে হায়বগী থৌরাং তৌতুনা খুদোংচাবা লাকপা ঙায়দুনা লৈরি। মতম অসিদা অরক্লেবাক্তা (অভা কোনুংদা) পানবা নিংথৌগী মমিংদি আলাউঙ্পায়া (Allaungpaya) কৌই, নিংথৌ অসিবু আলাম্প্রা (Alampra) হায়রগসু খংনৈ। বর্মাগী ইতিহাসতগী গ্রখোইনা খংবা ওমই—১৮ শুবা শতাব্দীগী ময়াই চনশিল্লকপা মতমদা "তেলাং*" হায়রগসু খংনবা ব্রহ্মদেশগী থুংকল-পাঙল্লবা পেগুয়াণশিংনা লান্দারক্তুনা আভা কোনুং লৌশিল্লমই, নিংথৌবু বন্দী থনমই। নিংথৌগী মহুৎশিনবা আলাউঙ্পায়ানা খৃষ্টাব্দ ১৭৫৩ দা আভা কোনুং অমুক হন্না লোই চন্দুনা অতৈ অতৈ লম খরসু পেগুয়াণশিংগী মখুত্তগী লৌশিল্লি। লাল শোক্নুবা খুদিংদা ফরাসীশিংনা পেগুয়াণশিংগী মতেং পাংলমই, ইংরেজশিংনা আলাউঙ্পায়ানচিংবা অরাগী মতেং পাংলমই। মথক্তা হায়রিবা আলাউঙ্পায়া হায়রিবসি শান অমসুং টাংগু রাজবংশনা লৈখা তাথ্রবদা মহারাজ আলাউঙ্পায়ানা আভা কোনুংদা

---

* ব্রহ্মদেশগী তেলাং হায়বা জাৎ অসি 'থন্' হায়রগসু খংনৈ। খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈগী চহি কুমলা মায়গী মমাংদা দ্রাবীরশিংনা ভারতকী তেলঙ্গনা হায়বা মফমদগী সমুদ্র যাত্রা তৌরকই হায়তুনা 'থন' জাতি অসি "তেলাং" হায়না খংনরকই। মথোই অসি সুবর্ণভূমিদা থুন্দারৈ। সুবর্ণভূমি হায়বসি ইরাবতী, সিট্টাং অমসুং সালউইন (Salwin) কৌবা তুরেল অহুম্না কোন্বা লমদম অদুবুনি।

পাল্লমই। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৮ দা মহারাজ আলাউঙ্পায়ানা মণিপুরদা লান্দারে। অরা-নিংথৌ আলাউঙ্পায়াগী তেঙ্গোলগা মৈতৈগী তেঙ্গোলগা লাম্থেংনবদা অরাগী তেঙ্গোলনা য়াম্মন্বনা মৈতৈ শান্নী কায়হল্লা চেল্লি। আলাউঙ্পায়ানা হন্দক মণিপুর তম্বাক তারকপা অসি চিঙুইন তুরেনগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা লৈবা কতে শানগী থুনয়াম থুগাইরমই, চীং শনজিল্লক্তুনা মণিপুর তম্বাক তারে। মৈতৈশিংনা অরা নিংথৌ অসিবু য়াম্না নুংশি হৈতবা নিংথৌনি হায়নৈ। ইমোল পাস (Imole pass) তা লৈবা পলেলদা মৈতৈগা অরাগা লাম্থেংনৈ, লাল কন্না শোক্নবদা মৈতৈগী জয় কয়া লেখিদ্রে। আলাউঙ্পায়ানা ইম্ফাল কোনুং চংঙকপা মতমদা কনাম্বু লৈরমদ্রে, মী পুম্নমক চীংদা জঙ্গলদা লোৎখিরমই। মহাক ইম্ফালদা নুমিৎ ১৩ নি লৈরমই, নুং অমা য়ুংঙমই; লৈরম্বা তারম খোৎলম্বা পোৎ চৈ পুম্নমক লুট তৌহুনা পুখিরমই, লুহনা পুবা ঙমদহুনা নোংমৈ অনি তুরেন্দা লংথরমই। তমু (Tamu) অমস্তুং শমজোক (Thangdut) তা তেঙ্গোল শাতনা থনয়গা মরেবাক্তা হনখি। আলাউঙ্পায়ানা বন্দী ওইনা পুখিবা মৈতৈশিংগী মনুংদা মী ৪০০ রোম হেন্না হাংখি, হাংখিবগী মরমদি ফাহুনা পুখিবা মৈতৈশিং অদু বন্দী ওইনা অরা তান্না চৎলু হায়বা য়াখিদবদগীনি। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৮ দা নিংথৌরেন আলাউঙপায়ানা মণিপুর জয় তোখিবা অসিদা ফি শাবা হৈবা মৈতৈ য়াম্না ব্রহ্মদেশদা পুখিবা মৈতৈ বন্দীশিংগী মনুংদা

য়াওখি। হায়রিবা ফি শাবা হৈবা মৈতৈ বন্দীশিং অসি ব্রহ্ম-দেশগী সান্নাইডু অমস্তুং ঈন্‌ওয়াদা থুন্দাহল্লমই। মতম অসিদগী হৌরদুনা মৈতৈনা শাবা য়েংবদা ফজবা মথগ মথা অয়াম্বা ফি "পাজো" (নামৈ য়েপ্তুনা কোইশিন্দুনা শেংপা য়াবা ফি) অমস্তুং "থামোইন" ব্রহ্মদেশগী হুম্বীনিপানা শিজিন্নবা হৌথি। শ্যাম লৈবাক্কী রেশমী ব্যাঙ্কক্ পাজো অমস্তুং থামোইন-না মতম অমদা লৈম-নিংথৌগী অমস্তুং ঈনাক-কৈরাক খুনবশিংগী শেংন-চানবা ফি ওইরমইনি হায়ববু মৈতৈনা শাবা ফিনা মীপুম থুংনা লাইর ঈনাকখুনবা থায়দনা শিজিন্নবা য়াবা মরম্না অপার বর্ম্মা শিন্থুংলমই। মণিপুরদগী ফাহুনা পুখিবা বন্দীশিং অসিবু অমা লৈবাক্তা ইরিগেশন-ক্যানেল্স' ফাওবা তৌনহল্লমই। মণি-পুরদগী ফাহুনা পুখিবা বন্দীশিংগী মনুংদা ব্রাহ্মণশু য়াওখিরমই। নিংথৌরোন অসিদগী হৌরদুনা মথংগী নিংথৌরোন অতৈদশু ব্রাহ্মণশিং অসিবু বৃত্তি পিদুনা অমা কোন্নুংদা থনমই। কোন্নুংগী করিগুম্বা [redacted] থোরকপদা ব্রাহ্মণশিং অসিগী মত লৌরমই। ব্রাহ্মণশিং অসি পাঞ্জিগী থবকশু তৌরমই। ব্রহ্মদেশদা ব্রাহ্মণশিং অসি "পোনা" হায়রগা খংনৈ।

---

## জয়সিংহ (ভাগ্যচন্দ্র)

কবো লান্থোকনবদা গৌরশ্যাম শগোলদগী তাদুনা খোং পোকই নিংথৌ ওইবা মতম শুরদুনা মনাও জয়সিংহদা নিংথৌ

খুবম শিন্নরে। নংথৌমচাশিংগী মনুংদা অসিগুম্না মচিন্ননাও চান্ননা লূনা তৌনবগী খুদম অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা তাংই। ভাগ্যচন্দ্র হায়না ফাওরবা মতিক মগুণ চাওরবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ অসি মণিপুরদা অহুগা থোইদোক হেন্দোক্না মণি-পুরগী মপান্দা জয়সিংহ হায়রগা খংনৈ। চৌংথংখোম্বা, নুংনাং-খোম্বা, কার্ত্তা হায়বসি জয়সিংহ মহারাজগী অতোপ অতোপ্পা মমিংনি। জয়সিংহ মহারাজনা খৃষ্টগী শতাব্দী ১৮ শুবগী ময়াই চন্শিনখ্রবা কাস হায়বদি ইং কুমজা ১৭৫৯ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। জয়সিংহ মহারাজনা নিংথৌ হেক ওইবগা ঔরা লাম্নানবা লাম্মী খোমবা হৌরে। মতম অসিদা ব্রহ্মদেশগী পেগুদা লৈবা মীশিংনা লাল হৌরকলে হায়বা পাও তারদুনা নুমিৎ খরনি লৈরম্লগা ঔরা-তেঙ্গোল মণিপুর থাদোক্লমদুনা মরৈবাক্তা হনখি। জয়সিংহ মহারাজ ঔরা য়োনা তান্নরুই।

মতম অসিদা জয়সিংহগী নিংথৌ খুবম কল্লকৃদুনা অজিৎ শাইনা নিংথৌ মফম তাম্থোকপিরে হায়দুনা তখেল (ত্রিপুরা) নিংথৌগা রা তান্নদুনা ইংরেজদা রাকংলি। জয়সিংহ মহারাজনা খংলকুনা য়ুনাইটেড ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগী মকোক থোংনা চিটাগোং (চট্টগ্রামস্থ কৌবা চাটিগাঁস্থ কোবা) দা থবক তৌরিবা মিঃ হেনরী ভেরেলষ্ট (Mr. Henry Verelst) তা অজিৎ শাইবু মণিপুর সিংহাসন্দগী তাম্থোকখিবগী মরম শুগাইনা ইদুনা চিঠি অমা মাগী উকিল হরিদাস গোঁষাই (Haridas Gossain) দা পিদুনা থাখি। ব্রিটিশনা মরম পুম্নমক থিজিন্দনা

য়েংবদা অজিৎ শাইগী দোষনি হায়বা তাংদাংবা থংচহুনা জয়সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না য়াখি। ঐরানা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক হন্না অত্যাচার তৌরবা ওমদ্রনবুগী দমক হুদগা ইংরেজগী মরূপ ওইহনা চান্নবা য়ানবা হায়হুনা জয়সিংহ মহারাজগী পক্ষগী হরিদাস গোঁসাইনা আর্টিকল্স মাপল য়ানখি। য়ানরহুনা ইং কুমজা ১৭৬২ সেপ্টেম্বর থাগী তাং ১৪ দা হরিদাস গোঁসাইনা জয়সিংহ মহারাজগী পক্ষদা সহী তৌই। তারিখ অসিদগী হৌরহুনা মণিপুরগা ব্রিটিশকা রাজনৈতিক ক্ষেত্র (Diplomatic relation) দা শম্নবা হৌরে।

য়ুনাইটেড্ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগী চিটাগোং ফ্যাক্টরীগী মকোক থোংনা থবক পুরম্বা মিঃ হেনরী ভেরেলষ্টকা হরিদাস গোসাইগা য়ানরহুনা সহী তৌনখ্রবা আর্টিকল্স মাপলঃ—

(১) "ঐরানা মাংহনখিবা লমতু হন্জিন্নবা লাক্লবদা ইংরেজ তুরুপনা জয়সিংহগী মতেং পাংগদবনি।

(২) "ইংরেজ লান্মীনা মাগী দমক লৈরিমথৈ জয়সিংহনা থাগী থাগী হেক লোইবগা লান্মীগী চংখিবা খরচ পুন্নমক পিগনি হায়না য়ারে।

(৩) "নেগ্রেজ (Negrais) দা ওইরবস্নু বর্মা শাসনগী মন্নুংদা লৈবা মফম অমদবু ওইরবস্নু ইংরেজগী মহাম তারকপা সতমদা জয়সিংহনা মাগী লৈজবা তেঙ্গোল পুহুনা ইংরেজ লান্মীগী মতেং পাংগনি হায়না য়ারে।

(৪) "আর্টিকলশিং অসি সহী তৌনখ্রবা মতুংদদি জয়

সিংহনা—কবোনা ইংরেজগী মগাম তানবা তৌবা পুন্নমক—মশামক্তা তৌবমক্নি হায়না খনগদবনি, পেগুদা নত্রগা নেগ্রেজদ নত্রগা পেগু নিংথৌগী মখা পোনবা লম অমদা করিগুম্ব ইংরেজগী লল্লোল-ইতিক তৌবদা অপন্-অকায় লাকপা কান্দ অতুগা ইংরেজদা করিগুম্বা অপমান অয়া ইনৌ নৌনা লাকপ মতমদা জয়সিংহনা মায়োক য়াগদবনি; করিগুম্বা গবর্ণমেণ্ট অমগী লমদা ললোনবা চংপা মতমদা অতুগা লম অতু ফাওহনা চংপদা ইংরেজ প্রজাদা খিংঙরবা থোক্লবদি মতুস্ম জয়সিংহনা মায়োক য়াগদবনি।

(৫) "জয়সিংহনা ইংরেজগী য়েক্লববু মতম পুন্নমক্ত মশামক্কী য়েক্লবনি হায়না খনগদবনি, অতুগা ইংরেজস্সু জয়সিংহগী য়েকনববু মখোই মশামক্কীস্সু য়েকনবনি হায়না খনগদবনি।

(৬) "ইংরেজনা মখোইগী কারবার তৌবগী অতুগা মী শোইদ-ভামদনা লৈবা য়াননবগী দমক পিয়ু হায়বা কারখানা অমগা লানবল্ (Fort) অমগা শাবা ওকনবা অপাম্বা লম্ জয়সিংহনা পিগদবনি, ইংরেজনা খল্লিবা মফম অতুগী মাইকৈ মরিমক্তা খুতুপ ৮,০০০ গী লম থাজানা ইয়াও য়াওদনা ইংরেজদা পুংপি পিথোক্কদবনি।

(৭) "জয়সিংহনা ইংরেজদা মরৈবাক্তা অমস্মুং মরৈবাক ফাওহনা ট্যাক্স ইয়াও য়াওদনা ইফোং-ফোংনা ললোনবা য়ানবা

য়াথং পিগদবনি, অতুগা মতম পুন্নমক্তা ইংরেজবু কন্‌গদবনি অমস্তুং ভাক শেনগদবনি ।

(৮) "জয়সিংহনা ইংরেজগা তান্নদনা বর্ম্মারাজগা লোই-ননা করিগুম্বা অমতা তৌবা য়ারোই অতুগা ইংরেজস্তু জয়সিংহবু তাক্লমদনা বর্ম্মারাজগা অতোপ্পা সন্ধি অমা তৌনবা য়ারোই ।

(৯) "ইংরেজ লান্মীনা মেখলী (মণিপুর) লান্মীগা লোইননা মখোইদা মহাম তাহনখিবগী লম্মন খুন্নবগী দমক বর্ম্মারাজগী য়েকনবদা লান্নাবা চংকদবনি, ঙম্বা খোক্লগা বর্ম্মা লৈবাক অসি জয়সিংহদা লোইনা পিগদবনি, মতুগী দমক্তা ইংরেজনা মতম মতু ফাওবদা মাংখিবা পুন্নমক জয়সিংহনা হন্‌গদবনি ।"

হরিদাস গোঁষাইনা ইংরেজগী সাহায্য ফংনিংবদগী মিঃ ভেরেলষ্টা পেগুগী মখা থংবদা লৈবা লমশিং অতুগী মরমদা বিবরণ অমা পি, কবোবু মণিপুরদগী তাম্থোকপা ঙম্নবদি ভারতগী খাগী (China) ফাওবসি ব্রিটিশকী ললোন-ইতিক তৌবদা য়াম্না নিংথিনা য়াগনি হায়না খংহল্লি। মণিপুরগা কবোগা চান্নরিঙৈ মতমদা খাগী ললোনবশিংনা মণিপুর ফাওবা ললোন ইতিক তৌবা লাক্লমই, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগীস্তু ললোনবদা য়াম্না খুদোং চাগনি হায়তুনা মরম অসি মিঃ ভেরেলষ্টা হুংলি। মিঃ ভেরেলষ্টনা অভিযান অমা মণিপুরদা থারবদি তুংদা য়াম্না কান্নবা লাকনি হায়তুনা আর্টিকলশিং অতুগী কপি অমা মতম অতুগী বাংলাদেশগী গবর্ণর মিঃ ভ্যান্সিটার্ট

(Mr. Vansittart) তা অনুমোদন (approve) তৌবিরক্লবা অহুগা অভিযান অহুগী দমক লাম্মী তেঙ্গোপ অমা মঙোন্দা থাবিরক্লবা থাখি। মণিপুরবু য়োৌরবদি ফরাসীশিং (The French) না নেগ্রেজদা পেগুদা মহাম তাহনখিবা অহুগী লম্মন থুম্ববু ঙমগনি হায়না খংহনখি। ইংরেজশিংনা নেগ্রেজদা লৈরিঙৈদা ফরাসীশিংগী থৌইনশিন্দগী সাহেব থরা খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯ দা হাৎখি হায়বসি মতাং অসিদা নিংশিংফম্ থোকই।

খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী অক্টোবর থাগী তাং ৪ দা চিঠি অহুগা মরূপ শান্নবগী আর্টিকলশিং অহুগা মিঃ ভ্যান্সিটার্টনা খন্নবগী দনক বোর্ডকী প্রেসিডেন্ট অমা ওইনা বোর্ডতা লাম্থোকই। আর্টিকলশিং অদো অফবনি হায়নদি লৌরে অহুগা কোম্পানীগী কান্নগদবা তোংজগদবা লৈরবদি অভিযান অমা মণিপুরদা থাবা হায়বসিস্থু থাকৈ হায়না খন্নরে; অস্থুন্নদি ফরবা অসিদা কর্ণেল কুট (Colonel Coot) অমস্থুং মেজর কর্ণাক (Major Carnac) কী মত-তি লৌবনা চুমই হায়হুনী সেক্রেটারীবু অমুক হন্না কাউন্সিল ফম্নবা য়েথোকহন্থরে। অকোনবগী ফমখিবা নুমিৎ অসি খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী অক্টোবর থাগী তাং ১১ দা থোকখি। কর্ণেল কুট-তি হকচাং ঙমদহুনা মিটিং অহু য়াওরদ্রে, মেজর কর্ণাক, প্রেসিডেন্ট ভ্যান্সিটার্ট অনিদি য়াওই। মৈতৈ নিংথৌগা ইংরেজগা মরূপ শান্নবা (alliance গী রারম অহু অমুক হন্না থন্নরে। মতম অসিদা প্রেসিডেন্টন দিল্লীগী নিংথৌ শাহ আলমগা মাগী মন্ত্রী স্থুজাউদ্দৌলাগন

দিল্লীগী সিংহাসন ফংননবা ইংরেজগী মতেং ফংজগে হায়দুনা থারকপা চিঠিগী অনুবাদ অদু বোর্ডতা পুথোকলে। দিল্লীদা মতম অসিদা করি থোকখিবগে হায়বদু মতাং অসিদা শম্নপ্না খরদং ইবনা চুমগে। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯ দা গাজীউদ্দিন কৌবা মন্ত্রীনা নিংথৌরেন অনিশুবা-আলমগীরবু হাংলি। মপা শিবগী পাও তাবদা বিহারদা লৈবা মচানিপানা "শাহ আলম" হায়বা নিংথোল লৌদুনা দিল্লিগী নিংথৌ ওইরবনি হায়না শন্দোকলে, আউধগী নবাব সুজাউদ্দৌলাবু মাগী মন্ত্রী হাপলে। শাহ আলমনা নিংথৌ ওইরবনি হায়দুনা দিল্লি কোন্নুং চংঙকপদা গাজীউদ্দিন-না য়ানিংদে হায়দুনা লান্মী খোমড়না থিংলে। মতাং অসিদা শাহ আলমগা সুজাউদ্দৌলাগনা ইংরেজদা সাহায্যগী দমক চংজরক্লিবনি। রাজনীতিগী অসিগুম্বা রাই চিনবা মতম অসিদা মণিপুরগুম্বা অথাপ্পা লমদা ইংরেজ লান্মী থাবদি অশিংবগী থবক নত্তে হায়না খন্নরে, অদুন্নদি ওইরবদা মৈতৈ নিংথৌগা মরূপ শান্নরবদি কবোনা নেগ্রেজ কারখানাদা মাংননবা তৌখিবা অদুগী দমক ক্ষতি-পূরণ তানবদা তেংবাংগনি খন্দুনা অসিগুম্বা মরূপ শান্নবগী থুদোংচাবা অসি মাংহনবা চুনদে হায়নস্লু খন্নে। বোর্ডনা লেপ্লে—সিপাই তেঙ্গোল তরুক—মরিনা কলিকাতাদগী, অনিনা কেপ্তেন গ্রান্টকী চিটাগোং ব্যাটালিয়ন্দগী লেফটেনেন্ট অর্কিবল্ড্ সুইন্টন (Lieutenent Archibald Swinton) গী মখাদা, অতোপ্পা অফিসার অনিগা হায়বদি লেফটেনেন্ট যোহন ষ্টেবল্স্ (Lieutenent John

Stables) কা ইনসাইন স্কটলেণ্ড (Ensign Scotland) গা লোইননা মণিপুরদা মফম অমা য়েংহনা লেপ্লুনবা, বর্মাগা পাঙ্গল চাং য়েংননবা অতুগা লৈপাক্কী ফিবম খংহনবগী দমক মিঃ ভেরেলষ্টা থাবা। বোর্ডনা চিটাগোংদা লৈবা অফিসারশিংদা লেপ্লখিবা ৱারম অসি খংহনখরে অতুগা মিঃ ভেরেলষ্টনা মশানক্কা লান্মীশিংগা লোইননা চংলবস্তু, মিঃ ম্যারিওট (Mr. Mariitt) পু থাররবস নত্রগা মিঃ রমবল্ড (Mr. Rambold) বু থাররবস্তু ইয়া য়াগনি হায়নস্তু খংহনখি। মণিপুর তান্না চংলু হায়হনা থারকপা লান্মী ভেঙ্গোল অমা খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী ডিসেম্বরগী মমৈদা চিটাগোংদা থুংলরে। খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩ গী জানুয়ারী থাদা মিঃ ভেরেলষ্টনা লুচিংহনা চিটাগোংদগী মণিপুর যাত্রা তৌরক্লে। এপ্রিল থাদা বদরপুরগী মনাক্কা লৈবা খাসপুরদা থুংই। নোং-চিং, অনা অয়েক্কা বনশিল্লকপনা বরাক তুরেনগী ওই থংবা তোর্ব্বান্দা তাবা জয়নগরদ হল্লমই মফম অতুদগী মথং মথং বাংলাদেশদা হনখিরমই

জয়সিংহ মহারাজ স্না হাকথক্কো তেলঙ্গা সিপাই থোরক-লমই। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগী মাদ্রাজী লান্মী তেলঙ্গা হায়বা জাতি অসিনা শেম্বনি। খা-ভারতকী তেলঙ্গানা হায়বা লমদগী লাকপা সিপাইনি হায়হনা মখোই অসিবু তেলঙ্গা সিপাই কৌই। তেলঙ্গাশিংনা লোনবা লোন্দি "তেলেগু" নি। হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা 'তেলঙ্গা-য়ুমফম' হায়ব

মফম অসি মতম অতুদা থোরকপা তেলঙ্গা সিপাইশিংনা লৈরব্বা মফমনি হায়নৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩ গী সেপ্টেম্বর থাগী তাং ১১ দা জয়াসংহ মহারাজগী পক্কদগী গৌরশ্যামনা থংবা ৬ম্মী। মতুদি—মরূপ শান্নবগী আর্টিকল পুন্নমক লোইনা য়ারে, অনিশুবা আর্টিকলগী মতুং ইন্না পিগদবা লাম্মোগী খরচ অহ্ময়েক ওইনা শুনা পিথিবা অহ্ জয়সিংহ মহারাজগী পক্কদগী পিবা ঙমখিদে, মণিপুরগী অথোক-পোৎ (Products) না খরচ মহ্ কোন্নবা হঞ্জিনগে হায়খিরমই। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীদা খংহল্লমই—মতুদি ঔয়ানা নৈখিবা মরম্না ব্রিটিশ তুরুপকী পিগদবা শেল অতু লুপা ওইনা নত্রগা সনা ওইনা পিবা ঙম্নরোই। খরচ অতু মণিপুরগী অথোকপোং অমসুং লপোন পোৎ ওইনা পিগে হায়খিরমই। মণিপুরগী মমুং চনবা ব্রহ্মপুত্রগী খোংবান্দা লৈরিবা সনাগী খোং অতুগা অতৈ অতৈ সনা থোকফম, মথল মথলগী ধাতু থোকফমশিং অতু শিজিন্নগে হায়বা ইংরেজনা য়ারবদি শিজিন্নবগী খরচসু হঞ্জিনগনি, অতুগী মথক্তা অফংবা অতুগী শরুক মরি থোকপগী অহুম ইংরেজদা পিগনি। জয়সিংহ মহারাজগী পক্কদগী লুপা ৫৬,৮৫০ গী অথোক-পোৎ চহি খুদিংগী লাম্মী থব্বগী খরচগী দমক্তা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীদা পিগে গায়রমই। মসিগী মনুংদা ইংরেজ লাম্মীনা থুংলবা থা অমগী মনুংদা পিগে হায়খিবনা লুপা ২৬,০৫০ গী পোৎনি। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীদা পিগে হায়খিবা পোৎশিং

অসি লোইনা পিথিদবা তাই, মরমদি—লেপ্পথবা মতুং থরা লৈরগা লেপ্পখিবা রারমশিং অসি পুমকায় কায়ররে।

মৈদিঙু জয়সিংহনা পানবা কান্দা মোইরাংদা খেলৈ-ন্নুংনাং-তেঙ্গহৈবনা নিংথৌ ওইরি। হায়রিবা মোইরাং-নিংথৌ অসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা খেলেম্বা কৌই, মাগী কোন্নুংদি ক্বাক্তাদা ওইরমই। মোইরাং নিংথৌ অসি জয়সিংহ মহা-রাজগী মামা থেকই। খেলেম্বা হায়বা নিংথৌ অসি মরৈ-মবা চাওবা, মনিং মথা তম্না পান্নিংবা নিংথৌ অমা ওইবা মরম্না—মোইরাংগী লমসি পিকমল্লি, ঈপান্থাদা লোক্তাক্কী ঈশিংনা থুমগৎলক্কুনা মোইরাং প্রজা য়াম্না রাই—হায়দুনা জয়সিংহদা মোইরাংগী ওইনবা লম থরা নিরৈ। জয়সিংহ মহারাজনা আনন্ত শাই মন্ত্রীগা তান্নদুনা লম নিরবা পিথিদে। মতাং অসিদা আনন্ত শাই মন্ত্রীগী মরমদা থরদং ইবনা চুমই। মহাক অসি পুকচেল ফজবা, দেশগী মমস্তুং জয়সিংহগী ফননবতা থনবা মন্ত্রীনি। মহাক্কী ধারানালাবু মন্ত্রী ওইখিবা মরমদগী হৌজিক ফাওবা মন্ত্রী-ময়ুম হায়রগা থংনথরে। মন্ত্রী অসিনা তোরম্বা পুথি অহুবু "মন্ত্রী-পুথি" হায়না কৌনরি। মন্ত্রীপুথিনা লৈরিবা মন্ত্রীখোংনাং হায়রিবা লম অসিবু মন্ত্রী অসিগা মরী লৈনা থোল্লমনি। হায়জরুবদা য়ারক্কবা অতুদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা আশা কায়বগা লোইননা মোইরাং তান্না হল্লকলে। অরা নিংথৌগী মতেং লৌদুনা মণিপুর চায়থায়গে হায়না মপুক্লিংদা চপ্ যুংনা লৈপথরে। খেলেম্বনা অরা নিংথৌদা

তেংবাংবিয়ু হায়জরুবদা য়াবিরক্লংনা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৫ দা অরা ফাওরক্লে। মাভা কোন্নুংদা মতম অসিদা পানবা নিংথৌদি সিন-বিউ-সিন (Sinbyu-Shin) কৌই। মহাক অসি অ্যালাউঙ্‌পায়াগী মচা য়াইমনি। সিন-বিউ-সিনগী অর্থদি অঙৌবা শামুগী মপু (Lord of the white elephant) হায়বনি। মহাকসু মতম অদুদা নিংথৌ ওইবা থোইনা কুইদ্রি, ময়াম্বা অহলনা চহি অহুম পাল্লম্নগা শিথ্রবদা মহাক্না ময়াম্বগী মহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইবনি অরাগী মপান্দগী থেলেম্বনা জয়সিংহ মহারাজ মণিপুরদগী তান্থোকখরে। হন্দক্কী অরা লানগাইনবা অসিদা অঙাং ওইরিবা নিংথৌগী মজাইচুংঙো লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিমক ফাখিদুনা লানগী বন্দী ওইনা অরা কোন্নুং য়োখরে। মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা অরাদা লোইপোং হাদুনা চহি অহুমলোম নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। মহাক্না মনাও নিপা চন্দ্রমণিবু অরানবা থৈদুনা হাংখি। মহাক রাখল থেনবা নিংথৌনি—ক্যামগৈ খুনগী মী তোর্ব্বংদা হোংহল্লি, অনা-অয়েক, অশি-অনানা কন্‌বনা খুল্লিংবা ঙমখিদে। মাগী তৌনিংবদা তৌবা, রায়েল চুমদবা মরমদগী মাবু মুংশিবা মাগীনি হায়বা প্রজা অমতা লৈরমদে।

জয়সিংহ মহারাজ মণিপুরদা লৈবা য়াদ্রদুনা ভানুমতী মহারাণীগা লোইননা মনাই মশল্ল থরনা থোগল তৌদুনা ময়াংলৈবাক্তা লেংশিনখরে মতম অসিদা পানবা কাছাড়ী নিংথৌ অসিগী মমিংদি রামচন্দ্রসু কৌই, সন্ধিকারীসু কৌই।

মহাক্কী কোন্নুংদি অরাং-ক'ছাড়ণী মাইবঙ্গ সহরদা ওইরমই। মহাক অসি আহম-নিংথৌ রাজেশ্বরসিংহগা লান শোক্নবদা মায়থীবা ফংখি। সন্ধি তৌনহুনা মাগী লৈবাক অহু অমুক ফংখি। সন্ধি অসিদগী হৌরহুনা রামচন্দ্র নিংথৌবু সন্ধিকারী হায়না খংনখরে। জয়সিংহ মহারাজনা সন্ধিকারী নিংথৌগীদা লৈরিবৈ মতম অসিদা ১৭৬৫ ইং নবেম্বর থাদা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরসিংহনা সন্ধিকারী নিংথৌবু তেখাও কোন্নুংদা লাকউ হায়হুনা কৌই। কাছাড়ী নিংথৌ সন্ধিক'রীনা চৎত্রবদা তেখাও নিংথৌনা বড়বড়ুয়াবু লান্মী তেঙ্গোলগা লোইননা রাহা তান্না থারক্লে। সন্ধিকারী য়াদ্রহুনা লাক্লে। সন্ধিকারীগা লোইননা জয়সিংহসু তেখাও য়ৌরক্লে। সন্ধিকারীবু মরৈবাক্তা হুলহন্থি, জয়সিংহদি তেখাও লৈবাক্তা লৈহৌরে। মতাং অসিদা তেখাও হায়বসি করি লম-বুনো হায়বদো মতুগী মরমদা খরদং ইবনা চুমই। আসামবু মৈতৈনা তেখাও কৌই, আসামীবুনা তেখাও-মচা কৌই। মরম করিদগী আসামবু মৈতৈনা তেখাও কৌখিবনো হায়বতুগী মরমদা আসাম হিষ্টরিক্যাল রিসার্চ্চ সোসাইটিগী হৈ-শিংলবা ডক্টর অধ্যাপক রায় সূর্য্যকুমার ভূঞা বাহাদুর, এম-এ (কলি) পি এইচ্, ডি (লণ্ডণ) না হায়— মনাংবৈদা মৈতৈনা আসাম চৎপা অসি 'দিক্কু' তুরেল মপাল তারগা চৎনরমই। মনাংবৈদগী হৌনা মৈতৈগা আসামীগা লন্দোন-ইতিক্লচিংবদা ইতোং-মতোংনরকই। মৈতৈনা আসাম চৎপবু দিক্কু চংপা হায়বদগী লোল খরা খরা থৈরকপগা

লোইন্না 'তেখাও' চংপদা তাখি। 'তেখাও' হায়বা ৱাহৈ অসি 'দিঙ্কু' শব্দগী অপ্রভংশনি। আসামীবু মৈতৈনা তেখাও-মচা কৌবগুম্না আসামীনস্সু মৈতৈবু ইতিহাসগী লোন্দা 'মগলু' কৌই. হৌজিক্কী মতমদদি মণিপুরী কৌরে।

স্বর্গদেৱ হায়বা তেখাও নিংথৌ অসি মমাংঙৈদগী হৌনা জয়সিংহ মহারাজগা থংনরক্লিবনি। জয়সিংহ মহারাজ হন্দক্কী রাষ্ট্রবিপ্লব অসিদা তৌনিংঙাই লৈত্রবনা তেখাও য়ৌরক্লবনি। লৈবাক কায়বা অসিগী মমাংদা তেখাও-নিংথৌ স্বর্গদেৱ মণিপুরদা লান্দাগে হায়বগী দমক লান্মী য়াম্না থারকই। মণিপুর তান্না লাকপদা লম্বী-থোং ফত্তবগা উরক-রারক জঙ্গল ঙাক্নগা ওইনা তৌবা মতুদা তেখাও লান্মী য়াম্না শিরে। তেখাও নিংথৌনা হন্দক মণিপুর লান্নাবা লাকপা অসিবু তেখাও মরোন্দা (আসামী লোন্দা) "লতাকভাংরণ"—উরি-ৱারি কক্তুনা শোক্লবা লাল—কৌই। তেখাও লান্মী য়াম্না শিরে হায়বা পাও তাবদা লৈরিবা লান্মীশিং অমু তেখাও তান্না হল্লক্লবা য়াথং পিরমই। স্বর্গদেৱগী য়াথং মতুং ইন্না তেখাও লান্মী পুন্নমক তেখাও তান্না হনখিরমই। জয়গী আশা উত্রবদা তেখাও নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা চংজরক্তুনা মরূপ শান্নবা হৌখি। মাসি অরা লানগাইনবদা জয়সিংহ মহারাজনা তেখাও লেংশিল্লক্-ত্রিঙৈগী রানি।

জয়সিংহ মহারাজ তেখাও য়ৌখরে, মরক্তা লম্বীদা করি করি থোকখিবা মতগী মরমদি শমদংখরে। জয়সিংহ

মহারাজনা য়াম্না লূনা তৌজবা বিষ্ণুপ্রিয়াগী নিংথৌ অনা লৈরমই, মনিংদি দাসরাজ কৌই। হন্দক্কী রাষ্ট্রবিপ্লব অসিদা মহাক্কা ইতং-তক্তনা অচিং-অকোম র৷ তান্নে। জয়সিংহ মহারাজনা লৈবাক কায়রদুনা আসাম চেনবদা দাসরাজ অসিস্তু মহারাজগী তুং ইন্‌শেল্মি। হায়রিবা দাসরাজ অসি মহারাজগী থোগল তৌবদা আসামদা শিখি। মতিক মগুণ চাওরবা জয়সিংহ মহারাজনা ময়াং লৈবাক্তা লেংশিল্লকপদা অথুই কবুই খুন্দা অঙাওবা কৌবা অথুই কবুই নিপা—নিংথৌগী থোগল তৌজরক্লবা মনাই অচানবা—অমদা বরগা লোইননা খুংগু-থাং অনা পিনবিরমই। হায়রিবা খুংলাই অসি কবুইগী অচৌ অচৌবা কুম্মৈ অয়াম্বদা য়াম্না লূনা ঈড়াং-পূজা তৌনৈ। থাং অদু মৈতৈ-নিংথৌ জয়সিংহবু অকাওবা লৈতনা নিং-শিংনফম ওইবা খুংলাই অমা ওইরে। জয়সিংহ মহারাজনা চেনখিদুনা লেক্লবা তাংদাংবা মফম অদু মণিপুরদা লৈহৌবা মনাই মশন্না অথুই কবুই খুন্দগী খংবা ওমখি।* খেবু চীং য়োরগা জয়সিংহ মহারাজনা লাইগী সাক্ষী য়েংদুনা খোশাদুনা নুংদা খুদম থনম্লগা ময়াং লৈবাক্তা লেংশিনখি। মথং মথং ময়াং লৈবাক্তগী তেখাও তান্না লেংশিনখিবা অসিনি।

*চীংথংখোম্বা মহারাজগী লৈফম তাংদাংবা তাকৃথিবা অথুই কবুই খুনগী নিপা অহুম অহগী মমিংদি—(১) খুদিংঙিম (২) চোংজিং (৩) অপিক। —দৈনিক মণিপুর পত্রিকা—

জয়সিংহ মহারাজনা তেখাওদা লৈরিঙৈ মতম অসিদা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ-মুংনাং তেসহৈবনা তেখাও য়ৌখরে হায়বা পাও তারদুনা স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহদা লোন্না মী থাদুনা তেখাওদগী তান্থোকখিনবা অরোনবা শরৌ শিনখি। লৈবাক অমগী নিংথৌ অমনা পিরকপা চিঠিনিনা জয়সিংহ মহারাজবু চংজরকপমক্ ওইদুনসু স্বর্গদেব রাজেশ্বরসিংহগী মপুক-নিংদা চিংনবা অমা পোকলে। হন্দক্কী মতাং অসিদনি তেখাও স্বর্গদেব নিংথৌনা কীর্তিচন্দ্র বড়বড়ুয়া মন্ত্রীগা লৈবাক অঙম অথৌগা তান্নদুনা শামু অঙাওবা ক্ষাহন্দুনা জয়সিংহ মহারাজবু চাং য়েংবা। তেখাও শামু ফাবদা জয়সিংহ মহারাজবু অচম্বা নিংথৌমচা নত্তে হায়না তেখাও নিংথৌনা মপুক্কিংদা নিংখি। চিংনবা কোক্কুনা মণিপুর খুদুম চন্নবা লাক্লবদা জয়সিংহগী মতেং পাংগনি হায়না য়াখি। হান্না মণিপুরগী ফিবম খংঙুগে অমহিকসুং মণিপুর প্রজানা শোন্নরিব্রা য়েংউগে হায়বগীদমক তেখাও লৈবাক্কী 'মণিপুর তান্না লেংঙক্লে। জয়সিংহ মহারাজ তোংজৈ মরিন লোমদা লেংঙক্লুনা মণিপুর তম্বাক তারক্লে, ফিজেংতি হাওগী ফিজেংনি। হাওগী ফিবমদা অরোনবা ফিজেং থোন্দুনা অওইবা শকফম লোক্লুনা বিষ্ণুপুর (লম্মাংদোং) দা থুংলরে। জয়সিংহ মহারাজনা কনাগুম্বা অমতদা মহাক্কী অরেপ্পা পরিচয় তাকখিদে। মণিপুরগী ওইরিবা ফিবম অদু খংলগা জয়সিংহ মহারাজ তন্না তেখাও লৈবাক্তা লেংশিনখি।

তেখাওদা লেংঙক্লুনা মরূপ-নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর

সিংহদা লানবাংবিরো হায়ররে। মরূপ ওইবগী তেখাও-নিংথৌ স্বর্গদেৱস্থ হৰনাথ ভিতৰুৱাল ফুকনবু সেনাপতি হাপ্তুনা লান্মী ফৌজ অমা মৈতৈ নিংথৌগী লানবাংবা থাৱক্লে। হন্দক্কী লানবাংবা অসিদা লম্বী থোং কত্তবগা অচা-অথক ৱাংশিল্লকপগা তেখাও লান্মীগী য়াম্না মহাম তারে, লমখাংদা তেখাও লান্মী য়াম্না শিরে। মণিপুরদদি আসামগী লান্মী ফৌজ য়াম্না জয়সিংহ মহারাজবু লানবাংবা লাকপে হায়দুনা মতৌ অমা ওইরে। লান্মীশিং অতু হল্লকলো হায়দুনা স্বর্গদেৱ নিংথৌগী পাও লাক্লে। সেনাপতি ফুকনস্থ মাগী লান্মীশিং অতু পুদুনা তেখাও তান্না হন্‌খরে। তেখাও নিংথৌস্থ অমুক্কা বড়বড়ুয়াবু সেনাপতি হাপ্তুনা লান্মী তেঙ্গোল অমমুক মণিপুর তান্না থাৱকই। তেখাও নিংথৌগী মতেংনা জয়সিংহ মহারাজ অমুক হন্না মণিপুর খুদুম চল্লে। অস্থুম্না কার্ত্তা মহারাজগী ৱাষ্ট্র বিপ্লবতা তেখাও স্বর্গদেৱ নিংথৌনা মতেং পাংখি। মোইৱাং-নিংথৌ খেলেম্বগী মতেং পাংলম্বা অৱাশিংস্থ* লোইনা চেনখরে। তেখাও নিংথৌনা অকোনবদা থাৱকপা বড়বড়ুয়া হায়বসি কীর্ত্তিচন্দ্র হায়বদুনি। হন্দক্কী লাল অসিদা মোইৱাং নিংথৌ খেলেম্বা মায়থীবা ফংদুনা মথৱাই থাখি। অহানবগী লানফমদা কায়নখিবা লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিমক কবোদগী লৌরুই। তেখাও

*"আসাম বুরঞ্জী" নচিংবা আসামগী ইতিহাসতা অৱাশিং অসিবু "মান" হায়রগা থংনৈ। ব্রহ্মদেশগী মাউং (Maung) হায়বা লমদগী লাকপনি হায়দুনা আসামীশিংনা অৱাবু 'মান' কৌই।

নিংথৌনা হন্দক মতেং পাংলকপা অসে জয়সিংহ মহারাজনা কাওবা লৈথিদে। মপুক্লিং পেল্লহুনা তুং ফাওবা মরূপ চেৎনচান্নবা শান্ননবা হায়হুনা ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা পোকপা মজাইবেম্মা "কুরঙ্গনয়নী"* তেথাও নিংথৌ স্বর্গদের রাজেশ্বরসিংহদা থাজখি। তেথাও নিংথৌদা থাজখিবা কুরঙ্গ-নয়নী হায়বী অসি অসামগী ইতিহাসতা মমিং চৎলি। যোরহাট-তগী থোইনা থাপ্তুনা 'রয়েল-যুনিয়ণ' হায়বদি লোন্নবা লৈবাক অনিগী নিংথৌ মচা অনি লুহোংবা মতু নিংশিংনবগী মশক ওইনা মৈতৈ অউননাইশিংগী লৈনবগী দমক "মগলু-খাত" (Estate of Mogalukhat) শেমই। হায়রিবা লম অসি যোরহাট-তগী থোইনা

---

*কুরঙ্গ নয়নী—

মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী কুরঙ্গ নয়নী অসামগী স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহদা থাজৈ। সোনাই নাই (Sonai Nai) দা লুহোংই। মরীমতা য়াওরকপা মথৌবু খোঙ্গিংগা কুকন, দেহিঙ্গিয়া শাগৈগী ঘুমুরিয়া অমসুং দোলিয়া কুকন-না থিল্লি অমসুং মখোইগী লৈফম্না গৌরী সাগরদা শেম্নমই। কুরঙ্গ নয়নী হায়বী অসি ভুবনেশ্বরীসু কৌই। তেথাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহনা ১৭৬৯ ইংদা শিরবদা মনাও নিপা লক্ষ্মীসিংহনা নিংথৌ ওই। ১৭৭০ ইংদা মোয়ামারিয়াশিংনা লাল হোৱকই, মন্ত্রী কীর্তিচন্দ্রবু হাংথরে, নিংথৌ লক্ষ্মীসিংহবু বন্দী থমথরে অমসুং কুরঙ্গ নয়নীবু ফাথরে। মোয়ামারিয়াগী লুচিংবা রাঘব বরবরাগী মথুক্তগী নাহোৱবা কুরঙ্গ নয়নীগা রামকৃষ্ণগা রা তান্নরে। চৈত্র বিহুগী মুমিত্তা "হুচরী" পালা অমা লাংলে। রাঘবনা থাং পাইহুনা হোৎতোরকলে। কুরঙ্গ নয়নীনা অসিগুম্বা বিহুগী মুমিত্তা "হুচরী" গী কাংবুনা লাকপদা

লাপ্তনা মোনাই মাজি থুন্দা সরু চরাইগী মনাক্তা লৈ মৈতৈবু আসামীশিংনা 'মগলু' কৌই হন্দুনা মথক্তস্তু মিংশিংখরে পুখ্রি অমস্তু তোই, মতবু "মগলু জীয়েকর পুখুরী" (The tank of the daughter of Mogalu prince) কৌই। পুখ্রি অসি গৌরী সাগরদগী মাইল অহুম থাপ্পা কভু আলিরোমদা লৈ ফুঙ্গানাই মৈতৈ কুপী নিপা য়াম্না উনখি, মখোই অহু তৌজিক্তি মৈতৈ ওইখিদ্রে, আসামীগা তিন্নখিহুনা আসামী সমাজদা অহুম পুন্খরে।

জয়সিংহ মহারাজ নিংথৌ মফম হজিনলে, কাঞ্চিপুর (লাংথবান) দা কেনুং শেমলে। নোংনা শ্রীযুংকী মংদা শ্রীগোবিন্দনা লেৎতুনা পুরাণগী লোন্দনা 'ভাসমুখ' কৌবা, হৌজিক্তা 'কায়না' কৌরিবা চীংদা হৌদা থৈবোং পাম্বী য়াম্হনা মংদা উৎলিবা রূপ অমস্তুং বেশ ইকায় কায়দনা লিশ্খংলু হায়রম্মে। মৈবাক্কী অহ অশিংনা 'থত্নুনা যেবুদ থৈবোং পাম্বী অহু ফংলে অমস্তুং অর্চ্চা পূজা তৌহুনা থৈবোং অহু

---

থাং পাইবা চৌনদে হায়রকদা বাদবনা কুরঙ্গনয়নীদা থাং অহু পি। বিহুগী কাংবুদা বাঘবনা কুরমলিটুইদা কুরঙ্গনয়নীনা তুংদগী থাং অহুনা য়েক্কবা রাঘবপু কক্থৎতুনা হাংলে। মতৌ অমুনা য়েক্কবগী লুচিংবা রাঘবপু হাত্নুনা মপুরোইবা লক্ষ্মীসিংহবু য়েক্কবগী মথক্তগী কন্থি অমস্তুং আসামগী সিংহাসন কন্থি।

"Kuranganayani, Manipur princess, is well-known fact of history."

য়াল্লে। থৈবোং অতূ স্না কোনুংদা পোরকুনা শ্রীগোবিন্দগী বিগ্রহ খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ হৈস্নাম খোঙমনা চৈথাবা কুমগী অগ্রহায়ণ থাগী শুক্লা-দ্বাদশী ইরাই নুমিত্তা নিরুপণ তৌই।

"চৈথাবা হৈস্নাম খোঙম॥

এতচ্ছকীয় ১৬৯৮। মাস: ৭। অংশ ১০। দিবামান ২৮।৫০।০॥ জন্মদণ্ড: ৭।৩৯॥ দিনবৃন্দ: ২২৬: ২২৬॥ অগ্রহায়ন।

শুক্লা দ্বাদশী শুক্রবার দিবা এক যাম গতে এক দণ্ড প্রবেশে চংক্ষণে মাহেন্দ্র দণ্ড চন্দ্রদণ্ডাবিপে ধনুলগ্নস্থ শেষ ভাগে রেবতী নক্ষত্রাশ্রিত মীন রাশৌ চন্দ্রে শুক্রস্য দশায়াং ভুক্তগতে প্রাপ্তবর্ষা: ১২।০। ১৩।১।০॥ সঙ্কটা ভুক্তগতে প্রাপ্তবর্ষাদি ২।৪।১৯.১২।"

আশাবা মীগী মমিংদি লাই-শাবা শাপম লক্ষ্মণসিংহ কৌই। চহি অসিগী হিয়াঙ্গ তরানিথোইনি পানবদা রাস কংলি। জগোই রাসগী ভঙ্গি পরেং অসি জয়সিংহ মহারাজ স্না হাকথক্তা পুথোকলম্বনি। ঙাংবম ওঝা শ্রীরূপানন্দনা ভঙ্গি পরেং অসি তম্বিদুনা শজিবু পূর্ণিমাদা বসন্তরাস শ্রীগোবিন্দগী থোগল কংখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু নিংশিংনবগী মশক ওইনা ঙসি ফাওবা জগোই রাস খুদিংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা অমমন্ তত্তনা য়াওরি। শ্রীগোবিন্দ, শ্রীবিজয় গোবিন্দ, বিষ্ণুপুরগী অদ্বৈত অদুগা নিংথোখোংগী গোপীনাথ বিগ্রহ মরি অসি থৈবোং পাম্বী অমতদগী থোকখিবনি। খরা লৈরগা কাঞ্চিপুরদা কোনুং শেম্লবগী তুংদা বিষ্ণুপুরদা কোম্নুং শেম্লমই হৌজিকস্সু মফম তদুবু কার্তাগী কোনুং হায়রগস্সু খংনৈ। আনন্ত শাই

মন্ত্রাদা বিজয় গোবিন্দ সেবা চৎহল্লি। মতম অসিদা বিষ্ণুপুরদা অংকত লাংলি। দাসরাজ কোবা বিষ্ণুপ্রিয়াগী নিংথৌ অমা জয়সিংহ মহারাজগী থৌগল তৌশেন্নদা আসামদা লৈখিদে হায়না মাংজেননা নিংশিংখরে। জয়সিংহ মহারাজনা নিংথৌ খুৎম হুপ্লিল্লবদা হায়রিবা দাসরাজ অসিগী মতু কেশরী কৌবীনা পোকপা কীর্ত্তিধ্বজ কৌবা মচানিপা অদুবু নিংথৌখোংদগী কৌথত্নুনা 'কালরাজা' হায়বা মিংথোল পিদুনা নিংথৌখোংদা শ্রীগোপীনাথগী বিগ্রহ লাৎহনখি। শ্রীগোবিন্দগী বিগ্রহ লিঙ্খৎপা মতমদা খুম্বোং চন্দ্রসিদ্ধান্তবু 'চন্দ্রাব্দ' কৌবা পাঞ্জিগী লাইরিক অমা শেমহল্লি। খৃষ্টাব্দ ১৭৬০ দগী হৌরদুনা 'চন্দ্রাব্দ' কৌবা মৈতৈগী শক অমা চৎনবা হৌই।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মজাইবেম্মা ৺শিজ লাইরোইবী (বিম্বাবতী মঞ্জুরী) বু অরোং অউন তমদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎথোকই পূণ্য চেল্লবা মহারাজ অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি লিঙ্খৎলি, শ্রীমূর্ত্তি অদু মজাইবেম্মা পূণ্যবতী শিজ লাইরোইবীনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা সেবা চৎলুই, প্রভুগী নামদি শ্রীশ্রীঅনুপ্রভুনি। নবদ্বীপ ধামদা হৌজিক ফাওবা মথং মথং—অনুপ্রভুগী সেবা চৎলি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ঙাকপিহৈবা, পিজ পিথক পামুদবা নিংথৌনি। খৃষ্টাব্দ ১৭৯৩ দা নিংথৌ শেম্লদুনা কৃষ্ণচন্দ্রনচিংবা য়াওরম্বা মী ফারম্লবদা ঙাকপিদুনা হাওদা থাবা য়াও, মাগী মাগী মতিক চাবা দণ্ডি পিদুনা লোইরম্দা থাখি।

গোরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরু হুনবা মহারাজ অসিগী মা হাকথক্তনি। মহারাজ অসিগী হাকথক্তা গৌর ধর্ম্ম প্রচারক— গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তী, কৃষ্ণচরণ চক্রবর্ত্তী, কুঞ্জবিহারী, নিধিরাম. আচার্য্য অমসুং রামগোপাল বৈরাগী মশা অসিনা মণিপুরদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি।—ভাংবম শেলুংবনা রাম-গোপাল বৈরাগীদা নাম ফংই, মানা নাম ফংবা ইহাল হাল্লি। মখাদা মণিপুরদা গৌর ধর্ম্ম শন্দোকখিবসি ভাংবম কৃষ্ণদাস ঠাকুর, অধিকারী কামদেব ব্রজবাসী অমসুং শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর অহুম অসিনি। শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরনা জয়সিংহ মহারাজগী দীক্ষা গুরু ওই। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ধর্ম্মগী মকোক্তা পৈছনা গৌর ধর্ম্ম প্রচার তৌবদা মহারাজ অশোকী মতৌগুম পুক্নিং লুপ্লমই।

জয়সিংহ মহারাজ য়েক্ক-তীঙ্খং পৈতনা চহি নিফুরোম পাল্লমই। মাক্লংগী মনিংদা চীংখোংদা শঙাইথেল হায়বা থেল অমা পৈ, মফম অদুদা জয়সিংহ মহারাজগী কোনুং ওইরমই। শঙাইথেল হায়রিবা অম খসি জয়সিংহ মহারাজগী মমিং পৌহুনা "জয়-নগর"সু কৌনৈ। শামুরাইলাংপম কোকপৈ শর্ম্মা হায়বা ব্রাহ্মণ মশা অমা রাজদণ্ডি পিবদগী মথরাই মাংখি, মসিদা মহারাজ অসি থরাই য়াম্না শোকখি। অহল ওইরকপগা অদুগী মথক্ত পুক্নিং নুংঙাইতবা অসিনগা মরম ওইহুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮গী জানুয়ারী থাদা মজা ইবুংঙোহল লাবণ্যচন্দ্রদা নিংথৌ থুবম শিন্নরম্লগা তীর্থদা লেংশিল্লি। খৃষ্টাব্দ ১৭৯৯ গী অক্টোবর থাদা

বাংলা দেশগী মনুং চনবা ভগবানগোল্লাদা গঙ্গা মপান্দা মহারাজ অসিগী দেহ পতন ওইখি। সংস্কার তৌরম্দাইদা থোকখিবা থৌদোক মত্ত উরগ। মহাকপু নরোত্তম গোস্বামীগী লাংঙণ-নি হায়না বৈষ্ণব সম্প্রদায়না শোন্নরি। হৌজিক ফাওবা চীংয়া তময়াদা থোইদোক হেন্লোক্লা হিন্দু মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা মহারাজ অসিগী গুণ-কীর্ত্তণ মহিমা শক্-শোন্নরি। মহারাজ অসিগী মিং অমনা কার্ত্তা কৌখিবদগী মহারাজ অসিগী ধারা-মথৈ "কার্ত্তা" হায়রগা খনৈ।

---

## ৯ শুবা পন্দুপ।

জয়সিংহ (১৭৫৯ ইং-১৭৯৮ ইং)

(৫৫) লাবণ্যচন্দ্র (১৭৯৯-১৮০১ইং,
(৫৬) মধুচন্দ্র (১৮০১-১৮০৬ইং,
(৫৭) চৌরজিং (১৮০৬ ১৮১২ইং)
(৫৮) মাবজিং (১৮১২-১৮১৯ইং

(৫৯) গম্ভীরসিংহ (১৮২৫-১৮৩৪ ইং)

জয়সিংহ মহারাজনা নোংগাবরবদা মতুংদা লাকপা মণিপুর ইতিহাসগী অধ্যায় অসিদি নিংথৌমচা অমগা অমগা হাংনবা, য়েংথিনবগী অধ্যায়নি। জয়সিংহ-মহারাজনা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৯ দা মজাইবুংঙোহল লাবণ্যচন্দ্রদা নিংথৌ থুবম শিন্নরম্লে। নিংথৌ

ওইবা চহি অনি শুরকপদা হায়বদি ইং কুমজা ১৮০১ দা নিংথৌ শেমগদবগী শরৌ শিনখিবনা কাংজৈ হেক লোইবগা কাংজৈবুংদা মহারাজ লাবণ্যচন্দ্র মীখুত্তা লানখি। লাবণ্যচন্দ্রনা থুপখবদা মনাও মধুচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে। মজাইবেম্মা ইন্দুপ্রভাবু খাস-পুরগী কাছাড়ী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রদা থাজৈ। নিংথৌ ওইবা চহি মঙা শুরকপদা খৃষ্টাব্দ ১৮০৬ তা মধুচন্দ্র মহারাজবুসু হাংতোক-খরে। মথংদা চৌরজিৎসিংহনা মণিপুরগী সিংহাসনদা লেংখৎলে। মহারাজ অসিগী মমিং অমনা 'মহারাজতোন' কৌই। মৈতৈ-পুরাণগী মিংনা "ভালোক রাইরোং পামহৈবা" কৌই। চৌরজিং মহারাজ ধর্ম্ম লৈবা পূণ্য চেনবা নিংথৌনি। নিংথৌ অসি লাইনিংবদা ধর্ম্ম-কর্ম্মদা কয়ামুক থরাই লুপ্পগে হায়বদু "বিজয় পঞ্চালী"না নিংথিনা প্রমাণ পিরি—"চৌরজিং মহারাজনা হৌজিক্কী মপান কাংজৈবুংদগী মথাথংবা বড় সাহেবকী ইংখোল মনুংদা লৈবা ময়াইদা উ হৌবা পুখি অদু মহারাজগী লাই নিংফম ওইননবা তৌরমই।" মীরৈবাক্কী লাইরিক-ইবশিংনসু মহারাজ অসিবু ধর্ম্ম লৈবা, ঈশ্বরদা থরাই লুপ্পা, লৈবাক মরা তপ্পা ইংনা পানরা পাম্বা নিংথৌ অমনি হায়না ই। বাংলাদেশগী মমিং চংলবা বৈষ্ণবশিংগী অথোইবা তীর্থ নবদ্বীপ ধামদা মৈতৈ খুন্দাবা অসি চৌরজিৎসিংহ মহারাজ মনা হাকথক্তনা ইহাল হাল্লি। নবদ্বীপতা অনুপ্রভুগী সেবা চংলি। মতম অদুদা বাংলাদেশগী মুসলমান নবাবশিংনা হিন্দু বৈষ্ণবশিংগী মথক্তা অসুক্কী মতিক য়াম্না ওংলমই অমসুং নৈরমই মদুদি নবদ্বীপ-

চন্দ্রগী মূর্তি, অনুপ্রভুগী মূর্তি অসি মাংখিগনি হায়বগী কিবনা লৈমুংদা লোৎলমই। চৌরজিৎ মহারাজনা নবাবপু নমথৎতুনা নবদ্বীপতা ইফোং ফোংনা মূর্তি সেবা চংপা য়াহনখি। মহারাজ অসিনা খৃষ্টাব্দ ১৮১৫ দা চিথেক নাইবা লুপাগী শেল চংনহল্লমই। মজাইবেমা কপারাণীবু আসামগী ইরোই লোইবা নিংথৌ চন্দ্রকান্ত সিংহদা থাজখি।

মারজিৎসিংহনা নিংথৌ খুবম কনকপদগী ময়াম্বুং চৌরজিৎ সিংহবু য়েংখিরমই। মণিপুর সিংহাসন্দগী ময়াম্বুং চৌরজিৎসিংহবু তান্থেক্কবগী দমক্তা লানবাংবিয়ু হায়জরুবদা আভাগী নিংথৌসু ইং কুমজা ১৮১২ দা মণিপুরদা লান্দারে। মতম অসিদা পানবা অরাগী নিংথৌদি বোডপয়া (Badawpaya) সু কৌবা মেন্তরাগী (Mentaragi) সু কৌবা (খৃঃ ১৭৮১) নিংথৌগী ধারা বা-গিগদ (Ba-ggi-daw)নি, চৌরজিৎ মহারাজ অমসুং মনাও গম্ভীরসিংহ থাংবা য়াদ্রহুনা মণিপুরদগী ময়াং লৈবাক্তা চেনখরে। চৌরজিৎ মহারাজনা ব্রিটিশকী মতেং পামলমই (খ)। ইং কুমজা ১৮১৩ দা মারজিৎসিংহনা অরাগী মতেং লৌহুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। মহাক্তা নিংথৌ হেক ওইবগা মহাক্কী সিংহাসনগী য়েক্ক-তাওথং লৈরম্বা পুন্নমক লোইনা মহূ য়েথেক্লে। ইং কুমজা ১৮১৯ কী ডিসেম্বর থাদা মারজিৎসিংহনা কাছাড়দা লান্দারক্লে।*

*মারজিৎ সিংহন কাছাড় লান্দাবকপগী মরম অমনা অদুটৈ চৌরজিৎ সিংহনা নিংথৌ ওইরৌদা মারজিৎ সিংহনা লাল হৌরল্লগা

## কাছাড় নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা† ব্রিটিশগী সাহায্য কংদ্রবদা

মারজীৎ কংহুনা কাছাড়দা চেনবা মতমদা মতম অদুদা নিংথৌ ওইরিব কাছাড় নিংথৌগী মনাও মতাং অসিদনা কাছাড়গী নিংথৌ ওইরবা গোবিন্দচন্দ্রনা মহাকপু থীনা তৌখিবগী লম্মল্‌ পুদনি মারজিৎ সিংহনা কাছাড়দা চেনবা মতমদা শগোল থবা পুরমই, মহাক মনুংদা কাংজৈ চারবা কজরবা শগোল অমমু য়াওরমই। মতম অদুদা কৃষ্ণ-চন্দ্রনা কাছাড়গী নিংথৌ ওইরি। মনাও নিপা গোবিন্দচন্দ্রনা শগোল অদু য়াম্না পাম্লমই অমসুং লৈগে হায়বা য়াত্রবদা শগোল অদু বলৎ-কারনা লৌরমই। মারজিৎ সিংহগী চিঠি (গ) দগী থংবা তুমই মতাং মহাক্না কাছাড়গী নিংথৌ অমসুং মনাওদা শগোল মরি উপহার ওইনা পিরমই, মহুদা ফাওবা পেন্দ্রচুনা অতোপ্পা শগোল তরেৎ অদু মুন্দুনা লৌরমই। Assam District Gazetteers, Vol. 1, Cachar, দা ইরি—"Chourjit and Marjit then fell out, and Marjit was compelled to retire to Cachar, taking with him a hockey pony of quite exceptional excllence. Govind Chandra, the brother of the Cachari Raja, was seized with a strong desire to possess this pony, and when his offers to purchase were refused, took possession of the animal by force, in defiance of the wishes of the owner."

†কাছাড় নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র (১৭৯০ইং-১৮১৩ইং) খৃষ্টাব্দ ১৮১৩ দা শিরবদা মহাক্কী মনাও নিপা গোবিন্দচন্দ্রনা কাছাড়গী নিংথৌ ওই। গোবিন্দচন্দ্র মীথুম্বা শিখি। মহাক্না কাছাড়ীশিংগী ইরোই লোইবা নিংথৌনি।

চৌরজিৎ সিংহদা সাহায্যগীদমক্ত চংস্করক্লে। মতম অসিদা চৌরজিৎ মহারাজদি মণিপুরদগী চেল্লকৃতুনা খাসিয়া চাংগী নোং-পোকথংবদা লৈবা জৈয়ন্তীয়াদা লৈরি। মতম অসিদা জৈয়ন্তীয়াদা পানবা নিংথৌগী মচিংদি রামসিংহ কৌই। চৌরজিৎ সিংহস্মু গোবিন্দচন্দ্রগী মতেং পাংলরে। মারজিৎ সিংহ লান্দা মাই পাক্লবা উদ্রহুনা মণিপুর তান্না হনখরে হায়নখিবা রা মতুং ইন্না গোবিন্দচন্দ্রদগী চৌরজিৎ সিংহনা খা-কাছাড় লৌরে অমস্তুং হায়রিবা লম্ অসিগী নিংথৌ ওইরে।

মারজিৎসিংহ অরা কোন্নুংদা মতম থরা লৈরুবদগী অরাগী অকে অমৌ (Luxurious habits) তম্লকই। অরাগী মথাদা লৈখ্রবা করো ভ্যাসিদগী চিংশু-উ য়াল্লুরগা সনা মপাক্লা য়েহুনা কুপ্পা শঙ্গাই (Gilded palace) অমা শারমই। মথ পোনবা নিংথৌনা সনাগী শঙ্গাই শাবসি অরা নিংথৌনা য়ানিংলমদে। অতুগী মথক্তা খৃষ্টাব্দ ১৮১৯ দা অরা নিংথৌ বা-গগিডনা মথা পোনবা নিংথৌ পুন্নমকপু মহাক্কী রাজ্য-অভিষেক মতমদা য়াওরনবা কৌরমই। মারজিৎ সিংহ অরা নিংথৌনা য়াম্না লুনদি তৌবনি অতবু মাগী ফম্বাল তোংবা মতমদা লাক্তবা অসিগা পাহুনা শাওখিবনা অরানা খৃঃ ১৮১৯ দা মারজিৎ ফাননবগী দমক্তা থৌরাংহুনা মণিপুরদা লান্দারক্লে। চহি তরেং অরা খুন্তাকই হায়বহু মতাং অসিদনি। অরানা নুংশি হৈতবা উহুনা মৈতৈ বন্দীশিংবু য়াইহরিনা লংহুনা ষণ হোইবগুম পুই হায়বহু হুন্দক্লা অরানা মণিপুরদা লান্দারবা অসিদনি। অরাগী অত্যাচার থাংবা

ঙমদবদগী মারজিৎ সিংহস্থ কাছাড় তান্না চেল্লকলে, ময়াম্বুং চৌরজিৎ সিংহগা অমতা ওইনা তিন্নররে। চৌরজিৎ সিংহ, মারজিৎ সিংহ, গম্ভীরসিংহ অমস্থুং বিশ্বনাথ সিংহ কৌবা মৈতৈ নিংথৌ মচা অমস্থু—মরি অসি কাছাড়দা পুল্লরে। কাছাড়দগী গোবিন্দচন্দ্রবু তান্থোক্তুন কাছাড় লৈবাক অসি মথোই মশেল য়েন্নতুনা লৌথোক্লে। চৌরজিৎ সিংহনা নিংথৌ ওইতুনা জিলাগী থাদা সোনাইমুখদা লৈরমই, মারজিৎ সিংহনা খা-নোংচুপ্তা লৈবা হাইলাকান্দিদা লৈরমই; গম্ভীরসিংহ অমস্থুং বিশ্বনাথ সিংহনা কাল্যীন (Kalyne) দা অমস্থুং বদরপুরগী মনাক্তা লৈবা বিক্রমপুরদা লৈরমই। অসোনদদি অরানা মণিপুর লৌতুনা হুইদ্রোম স্থুবল কৌবা নিপা অমবু লৈবাক ঙাকপা হাপলে। অরা লান্মী অয়াম্বা মরৈবাক্তা হনখরে, খরদি লৈবাক ঙাক্তুনা লৈহৌই। ইং কুমজা ১৮২৩ দা মধুচন্দ্র মহারাজনা পোকপা পীতাম্বর সিংহবু চৌরজিৎ মহারাজনা অরা তান্থোকউনবা লান্মী তেঙ্গালগা লোই-ননা থারকই। পীতাম্বরসিংহনা স্থুবলবু তান্থোক্তুনা লৈবাক ঙাক্তুনা লৈরে। অরাস্থ মরৈবাক তান্না হনখরে। গম্ভীরসিংহনা তাঞ্জা অসি লুমতুনা লৈরমই। থুনমক লান্মী তেঙ্গোল খরা পুরগা মণিপুর তান্না লাক্লে। পীতাম্বর সিংহবু মায়থীবা পিরে। লৈবা য়াদতুনা মহাক অরা তান্না চেনখি। মণিপুরদা লান্মী খোম্বা খুদোং চাদবদগী গম্ভীরসিংহ কাছাড়দা অমুক হনখি।

গোবিন্দচন্দ্রগী হাকথক্তা কাছাড় লৈবাক্তা রাথোক চাওনা থোকখি। কাছাড়ী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রগী মনাই কোহিদানগী মচা

নিপা তুলারাম সেনাপতিস্ন গোবিন্দচন্দ্রবু কল্লকৃলমই। মপা শিখিবগা তুলারামস্ন মপাগী মী খোমহনা মশামকপু মনিং মখা তন্বা নিংথৌমক্কি হায়হনা গোবিন্দচন্দ্রগী বিরুদ্ধদা লাল গৌখ। চৌরজিৎ মহারাজনা গোবিন্দচন্দ্রবু কাছাড়দগী তান্থোকপা মতমদস্ন তুলারামনা চৌরজিৎ মহারাজগী মতেং পাংখি। মতৌ অস্নন্না কাছাড় লৈবাক্ অসি মপাঙ্গল য়াম্না শোন্থরমই। গোবিন্দচন্দ্র কাছাড়দগী তান্থোরক্লবদা শ্রীহট্টদা চেল্লকৃতুনা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টা মতেং পাংবিয়ু হায়জররে। পাম্বৈ অমা উব্রহুনা গোবিন্দচন্দ্রনা ১৮২০ ইংদা বড়লাটতা মহাক্কী মরৈবাক্কা শ্রীহট্টগা পুন্না কোম্পানীগী মখাদা লৈবা ফাওবা য়াজগে হায়জ্রে। লর্ড হেষ্টিংসনা য়াখিদে। ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকী মতেং ফংদ্রবদা অব্রাদা মতেং পাংবিয়ু হায়হুনা চংজরক্লে। ইং কুমজা ১৮২৪ দা অব্রানা কাছাড়দা লান্দারক্লে। তুলারামস্ন অরাগা মরূপ শান্নহুনা অনতা ওইশিন্নহুনা মশাগী মরনাই লান্মী ফাওবা পুথোক্তুনা কাছাড় লান্দবা অসিদা য়াওরমই। অব্রানা লান্দারক্লিঙৈনা হায়বদি ইং কুমজা ১৮২৩ দা চৌরজিৎ মহারাজনা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টা কাছাড় লৈবাক অসে অব্রানা লান্দারবা তারে, লান্দারবা থোক্লবদি অকায়বা য়াম্না লাক্কনি হায়হুনা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকী মিৎয়েং হিরম অদোমদা চিংশিল্লমই; ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টস্ন হিরম অদোমদা মিৎয়েং চংলমই। অব্রানা কাছাড় তারক্লুনা অত্যাচার তৌরকপা থোক্লবা। অকায়বা লাক্কনি হায়বা খন্দুনা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টনা অরাগী মপাঙ্গল য়ৈথংনবগী দমক্তা গম্ভীর

সিংহগী মতেং পাংনিংঙমই ; গম্ভীরসিংহনা ব্রিটিশগী সহায় লৌদ্রবদা ব্রিটিশ মশামক অরাগী বিরুদ্ধদা থৃংলাই পাইখি। ইং কুমজা ১৮২৪ গী জানুয়ারী থাদা অরাবু মায়থীবা পিত্নুনা মফম তারবা নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু লর্ড আমহার্ষ্টনা কাছাড়গী নিংথৌ থিন্দোকখি। মণিপুরদগী খরা তানখায়বদা অমস্তুং অপন-অকায় লৈতনা মণিপুর সিংহাসন ফংবদা গম্ভীরসিংহবু ব্রিটিশ সরকারনা তেংবাংখি। মতম অসিদা গোবিন্দরাম কৌবা নিপা অমনা বিশ্বাস ঘাতক ওইবদগী তুলারাম জৈন্তয়দা চেনখি। খৃষ্টাব্দ ১৮২৯ গী ইঙা থাদা গম্ভীরসিংহদগী লান্মী থোয়রগা বিশ্বাস ঘাতক গোবিন্দরামগী মথক্তা লম্মন খুনই : গোবিন্দরাম চেনখিত্নুনা গোবিন্দচন্দ্রদা চংজখি।

মারজিৎ সিংহ হাকথক্তা লৈবাক কায়রবদা শ্রীগোবিন্দ শ্রীহট্ট রাজবাড়ীদা লেংশিল্লি ; গম্ভীরসিংহ স্না হাকথক্তা শ্রীহট্টংগী পুথোরক্লুনা মণিপুরদা সেবা চংলি। কাছাড়দা লৈরিঙৈদা চৌরজিং সিংহ অমস্তুং গম্ভীরসিংহ নিংঙাই অমদগী কয়া নুংঙায়নখিদে। গম্ভীরসিংহনা চৌরজিৎ সিংহদা মণিপুরদা অমুক হন্দুনা পাল্লুখিসি হায়রকপদা চৌরজিৎ সিংহনা লাই নিংঙুবনা ফরে থন্দুনা শ্রীহট্টরোমদা লেংশিনখরে। শ্রীহট্টদা হরা লাস অমুক হৌরক্লিবা ফাওবা লৈরমই। অসিগী মতুংদা শ্রীধাম নবদ্বীপতা লেংশিনখি : ব্রিটিশ গবর্ণমেণ্টনা চৌরজিৎ সিংহদা থা থাগী পেন্সন লুপা ১০০৲।১০০৲ পিরমই।

ব্রিটিশনা গম্ভীরসিংহগী মতেং পাংবা ঃ—

গবর্ণমেণ্টকী পক্কদগী ডেভিড স্কট্‌না গম্ভীরসিংহবু মণিপুর খুত্থম চন্নবা লাক্লবদা মতেং পাংলমই। গম্ভীরসিংহ ১৮২৪ ইংগী এপ্রিল থাদা বদরপুরদা চত্থুনা ব্রিটিশ লাম্মীগা তিন্নরুরে। ব্রিটিশনা গম্ভীরসিংহদা থংহল্লি—মণিপুরবু লৌবা ঙম্লবদি গম্ভীরসিংহদা মণিপুর পুংপি পিথোক্কনি। ব্রিগাদিয়ার-জেনেরেল শল্‌ধাম (Brigadier General Shuldham) ইষ্টর্ণ ফ্রন্টিয়ারগী কমাণ্ডিং অফিসারনা মণিপুর চংপদা লেপ্লে।. মসিগী দমক্তা দদ্‌পাটলি (Dudpatli) দগী মণিপুর য়ৌবা ফাওবা লম্বী শেম্বগী বন্দোবস্ত হৌরে। ১৮২৫ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তাং ২৪ দা মহাক বাঁশ-কান্দিদা থুংলরে। লমদানা ন্নাইওং চাদবগা নোংনা তত্তনা চুবগা লম্বী শেম্বস্থু লোইবা য়াদ্রে, মণিপুর তান্না চংশিনবস্থু ঙমদ্রে। মহাক্না মার্চ্চগী তাং ১১ দা পিবা রিপোর্ট-তগী থংবা ঙমই—লম্বী অসি অস্থুক্কী মতিক ফংলমদে মত্থদি পোৎ-চৈ হোনবা উট্‌না ওইরবস্থু, বন্না ওইরবস্থু, শামুনবু ওইরবস্থু, মীনবু ওইরবস্থু য়ারমদে। বাঁশকান্দিদগী মণিপুর য়ৌবা লম্বী অসি কাথৎপগা কুমথবগা ডাক্তনি। মসিগী মথক্তা লম্বী অসি জঙ্গল ওইবনা মণিপুর চৎপা তোক্লে। লাম্মীশিং অহু ঢাকা য়ৌখরে। জেনরেল শল্‌ধামনা অস্থুম্না ওইথোক্লবনি খল্লবা থবক অসি গম্ভীরসিংহনা হোৎনরগে লেপ্লে। ব্রিটিশনা য়ারত্থুনা গম্ভীরসিংহ সিপাই ৫০০ পুত্থুনা মণিপুর যাত্রা তৌরক্লে। লেফ-টেনেন্ট পেম্বরটন (Lientenant Pemberton) কৌবা ব্রিটিশ

অফিসার অমস্তু লোইনরকই। মেগী তাং ২৩ দা মখোই বাঁশ-কান্দিদা থুংলরে, য়াম্না রানা অমস্তুং লোম্না লাক্লুনা জুনগী তাং ১০ দা মণিপুরদা থুংলরে। মখোইনা হেক থুংবগা অরা মাইল তরা থাপ্পা অন্দ্র থুন্দা হোংদোকখি। গম্ভীরসিংহনা কোম্নুং লৌরে অমস্তুং অন্দ্র তান্না চক্লুনা য়েংবদা অরা লৈরমদ্রে, মফম অহু থাদোক্লুনা চংখিরম্লে। মপান্দা লৈথবা অরা লান্মীনা কোম্নুং তান্না চংঙকপা শুম্নরোই খন্দুনা মণিপুরদা সিপাই ৩০০ থনম্লগা শ্রীহট্টদা হন্থরে। ১৮২৫ ইংগী ডিসেম্বর থাগী তাং ১৮ দা গম্ভীরসিংহ লান্মীগা লোইননা মণিপুরদা হল্লকলে। হন্দক্তি কেপ্তেন গ্রান্ট (Captain Grant) কা লোইনরকই। মতম অসিদা কবো ভ্যালিদা লৈরম্বা লান্মী অসি ৩০০।৪০০ দগী থোইনা হেল্লোই। থরা লৈরগা কবোদগী অরা লান্মী হন্দোকখরে, খুনগী মী ৫০০ দা ঙাইহোরে হায়বা পাও অসি গম্ভীরসিংহনা ফংই। লাম অমুক তৌদ্রবস্তু ইরাই লাইনা কবো লৌবা য়ারগনি খন্দুনা ১৮২৬ ইংগী জানুয়ারী থাদা লান্মী থাই। শমজোক (Thangdut) নিংথৌনা মী ৭০০ খোমহুনা তুমুদা গম্ভীরসিংহগী লান্মী চংঙকপা থিংলে। গম্ভীর সিংহ অমস্তুং কেপ্তেন গ্রান্ট লানফম তান্না চংলে, অরা লান্মী কায়হনা চেন্নরে; শমজোক নিংথৌস্তু চেল্লে। নিংথি তুরেনগী য়েং থংবা তোর্বান্দা লৈরম্বা লানবল্ অহুস্তু লৌশিল্লে। ১৮২৬ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১ দা গম্ভীরসিংহনা নিংথি তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা তাবা খুল য়োবা কান্দা মী

অমতস্থ লৈরমদ্রে, থুনা চেন্নখিবনা যণ-এক লোইনা হুগ্রেকলম্লে, মৈ'তে বন্দীশিংস্থু লোইনা থাদোকলম্লে।

নরসিংহনা গম্ভীরসিংহগী য়েৎনখবা পাম্বোমনি। গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ ওইবগা নরসিংহনা সেনাপতি ওইরে। ময়াং-নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা খুম্বোং মপাম্বীবু তাথিনা তৌবা মরমদগী মুংঙাইতহুনা শাওবগা লোইননা ইং কুমজা ১৮৩০ দা গোবিন্দ-চন্দ্র লোইথোকউনবা শরৌ শিন্দুনা মী থাখরে। কাছাড়গী খাসপুরদা মৈতৈ অমগী মথুস্তা গোবিন্দচন্দ্রগী মথরাই লানখি। মতৌ অম্থুম্না গোবিন্দচন্দ্রগী জীবন লীলা লোইখি। গোবিন্দ-চন্দ্র মচা থনমদে। তুলারামনা কাছাড়গী সিংহাসন ফংজগে, মতিক চাবা ফংফম থোকপা নিপা অমনি হায়হুনা দাবী তৌই। ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টনা দাবী অসি মরম চাদে হায়হুনা য়াখিদে। ১৮৩২ ইংগী আগষ্ট থাগী তাং ১৪ দা কাছাড় লৈবাক অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মনুং চন্‌শিনখি।

ইং কুমজা ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারীগী তাং ২৪ দা য়াণ্ডাবু সহরদা ইংরাজগা অরাগা সন্ধি অমা তৌনখি। মহুবু ইতিহাসতা "য়াণ্ডাবু-সন্ধি" হায়রগা খংনৈ। সন্ধি অসিগী মতুংইন্না স্কট্‌ সাহেবনা মণিপুরগী কমিশনার ওইরে। গম্ভীরসিংহনা মণিপুরগী মনিং মখা তম্বা নিংথৌ ওইরে। মহাক্না নিংথৌ ওইবগা লাংথবান্দা কোনুং শেমই। বর্মীজ সাম্রাজ্যগী মনুং চনবা কবো ভ্যালি অসি গম্ভীরসিংহ মহারাজনা জয় তৌখিদি হায়ববু লন অসি গম্ভীরসিংহগী লৈবাক মনুং চন্‌শিনবদা বর্মীজশিংনা

য়াখিরমদে, বেরা তৌরমই। বর্ম্মাগী লাম্মী থরা নিংথি ভুরেল* লান্দুনা বের' তৌনরিবা লম অসিদা ১৯ংঙকই অতুগা অহুম হনখি। বর্ম্মাজশিংগা নিংঙাই তৌনহুনা কান্নবা সৈতে খন্দুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা ব্রিটিশ·গবর্ণমেন্টা হিরম অসি লাংহোকই। কলিকাতাদা লৈবা অথোরিটিনদি গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মীচং চংলমই। ১৮৩২ ইংদদি বর্ম্মাদা লৈবা ব্রিটিশ রেসিডেন্ট মেজর বর্নি (Major Burney) না বর্ম্মাজশিংগী মীচং ওইনা রিপোর্ট অমা পিরকই। মানা ১৮৩২ ইংগী জুলাইগী তাং ৫ দা পিরকপা রিপোর্টতগী ঐখোইনা খংবা ওমই—ইং কুমজা ১৩৭০ দগী হৌনা বেরা তৌনরিবা কবো ভ্যালি অসি বর্ম্মা নিংথৌগী ওইরক্লি। হৌখিবা লাপ অতুগী মমাং চহি তরানিথোইসু বর্ম্মাজশিংনা মনিং তৌনা থনম্লিবনি। লর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্কনা কবো ভ্যালি অসি বর্ম্মাদা হনথ্রগে হায়দুনা লেপ্লে অমস্রুং মরম অসি গম্ভীরসিংহ মহারাজদা খংহল্লকই। ১৮৩৪ ইংগী জানুয়ারীগী তাং ৯ দা কবো ভ্যালি বর্ম্মাজশিংদা হন্থরে, মসিগী দমক্তা ক্ষতিপূরণ থা-থাদা লুপা ৫০০৲/৫০০৲ লর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্কনা গম্ভীরসিংহ মহারাজদা পিগনি হায়না য়াখরে।

ইং কুমজা ১৮২৫ দগী হৌনা ব্রিটিশ কর্ম্মচারীশিংনা মকোক থোংনী পুরম্বা "মণিপুর লেভী" (Manipur Levy)

---

* নিংথি ভুরেল অসিবু শানশিংনা নমপুরোং (Numpurong) কৌই, বর্ম্মাজশিংনা ক্যিয়েনডুইন থানলাৱাত্তি (Kyenduen Thanla-wattee) কৌই।

কৌবা তেঙ্গোল অদু ইং কুমজা ১৮৩৩ দগীদি থমদ্রে, অদুন্নদি থমদ্রগা চীংগী হাও-নাইনা লাল হৌরকপা অমদি লম হেন্নকপা ওমদনবা হায়দুনা গম্ভীরসিংহ নিংথৌদা খুৎশু-খুৎলাই, নোংমৈ মচাক্লচিংবদি পিরমই। ইং কুমজা ১৮৩৩ দা মহারাজ গম্ভীর সিংহগা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকা সন্ধি অমা ভৌনৈ, মতুদা কাছাড়গা মণিপুরগগী ওমথৈ লেপ্পখি; অরানা করিগুম্বা লান্দারকপা থোক্লবস্ত অমগা অমগা মতেং পাংনগনি হায়না য়ানখি, অদুগা মণিপুরগা ব্রিটিশকী অতৈ অতৈ লমগা লুলোন-ঈতিক তৌনবদা অপন-অকায় লৈহন্ননুসি হায়নস্ত য়ানখি। মণিপুরগী মহারাজ গম্ভীরসিংহনা বরাক তুরেলগী নোংপোক-নোংচুপ্তা লৈবা চীংশাং অনি অদু মণিপুরগী মন্নুং চন্‌শিনগে হায়বগী দমক্তা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টা মরম খরা য়াবা তাখি। য়ানখিবা অসি ইং কুমজা ১৮৩৩ গী এপ্রিল থাগী তাং ১৮ দনি। হায়রিবা তারিখ অসিমক্তদা হিন্দুস্থানগী গবর্ণর জেনেরেল অমস্তুং স্তুপ্রিম কাউন্সিলনা মখাগী রারমশিং অসি ফোংদোকই—ঐখোইনা অনরেবল্ কোম্পানীগী পক্ষদগী বরাক তুরেলগী নোংপোক-নোংচুপ্তা লৈবা চীংশাং অমনা কালানাগা কৌবা, অদুগা অতোপ্পা অমনা নুংজাই কৌবদু রাজা গম্ভীরসিংহগী মখুত্তা শিন্নরে। জিরি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্বান অমস্তুং বরাক তুরেলগী নোংচুপ পাংনা থেকখিবা মফম অদুনা মণিপুরগী ওমথৈ ওইগনি, তৌবগীদি রাজানা মখাগী ইরিবা মরমশিং অসি য়াবা তাই—

(১) "রাজানা হায়নবা মতুংইন্না থিন্দনা চন্দ্রপুরদগী থানা

মফম হোংদোক্কদবনি, অদুগা থানা অদু জিরি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্বান্দা শেমগদবনি।"

(২) "মৈতৈ অমস্থং বাঙ্গালী সলোনবশিংনা সলোন-ঈতিক তৌবদা রাজানা থিংঙোইদবনি, মহাক্না সলোন-মল্ (শুল্ক) য়াম্না লৌরোইদবনি, সলোন-পোৎ অমতস্থ মো-নোপসি লৌরোইদবনি।"

(৩) "রাজানা কাসানাগা চীংদা অমস্থং মুংজাই চীংদা লৈবা হাওশিংনা কাছাড়দা বাঁশকান্দি অমস্থং উধারবন্দ কৈথেন্দা মখোইগী চৎনরকপা মতুং ইন্না শিং, সশিং, মোরোক্-হৈরোক্কচিংবা মখোইগী চীংদা থোকপা পোৎ য়োঞ্জরবদা থিংঙোইদবনি।"

(৪) "জিরি তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্বান্দগীনা কাসা-নাগারোনদা খৌবুম (Kowpoom) তাদুনা মণিপুর য়ৌবা লম্বী শেম্বা লোইরগস্থ রাজানা মেরামত তৌগদবনি, কুম্বী কাসেন থাক্কনা যণ-লোক চৎপা য়াননবগীদমক্কনি। করিগুম্বা লম্বী শেম্বদুগী দমক্তা য়েংনবা ব্রিটিশ কর্ম্মচারী থারকপা থোক্লবস্থ কর্ম্মচারীশিংনা অস্থম ফৈ হায়বদু রাজানা য়াগদবনি।"

(৫) "ব্রিটিশগী লমগা মণিপুরগা সলোন-ঈতিক নিংথিনা তৌননবগী দমক অদুগা রাজাগী অমস্থং মরৈবাক্কী খুদোং চাননবগী দমক লম্বী মরাং কায়না চাওনা শেম্নবগী

দমক্তা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকী চংগদবা কান্নবা মতুং ইন্না হাও পিগদবনি।

(৬) "কবোগা লাম্লেংনবদা মণিপুর ডাক্লনবগীবু ওইরবস্মু নত্রগা নিংথি তুরেল রাংমা লান্না লাল শোক্লনবগী দমক্তা মণিপুরদা লান্নী তুকপ থারকপদা রাজানা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকী কান্নবা মতুং ইন্না পোৎথাং পুনবা হায়বদি খুৎশু-খুৎলাই, ব্যাগনচিংবা পুননবগী দমক হাও পিগদবনি।"

(৭) "ব্রিটিশ লমগী নোংপোক থংবা ওমখৈদা করিগুম্বা ফত্তবা অমংেক থোরকপদা দরকার ওইরকপা মতমদা রাজানা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টপু মহাক্কী তুরুপনা মতেং পাংগদবনি।"

(৮) *"রাজানা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টতগী ফংবা খুৎশু-খুৎলাইগী দমক দায়ী পুগদবনি। ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকী থংননবগী দমক্তা থা খুদিংগী লেভী (Levy) গা মরী লৈনবা ব্রিটিশ কর্ম্মচারীদা খরচগী হিসাব (Statement of expenditure) পিগদবনি।"

শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ (মণিপুর) ঐনা সুপ্রীম কাউন্সিলনা থারকপা চেদা মথক্তা ইরিবশিং অসি য়াজরবনি।

সহী/—শ্রীযুৎ রাজা গম্ভীরসিংহ।

তাং ১৮।৪।১৮৩৩ ইং।"

"ঐগা ইমাংদা সহী অমসুং শীল (Seal) নন্নবনি।

সহী/—এফ, জে, গ্রান্ট
কমিশনার।

---

*ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টকা মণিপুর লেভীগা লৈনরম্বা মরী অত লৈথিদবনগী অহুগা লেভীদা খুৎশু-খুৎলাই থারকপা লেপথিবদগী

কমিশনার এফ, জে, গ্রান্টকী মমাংমক্তদা শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ মহারাজনা ইরিবা পুম্নমক মসি য়ারে হায়ত্তনা সহী থোনখ্রবনি। লাংথবান্দা ইং কুমজা ১৮৩৪ গী জানুয়ারী থাগী তাং ২৫ দা' কমিশনার মেজর এফ, জে, গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন আর, বইলিউ পেম্বরটন-না সহী তৌত্থনা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা কবো ভ্যালি অসি হনখিবগী দমক ব্রিটিশকা গম্ভীরসিংহগা য়ারম অনি য়ানখি।

রাইট্ অনরেবল্ দি গবর্ণর-জেনেরেল ইন্-কাউন্সিল না পিবা পাওতাক মতুং ইন্না আভাদগী থারকপা বর্ম্মীজ কমিশনার-শিংদা* মেজর গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন পেম্বরটন-না কবো ভ্যালি হন্থরে, অদুগা মথাগী য়ারম অনি অসিসু গম্ভীরসিংহ মহারাজদা খংহল্লি—

(১বা) "সুপ্রিম গবর্ণমেন্টনা লেপলে মদুদি ব্রিটিশকা বর্ম্মীজ কমিশনারশিংগা য়ানবা মতুং ইন্না কবো ভ্যালি হন্খিবা

---

৮ শুবা ক্লজ (Clause) অসি মতম অসিদদি চানদ্রে হায়দুনা লৌথোক্লে।

*কবো ভ্যালি হন্খিবসিগী মরমদা সন্নীয়াচিল ঘাট (Sunnya-chil Ghat) তা ১৮৩৪ ইং জানুয়ারীগী তাং ৯ দা ব্রিটিশ কমিশনারশিংগা বর্ম্মীজ কমিশনারশিংগা চুক্তি (Agreement) - অমা ইনৈ। আভাগী নিংথৌনা থারকপা বর্ম্মীজ কমিশনারশিংগী মমিংদি—(১) মোআনদক্ মহা মিঙ্গিন রাজা (Moandauk Maha Mingyan Raja) (২) সারু-দাঞ্জিকস মিউকিযান-থাও (Tsaru-danjicks Myookyan-thao) কৌই।

তারিখ হায়বদি ১৮৩৪ ইংগী জানুয়ারী থাগী তাং ৯ দগী হৌদুনা থা খুদিংগী লুপা ৫০০৲।৫০০৲ মণিপুরগী নিংথৌদা পিবা।

(২বা) তশেং তশেংনা থংনগদবা অমদি করিগুম্বা থৌদোক অমদগী আভাদা-সান্থোকখিবা লম অসি মণিপুরদা মমাংঙৈগী মতৌগুম্না হল্লকপবদি হৌজিক ব্রিটিশ গবর্ণমেন্টনা পিরিবা শেল (allowance) অসি পিথোরকপা তারিখ অদুদগীমক্ পিবা লেপকনি।

সহী।—এফ, জে, গ্রাণ্ট, মেজর
সহী।—আর, বইলিউ, পেম্বর্টন কেপ্তেন } কমিশনারশিং

লাংথবাল মণিপুর,
জানুয়ারী ২৫, ১৮৩৪ ইং

মহারাজ গম্ভীরসিংহ মণিপুরগী থুংকল-পাঙ্গল্লবা নিংথৌনি। নিংথৌ অসিগী মমিং অসি আসাম তুনা ফাওরিবনি, শুপ্পগী আসামতদা নত্তে, ব্রহ্মদেশ লান্না মমিং চংলিবনি। খাসিয়া নিংথৌবু মায়থীবা পিখি হায়দুনা নিংথৌ অসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা "খাসি-গুম্বা" (উচ্চারণ—খাহিগুম্বা) কৌই। নিংথৌ অসিগী সন্না হাকথক্কদি লাংথবান্দা সন্না কোন্নুং শেন্নই। কর্ণেল এইচ, সেন্ট, পি, ম্যাক্সওয়েল (১৮৯১ ইংগী তুংদা ওইবা মণিপুরগী ইহাল হানবা সুপারিণটেণ্ডেণ্ট) সাহেবকী নোট-তা ইরি—বাংলাদা মমাংঙৈগী নিংথৌশিংগী কোন্নুং ওইরমই। গম্ভীরসিংহ মহারাজনা পাল্লবদা লাংথবান্দা কোন্নুং

শেম্লমই। খৃষ্টাব্দ ১৮৩০ ইংগী এপ্রিল, মে, জুন থা অহুম অসিদা মণিপুরদা কলেরা তৌনৈ, মী য়াম্না শিনখি।

গম্ভীরসিংহ মহারাজ হাকথক্লগী মণিপুরদা পাঞ্জাবী সিপাই লৈবা হোরে। খৃষ্টাব্দ ১৮৩৩ দা মণিপুরগী অরাং-ঙমথৈ থংননবগী দমক মমাংঙৈদা থিগোমৈ হায়রগা থংনবা হৌজিকনা কহিমা (নাগা পাহাড়গী হেড কোয়াটর) কৌবা মফম অসিদা মহারাজগী চরণ চিহ্ন য়েকপা নুং অমা থিল্লমই। আঙ্গামী হাওনা লম হেল্লক্লবদা ১৮৩২ ইং অমস্যুং ১৮৩৩ ইংদা মখোই লাকশিন্নবা লান্মী থাই। অহানবগীদনা কেপ্তেন জেন-কিন্স্ (Captain Jenkins) কঃ পেম্বরটনগনা লুচিংই; অকোনবগীদনা গম্ভীরসিংহ মহারাজ মশামক লেফটেনেণ্ট গর্ভনগা লোইননা স্না খোংলেংই। কহিমাদা থিল্লিবা নুংপাক্ অদুদা ইরি—

"শ্রীল গোবিন্দ মহারাজাকি মনাঙ্গ শ্রীমৈতিংঙু চিঙলেল নোংত্রেল খোম্পা মহারাজা শকাব্দ ১৭৫৪ মাঘ ১।"

নুংশি হৈত্রবা অরাগী মখুত্তগী মণিপুর স্না লৈবাকপু কনখিবা, তৌবঙম্বা থোনা উত্তুনা অরা লান্দা অরা তেঙ্গোল থুগাইখিবা মৈতৈ নিংথৌ মচা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ হায়বসি মৈতৈগী ঈনা মৈতৈগী শিংলিদা চেল্লিবা মথৈ অমুক কাও-ররোইদবনি, মণিপুরগী ইতিহাসতা তাংলবা লৈংগ্বা খুদমনি। নিংথৌ অসিগী পুরাণগী মিংনা চিংলেন-নোংদ্রেন-খোম্বা কৌই। ইং কুমজা ১৮২৫ দগী ১৮৩৪ ইং ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা

পাল্লি ১৮৩৪ ইংদা মহারাজ গম্ভীরসিংহ লাংথবাদ কোন্নুংদা নোংগাখি।

মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা স্যার জেমস্ জোনষ্টোন সাহেবনা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মরমদা ইরি—

"গম্ভীরসিংহনা কাংঙ: য়োকথংলকপা নৌরিঙৈদা কাংঙা অনিথক ব্রাহ্মণ অমদা য়োকউ হায়দুনা পিরমই। কাংঙা অমা শিরে হায়দুনা হঙ্গৎলরবদা শাওগল্লবা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অদুবু চাদবা য়াদে হায়রমই। গম্ভীরসিংহগী য়াথং মী খুদিংমক্তা ইল্লমই। হুকুম অসি ইল্লমগদ্রা হায়দুনা চিংনৈ। হিন্দু অমদা অসুক কনবা য়াথং পিবসি কদায় ফাওবা জাৎ তাগদগে হায়বদু মী খুদিংমক থংনরিবনি।"

## ১০ শুবা পান্দুপ।

মৈতৈ নিংথৌমচা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনিগী মখোনানা চহি ওরেং অল্লা খুত্তাকপা কোক্লখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৩৪ দা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা নোংগারমদাইদা মজাঙবুংডো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু নরসিংহ সেনাপতিদা শিন্নরমই। ময়াঙ্গুংগী য়াথং লৈখা তাহন্দনা চহি অনিতা ঙাইরিবা অঙাং চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মণিপুরগী সিংহাসন্দা থাঙ্গত্তুনা নরসিংহনা সেনাপতি ওইদুনা লৈবাক ঙাকই। ১৮৩৫ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তাং ৭ কী লর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্ক-কী মিনিট (Minute) তগী শংবা ঙনই—খৃষ্টাব্দ ১৮৩৫ দা মণিপুরদা মরূপ শান্নবগী মশক

চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (১বা মতাং)

ওইনা, মণিপুর গবর্ণমেন্টকা পাও চংথোক-চংশিন ন্নুংঙাইনবা, বর্ম্মা সীমাগা পাও চংনবা তারক্রবস্যু য়ানবা, মৈতৈগা বর্ম্মীজগা থংনদনবা হায়দুনা পলিটিকেল এজেন্ট অমা থনমই। পলি-টিকেল অফিসার অসিগী মমিং মেজোর গোর্ডন ( Major Gordon) কৌই। (Assam Rifles P. 175) ১৮৪২ ইংদা অরাম্পা- লোইরবদা -তুংদা সান্দা চংথোক চংশিন ন্নুংঙাইনবগী দমক কাছাড়-মণিপুর সম্বী পাকথোক্রবা শেন্বা গৌই।* চন্দ্র-কীর্ত্তি সিংহ পিক্লা নিংথৌ ওই হায়দুনা "নিংথেম পিশক" কৌই। লৈবাক ভাকপগী থবক্তি নরসিংহনা পুরমই। মমাসিজ ইবেম্মা মাইস্নাম কুমুদিনী মহারাণী নুপী ওইবগী রাথল থেনবনা মচাগী ফননবতা থল্লিবা নরসিংহগী পুকচেল থংদবনা নরসিংহবু মাংহন্নবা চিকনা অরোনবা রা তান্নরে। সন্ধ্যারতিগী মতমদা নরসিংহনা শ্রীগোবিন্দদা দণ্ডবৎ কংলিঙৈদা মন্ত্রীমযুমগী নবীন সিংহনা 'নহাদে নবীন্দে' হায়দুনা থাংনা থল্লি, থোল্লাও অতু তাবদা নরসিংহনা মপাম্বোম থাঙ্গংথিবদা পাম্বোম শোক্লে। অমুম্না পুকচেল মাংদবা নরসিংহদি হিংহৌই, পুকচেল ফত্রবা নবীনসিংহদি অতুম অঙাং ওলহনখরে। কৌরদুনা শ্রীমতি কুমুদিনী মহারাণীনা মজাইবুংঙো অপিশক চন্দ্রকীর্ত্তি পুদুনা নেপ্রা-থাঙ্গাল-নচিংবা মনাইগা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ দা ময়াংলৈবাক্তা চেনখরে।

* সম্বী অসি খৃষ্টাব্দ ১৮৬৫ ফাওবা ইংরাজগী মখুত্তা লৈ। অসিগী মতুংদগী হৌরদুনা লম্বী অসি মৈতৈ নিংথৌগী মখুত্তা লৈখরে।

—বিশ্বকোষ।



গম্ভীরসিংহ মহারাজগী পাদ-চিহ্ন য়েকপা কতিনাগী লুং

পা. ১০২।

নরসিংহ সেনাপতিনা গুান লাক্লবদা মশাগী অশোকপগীদি খন্দ্রহ্না নিংথেম পিশকপু নিংশিংলকই। নিংথেম পিশক মমা-সিঙ্গগা লোইননা চেনখরে হায়বা পাও তারহ্না চীংলম্বেন্দা রাদনবা থৌরাং চেংজেল-নচিংবা থিলহন্দুনা মখোইগী দমক্তা হোৎনবিখি।

মণিপুরদা নিংথৌ পান্দ্রে। নিংথেম পিশক্লা মণিপুর থাদোক্লমহ্না চেনখ্রবদা, নিংথৌ পান্দবা য়াদবনিনা প্রজানা নরসিংহবু নিংথৌ ওইবিয়ু হায়জরবদা নরসিংহসু চন্দ্রকীর্ত্তি হল্লকপা ঙাইবোইনা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ দা নিংথৌ ওই। চহি তরেৎ নরসিংহ পাল্লমই। নরসিংহ মহারাজগী হাকথক্তা ১৮৪৪ ইংদা লুশাইনা লাল হৌরকই, মায়থীবা ফংখি। মা হাকথক অসিদা "জলকেলী" পালা শকপা হৌই। নরসিংহ মহারাজগী ধারাবু নরসিং হায়না খংনৈ।

গরীবনিবাজ
|
ভৌব্রাম শাই
|
ভদ্রসিংহ (১৮২৫ ইং)
|
নরসিংহ (১৮৩৪ ইং—১৮৫০ ইং)

রাশক কায়নিংদবদগী মহাক্লা পোকপা মচাদা নিংথৌ থুবম শিন্নরম্বা তৌদনা মনাও দেবেন্দ্রসিংহদা নিংথেম পিশক্লা মণিপুরদা হল্লকপগা মাবু নিংথৌ ওইহল্লু হায়হ্না শিন্নরম্লগা

নরসিংহ মহারাজ খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ দা নোংগাখি। *নরসিংহ মহারাজ লাইদা ভক্তি লৈবা, থৌজাল হৈবা নিংথৌনি। মহারাজ অসিনা পাল্লিঙৈ মতমদা লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পাল্লি। নরসিংহনা লৈবাক ডাক্কুনা পাল্লিঙৈ মতমদা মারজিৎসিংহগী মজাইবুংঙো যোগেন্দ্রসিংহনা ময়াং লৈবাক্তগী লাল হৌরকই। নরসিংহনা মনাও দেবেন্দ্রসিংহবু থাদুনা যোগেন্দ্রসিংহগী তেঙ্গোল থুগাইরমই। অসিগী তুংদা চৌরজিৎ মহারাজগী মজাইবুংঙো ত্রিভুবনজিৎ-নচিংবনা অমুক ময়াং লৈবাক্তগী লাল হৌরকই, করিস্সু কান্নবা লৈখিদে। গম্ভীরসিংহ-নরসিংহ হাকথক্তা থোপ শকপা হৌই।

## দেবেন্দ্রসিংহ (ঢাকা-তাবা):—

নরসিংহ মহারাজনা থুগথরেদা মনাও দেবেন্দ্রসিংহনা খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ দা নিংথৌ ওই। মহাক্না নিংথৌ ওইবগা থা অহুম ফানিংচিং য়ৌদ্রিঙৈনা চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহনা ময়াং লৈবাক্তগী তেঙ্গোল পুরক্কুনা লাল হৌরকই, দেবেন্দ্রসিংহ থাংবা য়াদতুনা ঢাকা তান্না চেনখি। ঢাকাদা চেনখিতুনা লৈখি হায়দুনা দেবেন্দ্রসিংহ মহারাজবু "ঢাকা তাবা মহারাজ" হায়রগা খংনৈ।

## চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহঃ—

(২বা মতাং)

ঢাকা তাবা দেবেন্দ্রসিংহ মহারাজবু মণিপুরদগী তান্থোক্-তুনা চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহনা খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওই।

* হায়রিবা চহি অসিদা থা মরি চুপ্প মণিপুরদা কলেরা তৌই।

খৃষ্টাব্দ ১৮৫১ দা ইংরাজ গবর্ণমেণ্ট-নসু চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহবু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না য়াখি। মতম অসিদা মৈতৈ নিংথৌমচাশিং খরনা, মপাঙ্গল চাংহরক্লুনা নিংথৌ-চুংঙ্গ কল্লকৃতুনা লান হৌরকই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মখোইশিং অতুবু মায়থীবা পিতুনা মাগী মাগী মতিক চাবা দণ্ড পিরমই। নরসিংহ মহারাজগী মজা ইবুংঙো ভুবনসিংহ লান শোক্লবদা থাংবা য়াদতুনা ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। ১৮৫২ ইংদা মারজিংসিংহ মহারাজনা পোকপা কাহ্লাই স্নানা লাল হৌরকই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী তেঙ্গোলনা কাহ্লাই স্নাগী তেঙ্গোল থুগাইরবদা কাহ্লাই স্না ময়াং লৈবাক্তা চেনখরে। জঙ্গী পল্টনগা ব্রিটিশকী সিপাইগা মণিপুরগী ভমখৈ রাংমদা লাল কন্না শোক্লে। মসিবু ইতিহাসতা "জঙ্গীলাল" হায়না খংনৈ। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা নামৈরাকপা মেঞ্জরবু মণিপুর তেঙ্গোল পুহন্দুনা লানবাংই। মৈতৈ লাম্মীনা জঙ্গী লাম্মী ফাহুনা ব্রিটিশকী মখুত্তা পিরবদা ব্রিটিশনা মহারাজবু য়াম্না থাগৎখি। হন্দক্কী জঙ্গী লাল অসিদা খৃষ্টাব্দ ১৮৫৭ তা চৌরজিৎ মহারাজগী মজা-ইবুংঙো নরেন্দ্রজিৎ সিংহ (সনা চহি অহুম) না চিটাগোংদগী কাছাড়দা চেল্লকপা সিপাই খোমতুনা লাল হৌরমই। মমানিজা কুমুদিনী মহারানীগী থৌইনশিন্দগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নরেন্দ্র-জিৎসিংহবু ব্রিটিশকী মখুত্তা লাম্থোকখি ব্রিটিশনা নরেন্দ্রজিৎ সিংহবু লাল হৌরমই হায়তুনা কালাপানি (আন্দামান দ্বীপ) দা থাজিনখি। ১৮৫৯ ইংদা মাইপাক স্নানা লাল হৌরকই।

মহাক মায়থীবা ফংহুনা চেনখি। ১৮৬২ ইংদা বৈক্ফাস্নাগা অমুক তিন্নহুনা লাল হৌরকই। লান্দা মাইপাক স্না ফাহৌই। চহি অহুম লৈরগা ১৮৬৫ ইংদা ক'হ্নাইস্নানা অমুক লাল হৌরকই। ব্রিটিশ লান্মীনা কাহ্নাইস্নাগী লান্মী চায়থায়রমই। ১৮৬৬ ইংদা দেবেন্দ্র মহারাজনা পোকপা গোকুল সিংহনা লাল হৌরকই। মহাকস্থ মাই পাক্কদবা উদ্রহুনা চেনখি। কোন্থংদা ১৮৬৮ ইংদা ফারক্কুনা কাছাড়দা বিচার তৌই। বিচারগী রায় মতুং ইন্না চহি তরেৎ জেলদা বন্দী লৈরমই।

খৃষ্টাব্দ ১৮৭১ দা ইহান হানবা লুশাই লান্নাবা চৎপদা মণিপুর তেঙ্গোলনা ব্রিটিশগী তেঙ্গোলবু মতেং পাংলুই। ১৮৭৯ ইংদা অঙ্গামী নাগানা ব্রিটিশগী য়েক্কবদা লাল হৌরক্কুনা খোনোমা হায়বা হাওখুন্দা ডিপুটি কমিশনার মিঃ ডামেন্ট (Mr. Damant) পু হাৎলে। ৪৩ শুবা এ, এল, আই-গী মেজর রীড (Major Reid of the 43 rd A. L. I.), মিসেস ডামেন্ট, মিষ্টর অমস্থুং মিসেস কাউলি (Mr. and Mrs. Cowley), মখোইগী মচা, কেরাণী, ব্রিটিশ সিপাই অমস্থুং ব্রিটিশ প্রজানা অরাবা তাহুনা লৈরবা মতমদা হার মেজেষ্টিজ ইণ্ডিয়ান আর্মি (Her Majestys Indian Army) গী কর্ণেল অমস্থুং মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট স্যার জেমস জোনষ্টোন সাহেবনা পুং ২৪ গী মনুংদা কহিমা য়ৌননবা সিপাই ১,০০০ লিশিং অমা পুহুনা লানবাংবিয়ু হায়রবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ব্রিটিশগী লানবাংনবা হায়হুনা যুবরাজ শূরচন্দ্রগা



মহারাজা স্যর চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ



কঙ্গিনাদা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল মেজর অমসুং
ব্রিটিশ অফিসারশিং

লা: ১০৯।

কতোয়াল (Superintendent of troops) কোইরেং (টিকেন্দ্র-জিৎসিংহ) গা লান্মী তেঙ্গোল পুইন্দুনা কহিমাদা থাখি। টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মথৌনানা য়েক্নবা হাও মায়থীবা পিতুনা ব্রিটিশকী লানবল্ (Garrison) কল্লমই। মসিদা পেল্লহুনা ব্রিটিশ সরকারনা ফর-ফরবা নোংমৈ লিশিং অনি মহারাজদা খুদোল পিরমই, মাউন্টেন-গন্ ( Mountain guns ) মরিস্থু পিরমই। লাল চৎলুবা মণিপুরগী সিপাইশিংদা তাকমান অমমম্‌গা লুপা ১০৲।১০৲ গা য়েল্লমই। টিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু থৌনা ফবগী দমক্তা য়াম্না থাগৎখি।

জিলাদা দরবার তৌই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ জিলা দরবার লেংই। সরকারগী সাহায্য তৌবগী দমক দরবার অতুদা মহারাজবু ব্রিটিশনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎখি। জিলা লেংবগী থৌগন্দি—লৈশং যাত্রা সিংহ, মাইব্যা তাম্রসিংহ, তোসেন শর্ম্মা অসিনচিংবা। জিলা লেংবদা চনহ্বা পেনাখোংবনা মরক মরক্তা শ্রীযুৎকী থৌগল তৌশেমই। হৌজিক তোংজৈ-মরিন্দা "তোসেন-পুথি" হায়বা অমা লৈরিবসি থৌগল ইল্লিবা মনাই তোসেন শর্ম্মাগী মমিং লৌহুনা থোল্লমৄবনি।

ব্রিটিশ সরকারনা পেল্লহুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা "মহারাজা স্থার" (কে, সি, এস, আই) হায়বা মিংথোল পিরমই। মতম অসিদা মণিপুরদা খোং-লান্মী এনফিল্ড্ অমস্থুং স্নিদর রাইফল পাইবা ৫,০০০, নোংমৈ অচৌবা পাইবা ৫০০, শগোল তোংবা সিপাই ৪০০ লৈরমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ স্না হাকথক্তা কর্ণেল

জোনষ্টোন সাহেবকা মৈতৈ সিপাইগনা কবোগা মৈতৈ হাওগা খৎনবা তাইশিল্লম্বই। স্না হাকথক অসি ফাওবা মণিপুরদা পাঞ্জাবী সিপাই লৈরমই। ১৮২৭ ইংদস্যু মহারাজনা অকাম হাও (Suktes) ব্লারকপা টিডিম (Tiddim) তান্না লেংই। ১৮৭১ ইংদা অকাম হাও মোস্বী তারকই। মমৈদা মৈতৈগা অকাম হাওগা তাইশিন্নরে অমস্যুং ব্রিটিশকা মীচং ওইহুনা অরাং-লুসাই তাইনবা চৎলি। মণিপুরগী লাম্মীনা অকাম হাওগী লুচিংবা নোখোথাং (Nokhothang)* গা নাগী লোইনবা মী ১,০০০ লিশিং অমুক্কা ফাহুনা পোরকই। নোখোথাং মণিপুর জেলদা শিখি। মসিদা শাওরহুনা অকাম হাওনা লাল অমুক হৌরক্লে। ১৮৭৫ ইংদা ব্রিটিশ গবর্ণমেন্ট-নস্যু য়াহুনা অকাম হাও নাবা চৎলি, লাল ইতৌ তৌদনা তাইশিন্নরমই। ১৮৮৮-৯৩ ইংগী চিন-হিল্স (Chin-Hills) গী লাল লোইরহুনা ব্রিটিশনা লোই চনশিল্লবতদা অকাম হাও লম হেল্লকপা ওমখিদে। ১৮৭৭ ইংদা চাসাদ ডোম্বুল শাগৈগী লুচিংবা নেলাম (Nellam) মণিপুরদা হাৎখি। মসিদা শাওহুনা মখোইনা লাল হৌরকই। কোম্বংদা নেলামগী মচানিপা তোংলু (Tonghlu) চংজরকখি। মতৌ অস্যুন্না তাইশিন্নখি।

মিণ্ডন (Mindon) গী মচানিপা ব্রহ্মরাজ থিবো (Theebaw, 1878) গা ইংরেজগা লান্থেংনরবদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৫ দা পলিটিকেল এজেন্ট কর্ণেল জোনষ্টোন

*Kokatung: Report on Eastern Frontiers—P. 264.

সাহেবকী মখাদা মৈতে লান্মী থাহন্না ইংরেজগী মতেং পাংই, অমুন্না অরাং-ব্রহ্মাদা য়ুরোপীয়ান অমসুং ব্রিটিশ প্রজাগী অরাবা কৌঙ্গায় কৌকহল্লনই।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ স্না হাকথক্কী অঙম অখৌশিং—

(১) চিংঙাথম থাবম লাকপা (২) মাইরাম দয়াপা মেজোর
(৩) বামন কণ্ঠ মেজোর (৪) লোংজাম্বা মেজোর
(৫) সনা কতোয়াল (৬) সোগাইজম বলরাম মেজোর
(৭) খুম্বোংময়ুম পঙোই মেজোর (৮) অমাপুরেল মেজোর
(৯) লৈহাওথাবম থুনজাওপুরেল (১০) চিংঙাথম পুখ্রম্বা
(১১) নোংমাইথেম অঙোমনিংথৌ (১২) লৈহাওথাবম গুণো মেজোর
(১৩) মাইরাম নোংথোম্বা।

খৃষ্টাব্দ ১৮৭৭-৭৮ ইংদা কর্ণেল জোনষ্টোন সাহেবনা চন্দ্র-কীর্ত্তি মহারাজগা তান্নহনা নহারোনগী ইংরেজী তম্বা খুদোং চাননবগী দমক স্কুল অমা লিঙ্খৎলি। স্কুল অসিদা মৈতে মচানা ইংরেজী শিক্ষা ফংবগী মরু হুনখি। স্কুল অসি মাগী মমিং লৌহনা জোনষ্টোন স্কুল (Johnstone School) কৌরে।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ স্না হাকথক্তা শ্রীহট্টগী সনা-সঙ্গাই শেমজিল্লি, মহবু 'সিলেট রাজবাড়ী' হায়না খংনৈ। কাছাড়গী শিলচর মালুগ্রামদা সনা-সঙ্গাই অমসু শেমই, মহবুনা 'মালুগ্রাম-সঙ্গাই' কৌই। স্না হাকথক অসিদা ইঙৌরোক মহাদেব ফোংই, হনুমানগা গড়ুরগগী মূর্ত্তি লিঙ্খৎলি, শরিক অচৌবা অনি শ্রীগোবিন্দদা কৎলি।

মণিপুরদা লৈবা মুসলমানশিংগী খুদোং চাননবা হায়হুনা কাজিগী ফম্ হাপই। মুসলমান সমাজ অসি কাজিগী মখাদা লৈহুনা মুসলমান সমাজগী অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা খেন্নবা লাকপা পুন্নমক তাইশিন্নে।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ অসি ঈশ্বর মহারাজ হায়রগম্ খংনৈ। মহারাজ অসি নহা ওইরিঙৈদা কর্ণেল মেকুলোক (Colonel McCulloch) সাহেবকী মপান্দগী নোংচুপকী লৌশিং চঙ্খোন্না ফংলমই। মহারাজ অসি রারকচেৎপা নিংথৌনি। মহাকথক্তা কারাদণ্ড-দগী ফুবগী দণ্ডিনা হেল্লমই। অরানবা হুরান-চিন্থি তৌবা নীবু লীচৈ মীপোৎ মীপোৎনা ফুরমই, নুমিৎ তরেৎনি শুরগা নাই কাইবনচিংবা দণ্ডি তৌরমই। সনা চাপ্রান্দো কৌবা নিংথৌ মচা অমা মথুৎ মশা, মহৈ-মশীং য়াম্না হৈ হায়হুনা তুরেন্দা ঙবোং খাওদা নমহুনা হাংখি। ঈশ্বর শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা প্রজাশিংবু মচাগী মতৌগুম্না য়োকপিরমই। মহারাজ অসি চহি ৩৫ য়েক্ল-তীঙ্খং লৈতনা পাল্লমই। য়েক্লবনা মহাকথক্তা মকোক শীথৎপা ঙমখিদে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পাল্লিঙৈদা মণিপুরদা ডাকঘর, ডাক্তারখানা, টেলিগ্রাম অফিস লিংই।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ তৌবঙম্বা নিংথৌনি। হংবতগী মপান্না মপানগী লৌশিং য়াম্না ফংলমই। নোংচুপলোমগী বিজ্ঞানগী পোৎ-চৈগী মরমদা জ্ঞান য়াম্না লৈরমই। মহারাজ অসি য়ুরোপ্তা শাবা পোৎ-চৈ য়াম্না পাম্লমই। মহাকী গ্লাসগী



মেজর স্যর জেমস্ জনষ্টোন লাঃ ১১১



মৈতৈ অঙম অথোগী ফিজেৎ উৎপা লাঃ ১১১ ।

কারখানা অমা লৈরমই, কারখানা অদুদা গ্লাসগী পোৎ-চৈ শাহল্লমই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা মাগী কারখানাদা শাবা 'পেট্রোলিয়ম লেম্প' (Petroleum lamp) অমা জোনষ্টোন সাহেবতা শিজিন্নহুনা য়েংনবা পিরমই। ১৮৮১ ইংগী মমাংদনা মৈতৈ থরা কাণপুরদা ~~কার্পেট শাবা,~~ শাবল্ল তুবনচিংবা তম্ননবগী দমক থাখিরমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ স্না হাকথক অসিদা মখোইশিং অসিনা ফজ-ফজরবা কার্পেট অমসুং মহারাজগী ফজ-ফজরবা ইংলিশ প্যাটার্ণগী খোংউপ, শাবল্ল-নচিংবা তুরমই। মতম অসিদা মণিপুরদা খুৎ-শা হৈবগী থবক য়াম্না চাওখৎল্লমই।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থুপ্লমদাইদা শূরচন্দ্রদা নিংথৌ খুবম শিন্নরমই। অতৈ অতৈ মজাইবুংঙোশিংবুসু মাগী মাগী মতিকচাবা মফমদা শিন্নরমই—

(১) শূরচন্দ্রসিংহ—মহারাজা

(২) কুলচন্দ্র ধ্বজসিংহ—যুবরাজ (৩) টিকেন্দ্রজিৎসিংহ—সেনাপতি

(৪) ফৈজাও স্না—শামু-হঞ্জবা (৫) অঙ্গৌস্না—তুমু লম্বাগী অফিসর

(৬) গোপাল স্না—দোলাইরোই হঞ্জবা (৭) পাক্কা স্না—শগোল হঞ্জবা

(৮) জিল্লা ঙম্বা—মহারাজগী এ, ডি, সি।



## ১১ শুবা পন্দুপ।

### শূরচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্র

চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা নোংগাখ্রবদা শূরচন্দ্রনা ১৮৮৬ ইংদা মণিপুরগী নিংথৌ ওই, কুলচন্দ্রনা যুবরাজ, টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা সেনাপতি ওইরে। শূরচন্দ্র মহারাজনা পানবা মতমদা নরসিংহ মহারাজগী মজাইবুংগো বড়াচাওবা মচিন্মনাও লাল হৌরকই। শূরচন্দ্র মহারাজনা টিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু থাহুনা লাল ঙম্মকই। বড়াচাওবা মচিন্মনাও ফারে, মিত্ররাজ ইংরেজগী মখুত্তা পুলিশকী নজর-বন্দী ওইনা হাজারিবাগতা থাজিনখি; মাগী থাগী বৃত্তি লুপা ৬০৲, মনাও নিপাগীনা থাদা লুপা ২০৲ পিরমই।

চহি অমা ফানিংচিং য়ৌদ্রিবৈনা লাবণ্যচন্দ্রনা পোকপা রাংথৈরাকপনা থরান থাদা লাল হৌরকই। হন্দক্কী লাল অসিদি বড়াচাওবনা হৌরকপদগী হেন্না কল্লি। রাংথৈবাকপা

শূরচন্দ্র মহারাজনা মতম অহুগী মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ প্রিমরোজ সাহেবতা মতেং পাংবিযু হায়রমই। হন্দক্কী লাল অসিদা টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিবু থারমই। তেঙ্গোল অনিমক্কী মী য়াম্না শিনরে, শূরচন্দ্র মহারাজগী মীনা থরা হেন্না শোকই। টিকেন্দ্রজিৎ সিংহদি ইংরেজগী সাহায্য ঙায়হুনা সৈরি, মতম অসিদা ইংরেজগী লামী লাক্লরোই হায়হুনা পাও লাক্লে। বীর সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী অথাং-কন্‌বা, হন্দবা, লান্দা

হৈ-শিংবা মরমদগী ৱাংখৈরাকপনা কংলাগী শা পাইরমতুনসু করিসু তোংজবা লৈখিদে ; শা-মখোংদা নোংমৈনা পান্দুনা ৱাংখৈরাবপা তুখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৭ তা কুকিশিংনা শাণ্ডহুনা খাজানা কাদ্রে, ব্যাগারি লেপখ্রে। হন্দক্কী খোংফম অসিদসু মহারাজ শূরচন্দ্রনা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু থাই। কুকি খুল্লাকপা ফাহুনা পোরকই। শূরচন্দ্র মহারাজদা চহি খুদিংগী লোইপোৎ হাজগে হায়রবদা থাদোকপিখি। মহারাজ শূরচন্দ্র ঙাকপিহৈবা নিংথৌনি। কুকি লাল লোইবা চহি অমা লৈরগা

যোগেন্দ্রসিংহ ১৮৮৮ ইংদা যোগেন্দ্র সিংহনা কাছাড়দগী মৈতৈ লান্মী ৫০০ খোমহুনা মণিপুরদা লান্দারৈ। ইংরেজগী লান্মীনা মহারাজগী মীচং চংহুনা লানবাংই। যোগেন্দ্রসিংহগী তেঙ্গোলগা মহারাজগী তেঙ্গোলগা কাপ্নরে। যোগেন্দ্রসিংহ লান্দা তুখি।

মতুং খরা লৈরগা মচিন্মনাও নিপাল পুকচেল খোইজেল তিন্নরকত্রে, মহারাজ শূরচন্দ্রনা পাক্কা স্নাবু লুনা হেঙ্গিন্না তৌবা মরম্না টিকেন্দ্রজিৎনচিংবনা মপুক্লিংদা ৱারৌরমই, মীচং-মীখাই নাই হায়হুনা মুংঙাইরমদে ; মরম অসিদগী মচিন্মনাও পোকমিন্নবা মরি, পোকমিন্নদবা মরি নাকপাক্-নাকপাক্ তানরে। মনাই মশলগী ৱাহৌদগীসু মমাংঙৈদগী হৌনা টিকেন্দ্রজিৎকা পাক্কাস্নাগা অনি অসি কয়া মুংঙাইনরক্কে। পাক্কাস্নানা স্নানাক্ত লৈবগা অহুগী মথক্তা টিকেন্দ্রজিৎপু হুঞ্জিনবা খরা য়াওবগা মহারাজসু টিকেন্দ্রজিৎপু থোইনা লুনা তৌরমদে। মহারাজগী মতৌ অসিদা অতৈ অতৈ পোকমিন্নদবা মচিন্মনাওশিংসু

মহারাজবু কয়া হুংশিরমদে। পাক্কাস্নাগা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগা য়েংথিনরমই, করিস্নু লৈতবা ব্লারম অমদগীস্নু হেক হুংঙাইনরমদে; মখোই অনি অসি কোন্নুং ময়াদা লৈরম্বা সনাশাবা অমগী মচান্নুপী মাইপাকপীগী রাহৌদগীস্নু কয়া হুংঙাইনরমদে ;* হুংঙাইনদবনা মরম ওইহুনা অতুগা মচিন্মনাও অমগা অমগা মাগী মাগী মীচং চংনখিহুনা মচিন্মনাও পোকমিন্নবা মরি—মহারাজা শূরচন্দ্র, পাক্কাস্না, ফৈজাওস্না অমস্নুং গোপালস্না মীচং অমা ওইরে; মচিন্মনাও পোকমিন্নদবা মরি—যুবরাজ কুলচন্দ্র, সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ, অঙৌস্না অমস্নুং জিল্লাঙম্বা মীচং অমা ওইরে।

টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ১৮৯০ ইং সেপ্তেম্বর থাগী তাং ২১ গী অহিংদা লাল হৌরকই। অঙৌস্নাগা জিল্লাঙম্বগনা মৈ থাহুনা কোন্নুং মন্নুং চংঙক্লে, মহারাজা শূরচন্দ্র লৈবা য়াদ্রহুনা মনাই মশল থরনা থোগল তৌহুনা কোন্নুংদগী মপাল থোরক্লে। টিকেন্দ্রজিৎস্নু অঙৌস্নাগা পুন্নরে। মহারাজগা পোকমিন্নবা গোপালস্নাস্নু মনাই মশলগা কোন্নুংদগী চেল্লকলে। পাক্কাস্নাস্নু মাগী মথাদা থবক তৌবা মণিলাল দে অমস্নুং খুৎলাই পাইবা লাম্মী ৮০ গা লোইননা মহারাজ শূরচন্দ্রবু থোগল তৌবা লাক্লে। অহিং নোংয়াই মতুং পুং ২॥০ রোম তাবা মতমদা মহারাজা শূরচন্দ্র পাক্কাস্নাগা অতৈ মনাই-মশল থরগা লোইননা ব্রিটিশ

*My three years in Manipur and my recent escape from the Mutinee: Mrs. Grimwood.



মিঃ এফ, সেট, গ্রেয়ার গ্রিমউড পলিটিকেল এজেন্ট লাঃ ১১৭।



থাইনগী রেসিডেন্সী লাঃ ১:৭।

রেসিডেন্সীদা চেল্লকলে। মতম অসিদা গ্রিমউড্ সাহেবনা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরি। গ্রিমউড্ সাহেবনা মহারাজগী কৈননবগী দমক দরবার হোল শংদোক্লে, মহারাজসু মনাই মশলগা অহিং মতেক অতুনা দরবার হোলদা লেল্লে। মহারাজদি ম্লেচ্ছগী য়ুমনি হায়তুনা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা ফান্দে।

মৈতৈ য়াম্না রেসিডেন্সীদা তিল্লে, মখোই অয়াম্বা খুৎলাই পাইবদি চংহল্লমদে। কনানা কনাগী মীচংনো হায়বতু অহিংদা ব্রিটিশকী সিপাইনা খন্দোকপা ঙম্মোইদবা অতুগা অমম্বা অতুদা কনাগুম্বা অমনা নোংমৈ কাপ্লকৃলবদি ফত্তবা কয়া থোরকপা য়াই খন্দুনা অসি পুম্নমক থোক্তনবা মিঃ বার্কলি-না হান্ননা শিল্লমই।

নোংঙাল্লবদা মহারাজগী থাপ্না লৈথিবা লান্মী অমসুং মহারাজবু নুংশিবা প্রজা ময়াম তিল্লরে। খরা লৈরগা মহা-রাজগা পোকমিন্নবা মনাও অনি—ফৈজাওম্বা, গোপালসিংবা—অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলগী নোংমৈ পাইবা মী খরা থুংলরে। মখোই মশেল করি তৌসিগে হায়না খন্নরে। টিকেন্দ্রজিৎতি জেল হাংদোক্তুনা বন্দীমখে লোইনা থাদোক্লমই। থাদোক্লিবা বন্দীশিংনা টিকেন্দ্রজিৎকী মীচং চংলমই।

অক্টোবর থাগী তাং ৮গী অহিং পুং ৭॥ তাবা মতমদা মনাই মশল ৬০গা মিঃ গ্রিমউড্-না পিবা গুর্খা সিপাই ৩৫গা লোইননা মহারাজ শূরচন্দ্র ইম্ফাল থাদোকই।

মণিপুর দরবারনা অমসুং ব্রিটীশ রেসিডেন্ট-না য়ারতুনা

যুবরাজ কুলচন্দ্রনা মণিপুরগী রাজ-গদীদা লেপ্খংলে।* মথং মথং চংনরকপা মতুং ইন্না সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা যুব-রাজ ওইরে, অঙৌসানা সেনাপতি, জিল্লাঙম্বনা শামু হঞ্জবা ওইরে।

আসামগী চিফ্ কমিশনার শিলচরদা লৈরি হায়বা পাও ফংলতুনা মাবু উন্ননিংবদগী অয়াম্বা মহারাজ শূরচন্দ্র কাছাড়দা লেংশিনবনি। মহারাজনা জিলাদা থুংলুবা মতমদদি চিফ্ কমিশনার জিলাদা লৈরমদ্রে, জিলাদগী চংখিবদা ঙাইরম্মি। মহারাজ শূরচন্দ্রনা পাশ অমা পোরকই, শূরচন্দ্রনা মশামক্তা সিংহাসন থাদোক্লম্বনি হায়বা য়াওরি। মহারাজনা পাশতা ইরম্বা রারম অতু থংলকুনা অক্টোবর থাগী তাং ৬ তা শিলচরদগী

*মণিপুর মহারাজা কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহনা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর জেনরেলদা থাবা দরখাস্তগী মচেৎ অমা—

"I have most respectfully to inform your Excellency that, owing to certain reason, there was constant displeasure and quarrels between our brothers, for which my eldest brother, the Maharaja Surachandra Singh, making voluntary abdication of the throne to me (the heir of the throne) left for Brindaban. Accordingly I ascended the throne of my father and grandfather on the 8th Ashin last."

—*Correspondence relating to Manipur, 1891.—P. 9.*

শিলোংদা চিফ্ কমিশনারদা মণিপুর সিংহাসন থাদোক্লমই হায়বসি অরানবনি হায়না টেলিগ্রাম তৌই।* পলিটিকেল এজেন্টকী জুন্‌গী তাং ২৭ কী ডায়েরীদগী খংবা ঙমই।†—মহারাজনা মথুরাদা লম অমা লৈহুনা মন্দির শাহুনা লৈ-নিংলমই অমসুং গবর্ণমেন্টপু লম অহুগী খাজানা কোকহন্নিং-লমই। মহারাজা কুলচন্দ্র ধ্বজসিংহনা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর জেনরেলদা থাবা দরখাস্তদা মহারাজ শূরচন্দ্রনা মণিপুর সিংহাসন থাদোক্লমহুনা বৃন্দাবনদা লেংশিনখিবনি হায়রি।

শিলচরদা চিফ্ কমিশনার ঊনবা ফংত্রবদা বড়লাট

---

*শূরচন্দ্র মহারাজনা তৌখিবা টেলিগ্রাম—

"Just now opening Political Agent's pass learn that I abdicated, wholly untrue. Political Agent mis-understood me, shall submit full representation later on. Solicit re-consideration and help."

—*Correspondence relating to Manipur, 1891: P. 8.*

†"The Maharaja is buying land (4,000 bighas) at Muttra (North-western Provinces), and is very anxious that the governmental revenue should be remitted. It is said that the Maharaja is going to build a temple there but there is a rumour also that he means to retire into private life and live there himself."

—*Ibid. P. 11.*

উন্নবা কলিকাতা তান্ন লে'খৎে। আসামগী চিফ্ কমিশনারগী চিফ্ সেক্রেটারীনা কলিকাতা'গী পুলিশ কমিশনারদা মহারাজ শূরচন্দ্র পুলিশকা লোইননা থাখিবনি হায়না টেলিগ্রাম তৌখি। পুলিশনা কলিকাতা তান্না থিন্দুনা কলিকাতাগী পুলিশ কমিশ-নারদা মহারাজবু শিন্নরমই। কলিকাতাদা গবর্ণর জেনরেলদা সিংহাসন্দগী তান্থোকপিরে, মণিপুর-সিংহাসন অমুক হন্না ফংহনবিয়ু হায়না রাকেংলে।

ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টনা কুলচন্দ্রবু নিংথৌ ওইহন্নিংলে। টিকেন্দ্রজিৎপুনা বিচার তৌরগা মতিক চাবা দণ্ড পিনিংলমই। ১৮৯০ ইং সেপ্টেম্বর থাগী তাং ২১ গী থোদোক অতুগী দায়ীদি টিকেন্দ্রজিংনি থন্দুনা মহাকপুদা ফাগে হায়দুনা খনখি। মতম অতুগী ব্রিটিশ ভারতকী গবর্ণর জেনরেলদি লর্ড ল্যান্সডাউন (Lord Lansdowne) নি।

আসামগী চিফ্ কমিশনার মিঃ জে, ডবলিউ, কুইন্টন ১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ৭ তা গোলাঘাট-তগী মণিপুরদা খোং-শাল্লকৎলে। মিঃ সিমসন্না থুংলবা মুমিৎ ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ২১ নোংমাইজিং মুমিংকী নুমিদাংরাইদা মিঃ গ্রিমউডনা টেলি-গ্রাম অমা চিফ্ কমিশনারদগী ফংই। মতুগী মরু ওইবা শরুক্তি অসিনি—'I propose to visit Manipur shortly. Have roads and rest houses put in order. Further directions and dates to follow.' অনুবাদ—,ঐ থুনমক মণিপুর ভিজিট তৌগনি। লম্বী অমসুং পোৎথা-শং নিংথিনা



মহারাজা কুলচন্দ্র সিংহ

লাঃ ১১৮।

শেমউ। মতৈ মতৈ মরম অমসুং তারিখ খংহল্লক্কনি'। হন্দক চিফ কমিশনারনা মণিপুরদা লাকপা মসিদা এসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটারী সিভিলিয়ান কসিনস্ (Mr. W. H. Cossins, C. S.) কা মতোপ্পা এসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটারী লেফটেনেণ্ট উডস্ (Lieutenent Woods) কা লোইনরকই। মখোইগী মশ্রোই মঙাম য়েংননবা হায়তুনা নোংমৈ পাইবা গুর্খা-লান্মী ৪০০ লেফটেনেণ্ট কর্ণেল স্কীন (Lieutenent Colonel C. McD Skene)না লুচিংতুনা য়াওরকই।

টিকেন্দ্রজিৎপু ফাননবগী থুজিন-থৌরাং তৌবা অমসুং রা তান্নরুনবগী দমক মিঃ কুইণ্টন-না মাগী মথাদা থবক তৌরিবা এসিষ্ট্যান্ট কমিশনার মিঃ গর্ডন (Mr. Gordon)বু চয়োন অমগী মমাংদনা মণিপুর পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউড্ উন্ননবা থারমই। মরম পুন্নমক খংজিল্লগা গর্ডন সাহেবনা হনখিবদা মার্চ্চগী তাং ১৮ দা চিফ কমিশনারগা লম্বীদা থেংনরে। টিকেন্দ্র-জিৎনা আত্ম-সমর্পণ তৌ হায়বা কদৌঙৈদসু য়ারোই, মহাকপু নমতুনা ফাবা হায়বসিসু মরাইবা থবক নত্তে—হায়বসি মিঃ গ্রিমউড্না মিঃ গর্ডনদা হায়রকপা মতুংইন্না মিঃ গর্ডনসু চিফ কমিশনারদা অতুম্না মতমলে। মিঃ কুইণ্টন-না করি করম তৌরগা যুবরাজবু ফাবা য়াগদগে হায়না অসুম থন্‌বদা— গবর্ণর জেনরেলগী হুকুম হায়দোক্কবা দরবার অমা তৌরগা মতুদা টিকেন্দ্রজিৎপু ফারগে হায়না লেপ্লে। লেপ্লিবা মরম অসি তাং ১৮ দা মঞ্জুর তৌবিরক্কবা হায়তুনা লাট সাহেবতা

টেলিগ্রাম তৌই। মার্চগী তাং ২১ দা গবর্ণমেন্টস্বু মঞ্জুর তৌরে হায়দুনা টেলিগ্রামনা হুকুম পিরক্লে। কুইন্টন সাহেবস্বু মাগী কাংবুগা লোইননা সেকমাইনা থুংলরে; মিঃ গ্রিমউডস্বু চিফ কমিশনার উন্নবা সেকমাই ভন্ন লাক্লে। যুবরাজ ফাবগী মরম খন্নরগা মিঃ গ্রিমউড ইম্ফালদা হল্লক্লে। মুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা সেকমাইদা লৈরম্বা মীশক্তি—আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডবলিউ, কুইন্টন (Mr. J. W. Quinton), মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ এফ, সেন্ট, ক্লেয়'র গ্রিমউড (Mr. F. St. Clair Grimwood), এসিষ্ট্যান্ট কমিশনার লেফটেনেন্ট গর্ডন (Lieutenent Gordon), কমিশনারগী এসিষ্ট্যান্ট সেক্রেটারী কসিনস্ (Mr. W. H. Cossins), এসিষ্ট্যান্ট কমিশনার মিঃ উডস্ (Mr. Woods), আসাম টেলিগ্রাফ ডিপার্টমেন্টকী মিঃ মেলভিল (Mr. Melville), অমসু উইলিয়মস্ (Mr. Williams), কর্ণেল স্কীন (Colonel C. McD. Skene), ক্যাপ্টেন বুচার (Captain Buchar), লেফটেনেন্ট চ্যাটারটন (Lieutenent Chattarton), এডজুটেন্ট লেফটেনেন্ট লুগার্ড (Lieutenent Luggard), মেজোর টি বইলো (Major T. Boileu), লেফটেনেন্ট, ডবলিউ, এইচ, সিম্পসন (Lieutenent W. H. Simpson), মতম অদুগী সমর-সদস্যগী মথুড়ানা পোকপা লেফটেনেন্ট ব্রকেনবরী (Lieutenent Brokenbury), ডাঃ কালভার্ট (Dr. Calvert) মথোই অসিদা নত্তনা গুর্খা লান্মী ৪০০, খানসামা অমসুং শৈসনচিংব য়াওরমই।

চিফ কমিশনারনা মণিপুরদা থুংলক্লিবগী থবা-মথাই অমরোমগী মমাংদগী হৌনা শূরচন্দ্র চিফ কমিশনারগা লোই-নরক্লে, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফাবা লাকলে হায়দুনা তোকঙা অমা ঙাংনরকই। তোকঙা অসিগী মথক্তা শূরচন্দ্রনা বড়লাটতা দরখাস্ত থাদুনা রা নোম্বগী পাওস্মু কুলচন্দ্র মহারাজনা ইতৎ-তত্তনা ফংলমই। মসিগীস্মু মথক্তা টিকেন্দ্রজিৎপু নুংশিবা কলিকাতাদা লৈবা মরূপ-মপাং অমনা টিকেন্দ্রজিৎতা টেলিগ্রাম অমা তৌরকই, মরোন্দি—মণিপুর কৈজাও অমা থাওদা নমদুনা থুনা ফারগনি ("A large tiger is shortly to be bagged in Manipur.") মণিপুর দরবারনা য়াম্না চিংনরদুনা চিফ কমিশনারনা লাকপদা শূরচন্দ্র লোইনরকপ্রা হায়দুনা কুলচন্দ্র মহারাজনা চিফ কমিশনারদা চিঠি ই, চিফ কমিশনারস্মু লোই-নরক্তে হায়দুনা থুম্লকই। মসিগী অচুম্বামক্তা থংগে হায়বগী দমক মহারাজ স্না য়াথং মতুং ইন্না রাজকেরাণী বামন চরণ মুখোপাধ্যায়* না কলিকাতাদা লৈখিবা মৈতৈ গোলাপসিংহদা টেলিগ্রাম তৌদুনা শূরচন্দ্র কলিকাতাদা লৈরিব্রা হায়দুনা হংখি, কলিকাতাদা লৈরি হায়দুনা টেলিগ্রাম হল্লকই।

তাং ২২ গী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা ইম্ফালদা থুংলগনি, থুংলবগা দরবার তৌগনি, মদুদা নিংথৌ মচিন্মনাও অঙম-অথৌনচিংবা লোইনা তিনগদবনি—হায়দুনা মার্চ্চগী তাং

*বামন চরণ মুখোপাধ্যায়—পীং ঈশ্বরচন্দ্র মুখোপাধ্যায়, জাতি—ব্রাহ্মণ, চহি ৩৮, রাজকেরাণী।—আপীল।

২১ দা চিফ কমিশনার সাহেবনা সেকমাইদগী চিঠিনা মহারাজ কুলচন্দ্রদা থংহল্লকই। তাং ২১ দি একাদশীগী উপবাস নুমিৎনি, তাং ২২ সু দ্বাদশীগী পারণা নুমিৎনি, চিফ কমিশনার ওক্লুগদবা নৈবনা দরবার তৌবা খরা খুয়োনগদ্রা থন্দুনা তাং ২৩ দা দরবার ফমনবা হায়দুনা অঙম-অথৌ থাদুনা পলিটিকেল এজেন্টা থংহল্লুই ; পলিটিকেল এজেন্টনা চিফ কমিশনারগী হুকুম ইন্দবা ঙমদবনিনা তাং ২৩ দা দরবার ফমসি হায়বা করিসু য়ারমদে। টিকেন্দ্রজিৎতি মতম অসিদা হকচাং কয়া নুংঙাইরমদে, অদুগী মথক্তা একাদশীগী ব্রতগা কংলি নুমিৎ অসিগী অয়ুক্তা লাম্মী পুদুনা চিফ কমিশনারবু ওকপা লেংঙুই, চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টনগা উন্নরুই ; মফম অদুদদি টিকেন্দ্রজিৎপু ফাননবগী করিগুম্বা থৌরাং অমা তৌরমদে।

১৮৯১ ইং মার্চ্চগী তাং ২২ নোংমাইজিং একাদশী নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডবলিউ, কুইন্টন মাগী কাংবুগা লোইননা ইম্ফালদা থুংলরে। মহাক্কা থুংলবগা তোপ কাপ্তুনা সন্মান উংলি। নোংমাইজিং নুমিৎ ছুটি ওইদুনসু নুমিৎ অদুমক্তদা দরবার তৌগনি হায়দুনা লেপথিবদগী ব্রা হোংখিদ্রে। পলিটিকেল এজেন্সীগী হেড ক্লার্ক রসিকলাল কুণ্ডু*গী মথক্তা গবর্ণমেন্টকী হুকুম তাক্কদবা (Proclamation of the Governmet of

*রসিকলাল কুণ্ডু—পীং কেদারনাথ কুণ্ডু, শ্রীরামপুর, চহি ৪১, পলিটিকেল এজেন্সীগী হেড ক্লার্ক।—দাপীল।



চিফ্ কমিশনার মিঃ কুইণ্টন

পৃঃ ১২৪ ।

India) মতুগী ইংরেজীদগী মৈতৈরোন্দা অনুবাদ তৌবগী ভার পিরমই। কেরাণী অনিনা অনুবাদ তৌরমই। মৈতৈরোন্দা অনুবাদ তৌরিবা কেরাণী অনিমক শন্ত্রী অমমম্না শংলমই। অনুবাদ তৌননবা হায়তুনা পিরিবা চেতুগী রাইহ অমা ফাওবা অতোপ্পা মী অমদা হায়দোক্লোই হায়না হান্ননা রাশকহল্লমই। হায়নখিবা মতমদা দরবার তৌবা নংননবা হায়তুনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অঙোম-নিংথোগা লোইননা রেসিডেন্সীদা লেংঙক্লে। ঙাইগাক লৈরগা রেসিডেন্সীদা কুলচন্দ্র মহারাজসু লেংঙক্লে। মতম অদু ফাওবা 'ঘোষণা-পত্র' অদু শাংগন্বনা অনুবাদ তৌবা লোইদ্রি। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিংতি ঙাইবা ঙমদ্রতুনা হকচাংনগা ঙমদবগা অদুগী মথক্তা ঙরাংনগা মাইল মরি লাপ্পা লেংতুনা মিঃ কুইন্টন ওক্লুবনে ঙমদ্রদুনা হন্থরে। নোংমাইজিং নুমিৎ অদুদা দরবার ফমখিদরে। মিঃ কুইন্টন-না মতৈ অতৈ পুংলোই লোইরবদা টিকেন্দ্রজিৎ য়াওদ্রবদি কুলচন্দ্র মহারাজগা উন্নতুনা দরবার তৌবগী করিসু কান্নবা লৈতে হায়তুনা দরবার অদু মতুংগী নুমিৎ নিংপোকাবা মার্চ্চগী তাং ২৩গী অয়ুক পুং ৮ তাবদা ফম্লগনি হায়তুনা য়েথোকখরে। মহারাজ কুলচন্দ্র-ধ্বজদা মনাও অনিমকপু দরবারদা শোইদনা য়াওহল্লদবা য়াদে হায়না খংহল্লমই। অঙম-মথৌ অপুম্বনা দরবার য়েথোক্লিবসি টিকেন্দ্রজিৎ য়াওদবগী দমকনি হায়না খন্নরমই।

তাং ২৩ দরবার নুমিংনি; অয়ুক পুং ৮ তাবা কান্দা কোন্নুংদগী পাও লাকপে—যুবরাজদি য়াম্না কন্না নাতুনা লৈরে,

য়ুমদগী লেংথোকপা ভমদ্রে; মরম অহুনা মহারাজসু দরবার লেংঙক্ররোই। দরবার ফমদ্রবদা চিফ কমিশনার মিঃ কুইণ্টনগা পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউডকা মথং করি যৌ-থগদগে হায়বহু খন্নরে। নুংথিল পুং মরিরোম তাবা মতমদা মিঃ গ্রিমউডপু যুবরাজ উন্ননবা অমসুং মশানর্গা গবর্ণমেন্টকী হুকুম (টিকেন্দ্রজিৎপু দেশান্তর তৌবা—কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা) তাক্লুনবা কোন্নুংদা থাখরে। টিকেন্দ্রজিৎপু ওন্বমখে আত্ম-সমর্পণ তৌহন্নবা লাক্কবনা মিঃ গ্রিমউডপু কোন্নুংদ থাবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি। দেশান্তর তৌগনি হায়রিবসি পুন্সি চুপ্পা নত্তে, লমচংকী মতুং ইন্না তৌগদবনি, ময়াম্বুং মহারাজ থুপখ্রবদি মণিপুরদা হল্লকতুনা মহারাজ ওইবসু য়াগনি হায়বসি তাক্লুনবগী দমক্তা মিঃ গ্রিমউডপু মাগী মরূপ মিঃ সিম্পসনতগা লোইননা কোন্নুংদা থাখিবনি। পুং মঙারোম তাবা মতমদা মিঃ গ্রিমউডনে, লেফটেনেণ্ট সিম্পসননে, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনে অহুম উন্নরে।

পুং ৬ তাবা মতমদা মিঃ গ্রিমউড কোন্নুংদগী হল্লকলে, যুবরাজ থাঙ্গৈশেংনা কন্না নারে, থবক মঙ্গল ওইদ্রে হায়না তম্নরে। অহিং অহুমা করিসু তৌদ্রে, মার্চ্চগী তাং ২৪ গী নোংঙাল্লমদাইদা মিঃ কুইণ্টনগী হুকুম মতুং ইন্না যুবরাজবু ফাননবা হায়হুনা ব্রিটিশ অফিসারশিংবু লুচিংহন্দুনা যুবরাজগী সঙ্গাইদা লান্মী থাখরে। ১৮৯১ ইংগী মার্চ্চগী তাং ২৪ দা যুব-রাজবু গ্রেপ্তার তৌননবা থারকপা লান্মীগী লুচিংলকপদি ৪৩

শুবা গুর্খা এল্, আই,গী ক্যাপ্টেন বুটচর্ (Captain Butcher) নি। লেফটেনেন্ট ব্রেকেনবরীস্তু লাম্মীশিংগা লোইনরকই। ক্যাপ্টেন চ্যাটারটন ( Captain Chatterton ) না খা-থংবা মায়কৈ পুবগই। নুমিৎ চুপ্পা কাপ্পরে, নাকপাক অনিমক্তা মী য়াম্না শিনরে। লেফটেনেন্ট ব্রেকেনবরী নোংমৈনা থিনা শোকপে, মশা অতু বাজাই খোংবা অম্না অকীবা লৈতনা থাওক্তুনা পুরকলে; বাজাই খোংবা নিপা অসি থৌনা ফবগী দমক্তা অর্ডর অব্ মেরিট (Order of Merit) ফংখি। ব্রিটিশ তুরুপনা য়ুম চংলকপদদি যুববাজদি লৈরমদ্রে। নুমিদাং পুং ৮ তাবা মতমদা ব্রিটিশ বেম্পতগী "সিজ-ফায়ার" (Cease-Fire) হৌরক্লবদা নোংমৈ কাপ্পবা লেপ্লে। মিঃ কুইন্টন-না চিঠি থারবদা কুলচন্দ্র মহারাজনা ঐদি মহারাণীগী সিপাইগা লাল তৌনিংলুবা লৈতে, ব্রিটিশকী সিপাইনা মাংজোননা লাল হৌরকপা মরমদগী ঐগী মীনা মশা কম্লনবা লাক্লজবতনি; ব্রিটিশনা লাল লেপ্লসি হায়রকপদস্তু য়ারিবসিগঙায় হায়না খংহল্লকই। মিঃ কুইন্টনস্তু পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডকা, কর্ণেল স্কীনগা, লেফটেনেন্ট সিম্পসন্গা, মিঃ কসিনস্‌ক লোইননা তাইশিন্নবা দরবার হোলদা চৎলি। তোপ গারদতা হিপ্তুনা লৈরম্বা টিকেন্দ্রজিৎস্তু মিঃ কুইন্টন অমস্তুং মাগী পার্টিগা উন্নবা থোরকলে। উন্নবা মতমদা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংস্তু য়াওরমই। পুংখাই অমবোম চংনা ঙাংনরবদস্তু অসিনি হায়বা অমা লেপ্পা ঙমখিদরে। মিঃ কুইন্টনগা মাগী পার্টিগা চৎলগে হায়তুনা

হৌগৎলক্লবদা তিল্লমলিবা মৈতৈ প্রজা পুম্নমক লাও খেংলক্লে। মখোইনা থোরকপগা মীয়াম অহু মখোই তম্না ফুজিল্লকলে। মখোইগী মরক্তা য়াওরিবা নহা থরা ওইবা ( লেফটেনেন্ট সিম্পসন্নি হায়নৈ ) অমগী মকোক্তা হান্না থাজিল্লবলে, মিঃ গ্রিমউডতনা তানা থিল্লে। মহাক্কি খুদক অহুমক্তদা অহুম শিরে। মিঃ গ্রিমউডপু তানা থিন্দুনা হাৎপা নিপা অহুগী মমিং কাজাও (Kajao) কৌই। মক্তরক্লবদা চিফ পলিটিকেল অফিসারনা মাগী বিচার তৌই। মণিপুরদগী জেনরেল কোলেট ( General Collett ) না সিমলাদা ফোরেন সেক্রেটারীদা ১৮৯১-ইংগী মেগী তাং ২০ গী টেলিগ্রাফতগী থংবা ওমই— কাজাও মশামক্তা য়াথি মহুদি তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিংকী দরবার মতুংদা মীয়াম তিনবদগী দরবার হোলদা হোৎচিল্লকপা অফিসারশিং অহুগী মনুংদা মিঃ গ্রিমউডপু মানা তানা থিল্লি। তমথিনা মীহাৎপগী দোষ (guilty of cruel murder) ওইবনা মেগী তাং ২৫ দা হাৎপা হায়না রায় তাথি। সিমলাদগী ফোরেন সেক্রেটারীনা জেনরেল কোলেতো হাৎপা য়ারে হায়না মেগী তাং ২১ দা থংহল্লকই। সাহেবশিং অহু লোইনা বন্দী লৈরে, মমৈথংদা শংলিংবদা শিন্নথরে। মখোইশিং অদো লোইথোকখরে—'অঙাং ওলহনখরে'। মৈতৈ-পুরাণগী 'শা মাংদা অঙৌবা মকোক তাগনি' হায়বহু থোকখরে। নোংয়াইগী মতমদা মৈতৈশিংনা ব্রিটিশ রেসিডেন্সীদা নোংমৈ কাপশিল্লক্লে, থরা লৈরগা রেসিডেন্সীদা লৈরম্বা মী পুম্নমক লোইনা



কাংলা

লাঃ ১২৭।



মিসেস্ গ্রিমউড

থোদোকখরে। সাহেব হাংখিবা মীশিং অদো মহারাজনস্মু দণ্ডি পিখিদে; যুবরাজনস্মু পিখিবা লৈখিদে। মুমিং খরনি লৈরগা ভারতকী ভাইসরোইদা সাহেবশিং হাংখিবগী থোদোক অতু নোংমৈ কাপ্পবদগী থোকখিবনি হায়না খংহল্লি। মিসেস গ্রিম-উডতি অশিংবা, ফিংদবা নুপী অমা ওইবা মরল্লা গুর্খাগী ফিজেং শেংচিন্দুনা মকোক্তা কেয়েং য়েংশিন্দুনা কাছাড় তান্না চেল্লক্লে। ফিজেং হোংদনা নুপীগী ফিজেং অতুম শেংতুনা চেল্লক্লম্লবদি মহাক ব্রিটিশ ভারত য়োবা ওম্মগনি হায়বা মতম অতুদা চিংনৈ। কাছাড়দা ডিপুটি কমিশনারগী বাংলাদা থুংঙবা চয়োন অমা লৈরগা নোংমা মুমিদাংরাই বন্দী পুম্নমক হাং-তোকখরে হায়বা অচুম্বা পাও লাকলে হায়না শিলংদগী ডিপুটি কমিশনারদা টেলিগ্রাম লাকলে।* ব্রিটিশ রেসিডেন্সীদা নোংমৈ কাপশিল্লকপা মতমদা রেসিডেন্সীদা লৈরম্বা নুপীদি মিসেস গ্রিমউড-তনি, মহাক্না মতম অতুদা ফিংগত্তনা ইংনা থৌনা ফবগা লোইননা অশোক-অনাগী সেবানচিংবা থবক পুম্নমক তৌরমই, মহুগী দমক্তা ভারত্তা ফোংবা অমস্মুং ইংলণ্ডদা ফোংবা পত্রিকানা "মণিপুরগী থৌনাফবী" (Heroine of Manipur) হায়না মিসেস গ্রিমউড-তা থোল্লমই। মিসেস গ্রিমউড জুন

---

*—I was in Deputy commissioner's bungalow when it was handed to him, and made the remark that I disliked bright yellow telegrams as they always meant bad news."

—*Mrs. Grimwood.*

থাদা ইংলণ্ড য়োথরে—উইণ্ডসরদা—স্লম—ল্লভেষ্টি বিল্লাত মহারাণীনা কৌহ্না ব্লারম্ প্রুম্নমক্ লৌহল্লি। মহারাণীনা মাগী থৌনাকবা অহুদা পেনবিরহুনা অহুগা রৈসিডেন্সীদা লৈরিবৈদা অশোক-অনা লান্মীশিংগী সেবা তৌখিংহুগী দমক ভারতেশ্বরী মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা মিসেস গ্রিমউডতা ইংলণ্ড মত্তদা নুপী খরতনা ফংখিবা—'গোল্ডন্ রেড ক্রোশ' (Golden Red Cross) পিহ্নুনা সম্মান তৌহুনা তৌবিমল্ খংবা উংখি। প্রিন্সেস অব্ ওয়েলস্, হার রয়েল হাইনেজ-নচিংবনস্থ সহানুভূতি উংখি। হন্দক মণিপুরদা সাহেব বন্দী হাংখিবগী পাও মসি এলাহাবাদ-তা ফোংবা 'পাইওনিয়ার' (The Pioneer) পত্রিকাগী সংবাদ-দাতানা মণিপুরদগী পাও পিহ্নুনা পত্রিকা অসিদা ফোংহুনা ব্রিটিশ ভারত-তা পাও শন্দোকই।

থোকখিবা থৌদোক অসিগী পাও অসি ভারত সরকার হেক য়োবগা থুনমক লান্মী তেঙ্গোল অহুম মাইকৈ অহুমদা থারকই। অরাংলোমদগী লাকপা লান্মী তেঙ্গোল লুচিংলকপদি জেনরেল কোলেট (General Collett) নি। বর্মাদগী লাকপা তেঙ্গোলদি জেনরেল গ্রাহাম্ (General Graham) না লুচিং-লকই। নোংচুপলোমদগী লাকপা তেঙ্গোলনা ক্যাপ্তেন ম্যাক্স-ওয়েল (Captain Maxwell) সাহেবনা লুচিংলকই। মহাক্কী তেঙ্গোলনা সনা কোম্নুং পাইবা হানখি। খ'-রোমদগী লাকপা তেঙ্গোলগা মৈথৈগী তেঙ্গোলগা অকনবা লান থেংনখি।

নাগা হিলস্ মিলিটারী পুলিশ ( N. H. M. P. ) কী

কমাণ্ডেন্ট ক্যাপ্তেন মেসিনটায়রি (Captain Maintyre) লাক্নী চনি পুহুনা অমসুং ডিপুটি কমিশনার মিঃ ডেভিস (Mr. Davis) কা লোইনদুনা ইম্ফাল লাক্লম্মী। মতুং অদুগী মরাম ময়া য়োরকপায় মতমদা জেনরেল কোলেট (General Collett) অমসুং ৪২ শুবা জি, আর (42nd G. R) দুগী থৌখৎ হায়বা পাও ফংলে। মেসিনটায়রিনা য়েয়ম্বাবু লেইদগী লাক্লগী খায়রমই। জেনরেল কোলেট কমাণ্ডর অমসুং মিহৎশিংনা ইম্ফাল চংলকই। অদুগা লোমদগী লাকপা জেনরেল কোলেটকী লাক্নী লান মতুং থাবরা ইম্ফালদা লৈরমই কমেনদা থৌরকুনা সিপাই থরা শিথি।

অরাং লুসাই চীংগী গোলমাল (১৮৯০-৯৮ ইং) অইনরুবা লোইহুনা ডিব্রুগড়দা হনবা অরবদা মণিপুরদা লাল হৌরে হায়বা পাও ফংলহুনা ক্যাপ্তেন ম্যাক্সওয়েল কর্ণেল রেনিক (Colonel Renick) কী কলম্‌গা শিলচরদা তিন্নরবা নেটিভ অফিসার অনিগা সিপাই ১০০ গা থাখো হায়বা হুকুম ফংলহুনা লাক্লে মখোই মণিপুরগী জুমখৈদা তিন্নরে লাল্মী থন্দি হেড কোয়াটরদা হনখি। নতেংদোল অসিনা ইম্ফাল চংলকপদা থীহনবা খোৎপা লৈখিদে।

ব্রিটিশ অফিসার অমা ৪৩ শুবা জি, এল্, আই (43rd G. L. I.) গী কোম্পানী অনি পুহুনা শিলচরদগী চুন্নগী থিনবগী থবক্তা লাকলমই। মখোইনা লাইমতোল চীং য়োরকপা মতমদা অথাপ্পদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারে। মৈতৈ লাল্লিনা মী

তান্নবা উরে। তান্নরকপা উবদা লৈরমলিবা সান্মীশিংনা নোংমৈ কাপলে। মতুতদা তান্নবা লেপ্তুনা চেনখি। চেল্লকপা মীশিং অসিগা লৈমতাক তুরেল মপান্দা থেংনরে। মফম অসিদগী মহাক মীচেন থিনবা শিলচরদা হনবা তাখি। মহাক্না ইম্ফাল তান্না চংঙক্লম্নবদি গ্রাণ্টকী পিক্লস্থু পিক্না তুমুদা লৈবা তেঙ্গোন অমস্থুং লাংথবান্দ্রা লৈবা তেঙ্গোনগী মতেং পাংবা ঙম্নস্বা য়ানা লৈরমই। গ্রাণ্টনা ইম্ফালগী অবস্থা মওং চাদবা পাও তারতুনা থুনমক তুমুদগী ১২ তরানিথোই শুবা মাদ্রাজ ইন্‌ফেন্ট্রিগী সিপাই ৫০গা ৪২ নিফুনিথোইশুবা জি, আর .(42nd G. R.) গী ৩০গা লোইননা খোংশাল্লকলে। চংশিনবা য়াদতুনা থৌবান্দা হুমিৎ ১০নি লাম্থেংনবদগী জমাদার বীরবল থাপা (Jamadar Birbal Thapa) অমস্থুং লাংথবান্দা লৈবা লাম্মীগা থেংনরে। অসিগুম্বা মতমদা বর্ম্মা কলম্ (Burma Column) ঙাইতুনা হন্দোক্লুনা লৈয়ু হায়বা পাও লাকলে। বর্ম্মা কলম্ লুচিং-লকপদি জেনরেল গ্রাহাম (General Graham) নি।

তুমুদগী লাকপা লান্মীনা মার্চ্চগী তাং ২৫দা পলেলদা থুংই। অস্থুম্না খারোমদগী লাকপা তেঙ্গোল অসিগা মৈতৈগী তেঙ্গোলগা থৌবান অথোকপমদা অকনবা লাল থেংনৈ। সনা য়াইস্কুল লাকপনা তেঙ্গোল শাতুনা লান ঙাকই। লান অতুদা য়াইস্কুল লাকপা তুখি। মথংদা খোংজোমদা অকনবা লান অমুক থেংনৈ। পাওনা মেজর, চোংথাম মিঞা, এংথোইবা

মেজরনচিংবনা খোংজোমদা লাল ঙাকই। পংঙনা মেজব খোংজোম লান্দা তুখি।

মেজর ম্যাক্সওয়েলগী কাংবুনা লাল অতুনা জয় ওইহুনা স্না কোন্নুং ইহান হান্না চংখি অমস্তুং মণিপুরনা জয়গী ফিবান য়ুংখি। মতৌ অস্তুন্না মণিপুর ব্রিটিশ ভারতকী মনুং চন্‌শিনখি।

খেলেন্দ্র সুবেদারনা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজবু ফাহুনা ইংরেজগী মখুত্তা লানশিল্লি।* মতম অদুদা টিকেন্দ্রজিৎতি নাহুনা লৈরমই। মহারাজ কুলচন্দ্র ফাবে, টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ, থাঙ্গাল জেনরেল নচিংবা অঙম-মথৌশিং মথং মথং ইংরেজগী মখুত্তা বন্দী লৈরে। ১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ২১ গী অয়ুক্তা মেজর ম্যাক্সওয়েলগী

*মণিপুরদগী জেনরেল কোলেট (General Collett)না সিমলাদা ফোরেন সেক্রেটরীদা ১৮৯১ ইংগী মেগী তাং ১৪ দা তৌবা টেলিগ্রাম—

"The Senapati was captured after severe struggle by subedar Kalendra Singh, Surma valley, and sepahi Anju Singh, Garo Hills Frontier Police Battalion. They had gone to discover exactly in which cluster of houses the sepahi was concealed prior to a military force effecting capture. The Senapati detected officers, and ran, but was caught by subedar and they rolled together on the ground until sepahi arrived, and after further struggle he gave in was hastily taken the six miles into fort. Great credit is due to these officers for conduct."

—*Correspondence relating to Manipur: P. 9.*

মীনা। জিল্লাওম্ববু গ্রেপ্তার তৌই। মনাংদা ৩৪ শুবা নেটিভ্ ইনফেন্ট্রিগী সিপাই ওইরম্বা কোম্পূদা সেনাপতিগী স্ববেদার ওইখিবা নিরঞ্জন হিন্দুস্থানী অমস্থুং চোংথাম মিঞা মেজর ইংরেজগী মখুত্তা বন্দী লৈরে। নিলমণি-সিংহ ওরফে আয়া পুরেল মেজর, শামু সিংহ ওরফে লুরাং নিংথৌ কর্ণেল অনিস্থু বন্দী লৈরে।

আসামীশিংগী অমস্থুং সাক্ষী সাবোংকী জবান লৌনন-বগী দমক সেণ্ট জোনফার কাউণ্ট মাইকেল, আর, কে, রিজওয়ে মেজর অমস্থুং নাগা হিলস্গী ডিষ্ট্রিক কমিশনার এ. ডব্লিউ, ডেভিস কৌবা ব্রিটিশ অফিসার অহুম মণিপুরদা থারকই। জবান লৌবা মতমদা রূপচাঁদ বসাক্কী মচা মণিপুরদা ললোন-ঈতিক তৌদুনা লৈবা জানকীনাথ বসাক-না দো-ভাষী (Interpreter) গী থবক তৌরমই। ক্যাপ্তেন সেণ্ট জন্ মিচেল-না আদালতকী প্রেসিডেণ্ট ওইরমই।

টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মহাক্কী দোষগী বিচারগী মতমদা মার্শাল কোর্টতা ১৮৯১ ইং জুনগী তাং ৩ দা থাবা দরখাস্তকী কপিদুগী নকল-মক্ মখাদা পিরি—

"মহা মান্যবর শ্রীল শ্রীযুক্ত জস্তের্ণ সাহেব বাহাদুর প্রবল প্রতাপেষু

দরখাস্ত—শ্রীটিকেন্দ্রজিত বীরসিংহ যুবরাজ মণিপুর।

শ্রীযুক্ত জস্তের্ণ সাহেবতা হাইজে ঐগি মোকদ্দমাসি মণিপুর অসিদা উকিল লৈতে মরম অদুনা অনাবুং মোকদ্দমাকি সুত্তাল তৌবাবা

ওমদে লৈপাক আসিদা লারিক হৈমা মী শ্রী জানকি বাবু ১সুং শ্রী বামাচরণ বাবু আনি আসিপু ঐগী মোকদ্দমা আসিতা সুত্তাল জবাব তৌনাপা বাবু আনিপু মুক্তিযার ওইহল নিংডিং মাসি যাবিকৃদি হাইনা নিংঙৈ ইতি।

"সন ১৮৯১, ইং ৩ জুন।"

—Manipur: Compiled from the columns of the Pioneer.

টিকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহনা ১৮৯১ ইং জুনগী তাং ৫ দা ভারত গবর্ণমেণ্টা ঐদি দোষ লৈজদবনি হায়না দরখাস্ত অমা থাই। দরখাস্ত অতুদা অসিস্থ হায়রি—মহাক্কী মথৌনানা অঙ্গামী হাওনা কহিমাদা ব্রিটিশ কর্ম্মচারীশিংবু কোইশিন্দুনা অরাবা পিরবা মতমদা অঙাওবা হাঁউশিংবু মায়থীবা পিতুনা ব্রিটিশ গ্যারিসন কন্থি।

থাঙ্গাল জেনরেলগী বিচার ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ২দা লোইখরে। সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিচার জুনগী ১ লাদা হোই। বিচারগী রায় হাৎপদা তাখরে।

বিচারগী রায়দা অকনবা দণ্ড তারবদা মতম অতুগী কলিকাতা হাই কোর্টকী ফাওরবা এডভোকেট মনমোহন ঘোষ, বারিষ্টর-য়্যাট্-ল ( লিনকোলনস্ ইন্ )* না মণিপুর প্রিন্সেস্—

*মনমোহন ঘোষঃ—

ঢাকা জেলাগী বিক্রমপুরদা কায়স্থ বংশদা পোকপনি। মপাগী মমিংনা রামলোচন কোই। ১৮৬৬ ইংদা বারিষ্টরী পরীক্ষা পি। কলিকাতাদা আঙ্গিন-ব্যবসা তৌহনা মমিং য়াম্না চৎখি।

মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী পক্ষদা ইণ্ডিয়া গবর্ণমেন্টা আপীল তৌই। কোর্টকী রায়নচিংবা কলিকাতাগী "অমৃত বাজার পত্রিকা" দসু ফোংলমই, ইংলণ্ডগী "টাইমস্" পত্রিকাদসু মেজর গ্রাণ্ট-না ইবা চিঠিনচিংবা ফোংলমই। বিচারগী রায় মতু-ইন্না কুলচন্দ্র মহারাজ বন্দী লৈরে। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলবুনা মহারাণীগী বিরুদ্ধদা লান হৌই হায়দুনা কৈথেল অচৌবদা পুথোক্লুনা নুমিৎ অমতদা মতম অমতদা আগষ্ট থাগী তাং ১৩ শগোনশেল নুমিৎ (২৯ শে শ্রাবণ) কী নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ৫ য়োম তাবা মতমদা ফাঁসি তৌই *

আয়াপুরেল মেজর অমসুং লুরাং নিংথৌ কর্ণেল অনিবু অরুম্বা দণ্ডিদগী কন্‌বিখি। টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিধবা সহধর্ম্মিনী লোকমানী দেবী বৃন্দাবনগী রামকৃষ্ণ মিশনদগী থঃ-থাদা লুপা ৩৲।৩৲ ফংদুনা ৱানা মতম লেনখি।†

ব্রিটিশ সরকারনা নরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুংঙো অঙাং ওইরিবা চূড়াচাঁদ সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপলে।

## ৺মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহগী পুন্সিগী অরোইবা শরুক।

১৮৯১ ইংদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী দমক কুলচন্দ্র

*মতম অসিদা মহারাজ শূরচন্দ্রদি কলিকাতা মাণিকতলা (কাঁকুরগাছি) মহারাণী স্বর্ণময়ীগীদা লৈরমই।

†আরাহন, মাঘ, ১৮৫৯ শক, পৃঃ ৪৮৮।



মনমোহন ঘোষ, ব্যারিষ্টর-য়্যাট-ল

ধ্বজ মহারাজবু গোলাঘাট জেলদা, মথংদা তেজপুরগী সেণ্ট্রেল জেলদা থনমই। মতুদগী কলিকাতাদা পুশিন্দুনা আলিপুর জেলদা থনমই। মফম অসিদগী আন্দামান জেলদা থাজিল্লি। আন্দামানদা চহি অহুম থমগা বিহার প্রদেশগী মনুং চনবা হাজারিবাগতা নজর বন্দী ওইনা থাদা লুপা ৭৫৲পিতুনা থনমই। হাজারিবাগতা চহি ২২ কুল্লিথোই লৈরমই। কুলচন্দ্রধ্বজসিংহনা হাজারিবাগতগী অহল ওইরক্লবদা নদীয়াদা নত্রগা বৃন্দাবন্দা লৈহনবিযু হায়তুনা ১৯১৪ ইংদা আসামগী চিফ কমিশনারদা অমসুং হিজ এক্সিলেন্সী দি রাইট্ অনরেবল্ লর্ড হাডিঞ্জ অব্ পেনহার্সট্ পি, সি, জি, সি, এস, আই; জি, এস, এস, আই; জি, এম, আই, ই, ভায়সরয় এণ্ড গবর্ণর জেনরেল অব্ ইণ্ডিয়াদা মেমোরিয়েল থাখি। মতম অতুগী "বেঙ্গলী" পত্রিকাগী সম্পাদক সুরেন্দ্র নাথ ব্যানার্জ্জীনা মাগী পত্রিকাগী ১৯১৪ জুন থাগী তাং ৫গী চেদা অহল ওইরবা মহারাজ নদীয়াদা নত্রগা বৃন্দা-বন্দা থম্বিযু হায়না লাওখি। হাজারিবাগকী মতম অতুগী জোইণ্ট মাজিষ্ট্রেট ডব্লিউ, এইচ, বোইস্, আই, সি, এস (W. H. Boyce, I. C. S.) না ১৯১৫ ইংগী এপ্রিলগী তাং ২৩ দা কুলচন্দ্র ধ্বজসিংহদা খংহল্লি,—কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ বৃন্দাবনগী মনাক্তা লৈবা রাধাকুণ্ডদা লৈবদা আপত্তি লৈতে হায়না আসামগী চিফ কমিশনারনা [illegible] তৌবদদি (১) মণিপুবগী মরমদা থুং থিংজিল্লবদি পিরিবা পারমিশন অসি কক্কনি। (২) মফম হোংবা অসিদা মণিপুর ষ্টেটকী শেন হেন্না

চংহল্লোইদবনি। মরম অনি অসি য়ারবদি য়ারে হায়না ইতুনা পিরকউ হায়না খংহল্লকই। কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহনা ১৯১৫ ইংগী এপ্রিলগী তাং ২৫ দা হাজারিবাগকী জোইন্ট মাজিষ্ট্রেটতা মরম পুম্নমক য়ারে হায়না ইতুনা খংহনখি। জুনগী ১লাদা রাধাকুণ্ডদা হোংবা য়ারগনি হায়না জোইন্ট মাজিষ্ট্রেটনা ১৯১৫ মেগী তাং ৬ তা কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজদা তাক্লকই। রাধাকুণ্ডদা লৈবা মতমদা থা-থাদা লুপা ১০০৲।১০০৲ চামা চামা পিরমই। চহি ৮১ দা ১৯৩৪ ইং জান্যুয়ারী থাগী তাং ২৬ কী নুংথিল পুং ৪ মরিরোম তাবা মতমদা মহারাজ অসি রাধাকুণ্ডদা নোংগাখি।

---

## ১২ শুবা পন্দুপ

## চূড়াচাঁদ সিংহ

গরীবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৫২)

ভৌৱাম শাই

ভদ্রসিংহ (১৮২৫ ইং)

নৱসিংহ

ভগেন্দ্রসিংহ

চাওবীয়াইমা

স্যৱ চূড়াচাঁদ সিংহ, সি, বি, ই ; কে, সি, এস, আই
ডানপী-ঙম্বা, হুয়েল লাংশৈ ফাবা, শ্রীকুণ্ড সেবা বিনোদ
গৌৱভক্তি-ৱসার্ণব।
১৯০৮-১৯৪১ ইং

( পোকপাঃ ১৮৮৫ইং এপ্রিল তাং ১৮ )

( লৈখিদবাঃ ১৯৪১ ইং নবেম্বৱ তাং ৬ )

ব্রিটিশ সৱকাৱনা মণিপুৱ লোই চল্লে। লাল হেক নেমখিবগা মণিপুৱ ষ্টেটকী সুপাৱিণটেণ্ডেণ্ট ইহাল হান্না ওই-খিবদি কর্ণেল এইচ, সেণ্ট, পি, ম্যাক্সওয়েল সাহেবনি। ব্রিটিশনা নৱসিংহ মহাৱাজগী মশু ইবুংঙো চূড়াচাঁদ সিংহদা নিংথৌ খুবম শিন্নৱে, "ৱাজা" হায়বা মিংথোল পিৱে, নোংমৈ ১১ কাপ্পগী ৱাজ-সম্মান ফংলে।

"The Governor-General in Council has been pleased to select you, Churachand, son of Choubi-yaima, to be chief of the Manipur State, and you are hereby granted the title of Rajah of Manipur and a salute of eleven guns.—Sanad.

**Simla: the 18th. Sd./ H. M. Durand**

**September, 1891. Secretary to the Government of India".**

নহা ওইরিবৈ মখৈ পলিটিকেল এজেন্টনা ষ্টেটকী স্থপা-রিণটেণ্ডেন্ট ওইদুনা লৈবাক ঙাকই। ইং শক ১৮৯৫ দগী ১৯০১ ফাওবা আজমীড়গী মেয়ো কলেজদা লাইরিক তমই। ১৯০১ ই'দা লর্ড কার্জ্জন (Lord Curzon) মণিপুর ভিজিট তৌই। আজমীড়দা লাইরিক তম্লিবৈদা শানবা ফবগী দমক্তা তাকমান (Medal) য়'ন্না ফংখি। অসিগী তুংদা ইম্পিরিয়াল কেডেট কোর (Imperial Cadet Corps) য়াওই।

১৯০৬ ইংদা চাংবম ধনমঞ্জুরী লুহোংদুনা মহারাণী ওপই। রাণী শ্যামাসখীনা ১৯০৮ ইংগী জুলাইগী তাং ২৬ তা শ্রীযুং মণিপুরেশ্বর বোধচন্দ্র পোকই, ১৯১১ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৭ তা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত পোকই।

১৯০৭ ইংগী মেগী তাং ১৫ দগী মহারাজগী মাইনোরিটি (Minority) লোইখরে। ১৯০৮ ইংগী ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ৪ দা হিজ হাইনেস মহারাজগী অভিষেক তৌই। ইষ্টার্ণ বেঙ্গল অমস্থং আসামগী লেফটেনেন্ট গবর্ণর স্যর ল্যান্সেলোট হেয়ার

মণিপুর ইতিহাস



থৌজিঙ্গী রেসিডেন্সী

পাঃ ১৪১।



দরবার হোলদা শ্রীযুং মহারাজা চূড়াচাঁদ সিংহ

(Sir Lancelot Hare) সাহেবনা অভিবেক্কী থবক তৌরমই। মণিপুরেশ্বর মহারাজনা লৈবাক্কী শাসন পুরে। দরবার অমা শেমলে, শ্রীযুৎ মহারাজনা দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইরে, লোকেল গবর্ণমেন্টনা ষ্টেটতা থারকপা ইণ্ডিয়াণ সিবিল সার্বিসকী মেম্বর অমনা ভাইস-প্রেসিডেন্ট ওইরে, মৈতৈ মেম্বর তরুকস্থু য়াওরে। ১৯১৬ ইংদা মহারাজনা দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইবা তোক-খোক্লুনা দরবারগী মথক্তা য়েংশিনবা (Supervisory Control) গী থবক পুবা হৌই, ভাইস-প্রেসিডেন্টনা প্রেসিডেন্টকী ভার পুরে। পলিটিকেল এজেন্টনা ব্রিটিশ প্রজাশিংগী দেওয়ানী অমস্থুং ফৌজদারী কেশগী বিচার তৌবা হৌরে।

স্না হাকথক অসিদা মমাংদৈগী চংনরকপা 'লালুপ-কাবা' হায়বহ্ লেপথরে। মাগী মাগী লম ওন্থোক্তুনা শেল ওইনা খাজানা লৌবা হৌই। ১৯১৩ ইংদা পোংথাং, সড়ক থোনবনচিংবা কক্থংখি। হায়রিবা চহি অসিমক্তদা প্রজাদগী লৌ পরিদা (বিঘা ৭॥ দা) খাজানা লুপা ৫৲ লৌহুনা শাসন হৌই। ষ্টেটকী কর্ম্মচারীশিংনা লংফৈ চংপদা বস্তিগী মীনা পোংথাং পুবা, সড়ক থোনবনচিংবা কক্থংখিবদগী হায়রিবা চহি অসিদগী হৌরহুনা প্রজাশিংগী খুদোং চাননবগী দমক লুপা ৫৲ অসিগী মথক্তা ৮৶০ হেন্সংখি। ১৯১০ ইংদা শা-য়ণগী দমক্তা ভেটরিনারি ডিপার্টমেন্ট খুলি। ১৯১৩ ইংদা চীংদগী ঈশিং লৌহুনা ইম্ফালদা তোটি-ঈশিং য়েনবা হৌই। স্না হাকথক অসিদা পুলিশ অমস্থুং জুডিসিয়েল ডিপার্টমেন্ট নিংথিনা

শেমলে। শাসনদা, শিক্ষা বিভাগতা, পব্লিক ওয়াকসতা, সার্ভেদা মতিক চাবা মী-থোরক্লবগী দমক্তা হৈটকী মতেং পিরুহনা মৈতৈ মচাবু মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বা থাবা হৌই।

১৯০৩ ইং অমসুং ১৯১১ ইংগী দিল্লী দরবারদা শ্রীযুৎসু স্না খোংলেংই। ১৯০৪ ইংদা লর্ড কিচনার (Lord Kitchner) মণিপুর ভিজিট তৌই। লর্ড হার্ডিঞ্জ (Lord Hardinge) সু ১৯১৪ ইংগী অক্টোবর থাদা মণিপুর ভিজিট তৌগদবদা য়ুরোপকী লাঞ্জাও হৌরক্লনা লাকপা ঙমখিদে। ১৯১৪ ইংগী আগষ্ট থাদা য়ুরোপকী লাঞ্জাও হৌরক্লবদা ভারতকী নিংথৌরেন্দা হৈটকী লন্থুম পুন্নমক য়াবামথৈ মতেং পাংহনা ভারত সরকারবু সপোর্ট তৌরমই। ওয়ার ফণ্ড (War Fund) চাঁদা পিবদা নত্তনা লুপা ২৮,০০০৲ চংনা মোটর য়্যাম্বুলেন্স মরি অহুগা লুপা ২২,৫০০৲ চংনা অপাইবী (এরোপ্লেন) অমগা মতেং পাংলমই। আসাম মিলিটারী পুলিশকা লোইননা থবক তৌমিন্নরুনবগী দমক মী ৫০ খোমই। একটিভ সার্বিস (Active Service) দা য়াওননবগী দমক ইণ্ডিয়াণ আর্মিদা ট্রেনিং পিহনা মেসোপটেমিয়াদা (Lines of Communication দা) মী থাহনা য়াওহল্লি। হিজ হাইনেস মহারাজনা ফ্রান্সদা থবক শিজিন্নরুনবগী দমক্তা চীং-মী ২,০০০ (Labour Corps) খোমই। মখোইশিং অসি মমাংঙৈদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা কর্ণেল এইচ, ডব্লিউ, জি, কোল; সি, এস্ আই (Colonel H. W. G. Cole, C. S. I.) না লুচিংহনা ফ্রান্সদা

চংখি। ষ্টেট ফণ্ডগী লুপা ১,০০,০০০৲ ইণ্ডিয়াণ ওয়ার লোন্ (Indian war Loan) দা শিজিনৈ, ১৯১৫-১৬ ইংগী লোন্ (Loan) দা লুপা ৩৩,৮০০৲সু শিজিন্নখি।

ফ্রান্সদা লানগী দমক্তা 'লেবার কোর' (Labour Corps) থাননবগী চীংগী মী খোম্বদা য়ানদবা য়াওরক্তুনা ১৯১৭ ইংগী ডিসেম্বর থাদা লাল হৌরক্লে। হাওরান অসি চিংঙাখম স্নাজাওবনা লুচিংলকই। চীংগী হাওশিং ব্রারকুবগী দমক্তা মৈতৈ তেঙ্গোলগা অরাং ঙাখৈ হাওগা পুহুনা মথং মথং ডানপী তান্না স্না খোংলেংই। হাওশিংগা কাপ্নরে, শ্রীযুৎনা লাল ঙমলে, হাওশিং কাইহুনা চেল্লে। ডানপী লানবু ঙম্লকই হায়হুনা "ডানপী-ঙম্বা" কৌই। হন্দক্কী কুকি রেবেলিয়ণ অসিদা বর্ম্মাগী জেনরেল অফিসার কমাণ্ডিংগী মখাদা লৈবা বর্ম্মা মিলিটারী পুলিশকা ব্রিগাদিয়ার জেনরেল অমগী মখাদা লৈবা আসাম রাইফল-গসু থারমই। হাওরান-দা লুচিংলম্বা চিংঙাখম স্নাজাওবা কবোদা নমহুনা ফাই। কুকি লালহৌবদা য়াওরম্বা লুচিংবা মী পুন্নমক ফাগত্তুনা মাগী মাগী মতিক চাবা দণ্ডি পিরে। লৈবাক নিংথিনা শাসন তৌনবগী দমক শরুক মরি থোক্লা থায়দোকলে, শরুক অমনা দরবারগী প্রেসিডেন্টকী মখাদা থমলে, অতৈ শরুক অহুম্না ষ্টেটতা থবক তৌরিবা আসাম এডমিনিষ্ট্রেশনগী সব ডিভিসনেল অফিসারশিংগী মখাদা থমলে।

লান্দা খরচ য়াম্না তৌখিবা মরমদগী সরকারদা ষ্টেটকী চহিগী শেনকা চহি ১০ গী দমক লুপা ৫,০০০৲ দা হন্দরে।

ইম্ফালদগী কহিমা ফাওবা গাড়ী লম্বী শেম্বগী খরচস্থ ষ্টেটপু পুহনখিদ্রে।

লান্দা তেংবাংখিবা অতুদা সরকার বাহাদুরনা পেন্নহুনা ১৯১৭ ইংদা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজদা সি, বি, ই হায়বা মিংথোল পিনরে। য়ুরোপকী লাঞ্জাওদা মমল য়াম্নবা সার্বিস তৌখিবগী দমক্তা হিজ্ হাইনেস চূড়াচাঁদ সিংহ "রাজা"দগী "মহা-রাজা" কারে, তুং ফাওবা মথং মথং পানবা নিংথৌনা "মহারাজা" হায়বা মিংথোল অসি লৌবা য়ারে —

"Sanad granted to His Highness Raja Chura-chand Singh, C. B.E., Raja of Manipur—1918.

*I hereby confer upon your Highness the title of Maharaja as an hereditary distinction for your services in connection with war.*

Delhi, Sd./ Chelmsford

The 1st January, 1918. Viceroy and Governor-General in India'.

মজাইবুংভোহল শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংগবু ১৯১৯ ইং নবেম্বর থাগী তাং ৭ তা রায়পুরগী রাজকুমার কলেজদা থাই। ১৯২০ ইংগী জুনগী তাং ২২ দা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত সিংহ কলেজদা থাই। ১৯২২ ইংগী এপ্রিল থাদা মজাইবুংঙো অনিমকপু ইংরেজী লোল অমস্থং চৎনবী তম্নুনবগী দমক রাজকুমার কলেজগী প্রিন্সিপাল মিঃ ভি, এ, এস্, ষ্টো ( Mr. V. A. S. Stow. ) দা



হাওবান চংকদবগী থৌরাং

লাঃ ১৪৩



হাওরানদা মিঃ হিগিন্সনচিংবা

লাঃ ১৪৩।

শিন্নতুনা ইংলণ্ডদা থা তরুকলোম খাই। ইংলণ্ড য়োরগা লেফ্‌টেনেণ্ট কর্ণেল ই. এইচ. স্বইট (Lieutenant Colonel E. H. Sweet) তা শিন্নরমই

১৯১৫ ইংগী অক্টোবর থাদা ঈশিং ইচাও অমা থোকখি, মহুদা লম্বী-থোং য়াম্না শোকখি, ফৌসু য়াম্না নাংখি। অসি-পুম্বা মেনথংনবগী দমক গবর্ণমেন্ট-তগী লুপা ৩,২৫,০০০৲ পুবা তাখি।. ১৯১৭ ইংগী জান্নুয়ারী থাদা দিল্লীদা হিজ হাইনেস মহারাজ লর্ড চেমস্‌ফোর্ড উন্নবা লেংই। ১৯২১ ইংগী ফেব্রু-য়ারী থাদা হিজ রয়েল হাইনেস দি দিউক অব্ কনোট্ (His Royal Highness the Duke of Connaught) না দিল্লীদা লেংঙকপদা মণিপুরেশ্বর মহারাজস্পু একপা অমস্থুং কুম্মৈ তৌবনচিংবদা য়াওরুই ১৯২১ অমস্থুং ১৯২২ ইংদা অ সামগী চা বাগানগী কুলিগী গোলমান অমস্থং আসাম বেঙ্গল রেলওয়েগী ধর্ম্মঘট তৌই। থোদোক অসি নেমহন্নবগী দমক ফোর্থ আসাম রাইফলস্‌বু মতেং পাংউ হায়রবদা পল্টন অনি লেফ্‌টেনেণ্ট উইলিয়ম অমস্থং আস্কউইথ (Lieutenant William and Askwith) গী মথাদা সিলেটতা থাখি। মথোইগা লোইননা মণিপুর মহারাজগী পুলিশস্পু থাখি। মথোই অসিনা বদরপুর জংসন ঙাকতুনা লৈরমই। হিজ হাইনেস শ্রীযুৎ মহারাজদি চেম্বার অব্ প্রিন্সেস্ (Chamber of Princes) গী মেম্বর অমস্থু ওইরমই। হিজ রয়েল হাইনেস দি প্রিন্স অব ওয়েলস্ (His Royal Highness the Prince of Wales) না

কলিকাতাদা লেংঙকপদা শ্রীযুৎ চূড়াচাঁদ মহারাজস্থ কলিকাতা" রিসেপসন্ কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা ওকপা লেংই।

১৯২২-২৩ ইংদা ষ্টেটকী খাজানা লুপা ৭,৫৬,২৮৯৲ (ঈশিং খাজানা লুপা ৯,৭৮৪৲ য়াওনা) থোকই ১৯২৪ ইংদগী কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা ম্যাট্রিক পরীক্ষাদা মৈতৈলোল পরীক্ষা পিবা হৌই।

মসি হাকথক অসিদা জোনষ্টোন স্কুল হাই স্কুল ওল্লি। অনাশং, হিদাক-শং, ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস লিঙ্খৎলি। ইলেকট্রিক থাওমৈ থানবা হৌই। মণিপুর নিংথিনা শাসন তৌবগীদমক্তা ১৯৩৪ ইংগী জানুয়ারী থাদা "কে,সি,এস্,আই" হায়বা মিংথোল ফংই। শ্রীযুৎ মহারাজ চারিধাম দর্শণ তৌবা লেংই। ১৯৩৭ ইংদা শ্রীযুৎকী গৌরভক্তিদা থল্লাই লুপ্পা উবদা নবদ্বীপকী বৈষ্ণব সম্প্রদায়না শ্রীযুৎপু "গৌরভক্তি-রসার্ণব" হায়বা মিংথোল পিরকই। ব্রহ্মসভানা ধর্ম্মগী মরীদা লৈবাক রায়েল্লি। শ্রীযুৎনা রাধাকুণ্ডদা মন্দির অমা কৎল্লি। মণিপুর মহারাজ চূড়াচাঁদ সিংহনা শেল পুথো'কপিদুনা ব্রজমোহন দাসতা শিন্নদুনা সন ১৩১৮ সালদা শ্রীরাধাকুণ্ড পরিক্রমাগী লম্বী শেম্বি, শকাব্দ ১৮৩৪ দা শ্রীরাসমণ্ডল শেমই। স্যর চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কৎলম্বা শরিক অনি কাইরদুনা শ্রীযুৎনা অনৌবা শরিক অনি অমুক কৎল্লি। ১৯৩৩ ইংদা মসি কোন্নুংদা পাথংবা হরাওই। ১৯৪০ ইং ডিসেম্বরগী তাং ২৪ দা আহম নিংথৌশিংগী ইরোই লোইবা কোন্নুং যোরহাট-তা তৌখিবা আসাম-শক্তি-মেলা (Assam

Olympic-Games) দা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা সভাপতি ওইবিথি। মসিদা মণিপুরনা টিম চেম্পিয়নশিপ ফংলকই। শ্রীযুৎ মহারাজন্দি শান্নবদস্ যাম্না থরাই য়াওই। শ্রীযুৎ মহারাজ অমসুং মণিপুর দরবারনা 'মণিপুর ফাইটর প্লেন' ( Manipur Fighter Plane ) অমা লৈননবা ৫৮,০০০৲ পুথোকই।* ১৯৪১ ইংগী সেপ্টেম্বর থাদা মণিপুর সিংহাসন থাদোক্লুনা নবদ্বীপতা লেংশিনখি। নবেম্বর থাগী তাং ৬ তা বাংলা দেশগী যমিং চৎলবা তীর্থক্ষেত্র শ্রীধাম নবদ্বীপতা মহারাজ নোংগাথি। মণিপুরেশ্বর মহারাজ নবদ্বীপতা লৈতরে হায়বা পাও অসি কলিকাতাদা ফোংবা ষ্টেটস্‌ম্যান-নচিংবা খবর কাগজনা শন্দোকই।

মহারাজ অসিগী স্না হাকথক্তা মাংব-শেংবগী য়াথোক অচৌবা অমা থোকখি। ১৯৯ ইং ডিসেম্বরগী তাং ১২ দা চেং থাবগী মরিদা স্নুপীগী অন্দোলন অচৌবা অমা থোকখি। মসিবু 'নুপী লান' হায়রগা খংনখরে। মতম অসিদা মহারাজদি নবদ্বীপতা লেংখিরমই।

মণিপুরেশ্বর চূড়াচাঁদ স্না হাকথক্তা মৈতৈলোন অমসুং মৈতৈ-সাহিত্যগী চাওখৎপগী যুগ ওইখি। মৈতৈ ইমারোন্দা ঈশৈ শকপা, ভারত লীলা, গৌরলীলা, রাসলীলা শান্নখিবা অসি শ্রীযুৎ স্না হাকথক্তনি।

*ষ্টেটস্‌ম্যান, ১০-১২-৪১ ইং মশিং।

## ১৩ শুবা পন্দুপ।

# মণিপুরেশ্বর শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহ

(হুয়েল-কৈরেল লাহৌবা)

মপাবুং মহারাজনা থুর্পখ্রবদা শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহনা মহারাজগী খুবম ফংতুনা লৈবাক ঙাকপা হৌই। ১৯৪২ ইংগী জানুয়ারী অমসুং ফেব্রুয়ারীদা ব্রহ্মদেশংগী লানজেল্লকপা অয়াম্বা মণিপুরগী মহারাজ অমসুং মহারাণীনা পিজ-পিথকখি। শ্রীযুৎ মনা হাকথক্ অসিদা মণিপুরদা ব্রিটিশকা জাপানগা অকন্বা লাঙ্গাও থেংনখি। জাপানশিংনা ব্রহ্মদেশ দখল তৌরগা মথং মথং ভারত লৌশিনগে হায়বা আশা তৌদুনা লাম্মী ডিভিসন অহুমগা লোইননা ইম্ফাল পাংনা ফুজিল্লকই। ১৯৪২ ইং মেগী তারিখ ১০ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংসমদাই মতমদা জাপান্না ইম্ফালদা বম থাদৈ, তাং ১৬ থাংজা নুমিত্তা অমুক্কা হল্লি। এপ্রিলগী তাং ২০ অমসুং ২১ দসু ইম্ফালদা বম থাদৈ। মণিপুরদা অকনবা লানফম্ ওইখি। জাপান্না মণিপুরদা লান্দারকপা মতমদা মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইম্ফাল কোন্নুং থাদোকখিদে।*

---

*"When Manipur State was threatened by the Japanese the Maharajah refused to leave his capital, Imphal."

—*The Statesman, 30. 9. 44.*



মাহারাজা স্যার চূড়াচাঁদসিংহ, সি, বি, ই; কে, সি, এস, আই

পৃঃ ১৪৮।

তাং ১৯।৭।৪৪ ইংগী "চয়োনগী পাউ" মাপন্ন শুবা মণিং-দগী ঐখোইনা খংবা ঙমই—"জাপান্না লান্তারকপা মাইথীবা পীরে। হৌজিক মণিপুরগী তম অমস্তুং অকোইবদা লৈবা চীং-শিংদগী জাপানশিংনা মতুংলোমদা হন্দোক্লি। * * * জাপান্না ভারতা লান্ত'নিংলমই অমস্তুং লৌশিন্নিংঙমই। মখোইনা মাইকৈ অহুমদগী, নোংপোকলোমদা উখ্রুলদগী, মৈরমদা তুমু-রোমদগী অহুগা মথারোমদা টিডিমলোমদগী ইখং থংহৌদনা লান্তারকই। অহুম ফাংনা চংশিল্লকপা অাস য়াম্না শক্ত কল্লমই। অমস্তুং নিংথিনা থবক পাংথোকখি। মাখোইনা থুনমক ভারতকী সীমা লানশিল্লকই অমস্তুং ভারতবর্ষদা লান্তাহুনা মণিপুর ষ্টেটতা মাখোইগী ফিরান যুংখি।* * * * অহুম ওইনমক ঐখোইগী লান্মী তম্পাক্তা পৈশিল্লমই। অওইবমক ডিমাপুর লম্বী থিং-খিরমই অহুম ওইনমক পোৎচৈ পুরকপা ঙমদবগী খুদোং থিবদি অতিয়াগী তৌবা ঙম্বা শক্তিনা কল্লমই। ইম্ফান্দা তৌবগুন্না ভারতকী মফম কদাইদম্ব অতিয়াদা পোৎচৈ অস্তুক য়াম্না হোনখিদ্রি। ঐখোইনা লান্তাররিবা য়েক্লবশিংবু শিবনখৈ থিংনবা তুমু অমস্তুং টিডিমদা অহুম লৈরম্বা থেংক্লবদা নংগদবা লম্বী অমস্তুং পোৎচৈ পুথোক পুশিনগী খুদোং থিবা ময়াম

---

*It is stated that he (Shah Nawaz) was the first to plant the Indian National flag on the Indian soil in Manipur."

—*Hindusthan Standard, Nov. 5. 1945.*

অদু জাপানশিংনা খাংবা ত্যাখি। লম্বী ফত্তে, চীঙ্গাক তাংই, নোংজুথা চংলকলে অদুগা চীংদা লৈবা মীশিংনা জাপানবু নুংশিদে। ঐখোইনা মাখোইগী এন্নবুদা মণিপুরগী তম-খুরা অমিদা ঙাকপা তারমই। ঐখোইগী পনশিং কল্লমই, মরমদি ঐখোইগী লম্বী করি অমত্তা চাইথোকল্লমদে। * * অহানবদা ভুংহল্লা লাকপগুম তৌরম্বা অদুনা মমৈদদি ঐখোইবু কনখিবা খ্বাইদগী হেন্না ফবা মরম অমা ওইরে। হৌজিক্কি লানগী ফিরানে মমাই ওল্লে, য়েকনবগী লাইবক ফবা মতম লোইরে। ঐখোইগী লানমনশিং থুগাইনবা অরেম্বদা হোৎনবদা য়েকনব-শিংগী অকিবগী মশক ফংনা মাংখি। অদুদগী মাই পাকপগা লোইননা লমাংদোং লম্বীদা লাম্বারে অমসুং জাপানগী লানবন মতুং ফাওবা নমথাইরে, চৈফু অসিদা জাপানগী ডিবিজন অদু নৈহংখি। * * * অকনবা লান শোক্লরবা মতুংদা কোহিমা দগী জাপানশিংবু তাম্হোকখি। অদুদগী জয় ওইরবা লাল্মীশিং অদিনা লম্বী অসিদা মখা পাংনা চংথরকই। মতম অসিদা ইম্ফাল ঙাকল্লম্বা লাল্মীনা অরাংলোমদা লম্বী অসিদা চংথংখি। য়েকনবনা থিংলম্বা অদু মচোই মচোই থুগাইখি। অদুদগী মাংখৈগী লাল্মীশিংনা চাইখাইরদুনা অমসুং নিংবা কাইরদুনা চীংলোনদা চংশিনখি। ব্রিটিশগী লাল্মী তেঙ্গোল অনি উনরে অমসুং লম্বী হাংদোকলে। চীংলক্তা উখুল পাংনা চংখিবা লাল্মীশিং অদুসু অসুমনা নাই পাকখি। মাখোইনা জাপানগী মখুত্তগী উখুল লৌশিল্লে।”

ব্রহ্মদেশগী লান হেক লৌইখিবগা পৃথিবীগী [redacted] ইম্ফালগী রাতা ডাংনরমই। মরমদি ইম্ফাল পা[redacted]মীনা ভারতবর্ষদা লান্দারকপদা নত্রগা ব্রহ্মদেশদা লান্দারু[redacted]দোং য়াম্না চাই।* ইম্ফালনা খুদোং চাবা মফম [redacted]টিশ অমসুং মিত্রপক্ষনা নিংথিনা ঙাকখি, য়েকনবশিংনসু মফম অসি পান্দদগী মাইকৈ সোমদা শাফু কন্না ফুজিল্লকই। ১৯৪৪ ইং এপ্রিলগী তাং ২০ গী "ষ্টেটস্‌ম্যান"দা ইরি—"* * * Jap is restlessly knocking at all the doors to find one unlocked which will give him entrance to Imphal." জপানশিংনা পোৎথাবা লৈতনা করিগুম্বা ইম্ফাল চংনবা লোন্দবা থোং লৈরিব্রা হায়বগী দনক্তা থোং পুম্নমক থিন্দুনা য়েংলি। এপ্রিলগী তাং ২৫ গী "ষ্টেটস্‌ম্যান" দগী খংবা ঙমই—ইম্ফালদগী উথল ফাওবা মাইল কুনথ্রা অসিগী মনুংদগী জাপানশিং তুং হনখরে, ফ্রোন্ট অসিদা হাৎহৌবা জাপানগী মশিংদি ৪,৯০০ নি। জাপান কয়া কয়া হাৎলে, লিশিং কয়া কয়া শোকখরে, অতুসু অমাংবদা নত্তনা মাখোইগী করিসু তোংজবা লৈখিদে। মেগী তাং ২ গী "ষ্টেটসম্যান"দগী অসিসু খংবা ঙমই—কংলাতোংবীগী অরাংদা মিত্রপক্ষগী লান্মীগা য়েকৄবগী লান্মীগা থেংনৈ। উথলদা ১৬ শুবা পাঞ্জাব রেজিমেন্টকী লান্মীনা য়েকৄবগী মহাম তাহল্লমই। তাং ৩ গী পাওদগী এখোইনা

*"Whoever holds Imphal holds the weapon which can be turned towards India or Burma."

থংবা ওমই—এপ্রিলগী তা ৩০ গী অহিংদা য়েকনবগী কংবুনা পলেলদা লান্দারকই, মথোইবু থীনা ভংহোকখি। উখ্রুল ময়াদা স্কটিশ লান্মীনা য়েক্লববু য়ান্না নংহনখি। জাপানশিংনা টিডিম রোড ফাওজিন্নক্লুনা মোইরাং তারমগ, মে থংগী থ কৈদা লান্মী থোমজিল্লমই অমস্তুং পোংশংবন লৌশিল্লমই। মেগী তং ১৫ গী পাওদগী থংবা ওমই—ব্রিটিশকী লান্মীনা পোংশংবন হন্দোকলে। কহিমাদগী জাপান তেঙ্গোল তাম্হোকখরে, কহিমাগী লান লোইরে। মুমিং ৪০ নি শোক্লখি। য়েকনবগী লান্মী লিশিং অহুম-লোম শিখি। মেগী তাং ২৬ তা ব্রিটিশকী লান্মীনা মোইরাংগী মথাদা লৈবা য়েকনবগী তেঙ্গোল শারম্বা মফম অমা লৌশিল্লে। জাপানশিংনা মরাবা কোঙ্গাই থাংহুনা ইম্ফাল চংগে লাক্লরমই। ইম্ফাল-কহিমা রোড থিংখিরমই। কহিমাগী লান লোইখিবগা লম্বী ফাওরে। য়েক্লবশিং পলেলদা, উখ্রুলদা, টিডিম বোড-তা মাইথীবা ফংলে, নীংহন্ননা চেনখরে। ব্রিটিশ অমস্তুং মিত্রপক্ষনা জয় ওইরে। লান ওম্লবদা মণিপুরদা চাওনা লানঙম্ উৎসব (Victory Celebration) তৌরে। প্রজা পুম্বা নুংঙাইরে। আসাম রিলিফ মেজর (Assam Relief Measures) না ওম্বামখৈ প্রজাগী মতেং পাংলে।

১৯৪৭ ইংদা মণিপুর ষ্টেট ভারত য়ুনিয়নদা তিল্লে। হায়রিবা চহি অসিগী জুলাইগী তাং ১ দগী মণিপুর ষ্টেট দরবার কৌবা তোক্লুনা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল কৌরে। দরবার মেম্বর হায়বা ফম্ অদু তোক্লুনা মিনিষ্টর হায়না ফম্ হোংলে। চহি

অসিগী অগষ্টগী তাং ১ দগী পলিটিকেল এজেন্টনা শিল্লম্বা মৈর্ব্বাক মচানা মণিপুর চংবদা পিবা পাশগী থবক্তু মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিলগী হেম্ মিনিষ্টরগী খুত্তা লাকলে।

১৯৪৭ ইংগী আগষ্ট থাগী তাং ১৫—ভারতবর্ষগী ইতিহাসদা ফাওতুনা ময়েক ল্লানা ইতুনা লৈহৌরগদবা নুমিৎ—অসিদা ব্রিটিশনা ভারত থাদোকপগা অমস্তুং ভারতনা স্বাধীন ওইবগা লোইন লোইননা মণিপুরদসু কুইনা মংলুরবা স্বাধীনতা হৌজিল্লকলে। মণিপুরদা ব্রিটিশনা চহি ৫৬ (১৮৯১ইং-১৯৪৭ইং) পাল্লকপা লোইরে। মৈতৈ পুরাণগী 'নোংমৈ মখোল থোক্লোই' হায়বতু ওইররে। পলিটিকেল এজেন্ট হায়বা ফম্ লৈতরে, মতুগী মহুৎতা য়ুনিয়ন এজেন্ট হায়না মিং হোংলে। তাং ১৫ গী স্বাধীনতা-দিবস অসিদা য়াইফরেন য়াইফবা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজা বোধচন্দ্র সিংহনা কাউন্সিল হোলগী মমাংদা অমস্তুং স্না কোনুংদা পাখংবা ফিরাল হায়গৎলি।* কংলাদা পূজা তৌই। হান্নগী লৈরম্বা মিনিষ্টরশিং অদু হোংতুনা লংদাই সরকার অমা শেমতুনা অনৌবা মন্ত্রীশিংনা শ্রীগোবিন্দগী মফমদা, শ্রীযুৎকী মফমদা, প্রজা অয়াম্বগী মফমদা অকায়বা তৌরোই হায়না রাশকুনা লৈবাক্কী শাসন পুবা হোই। মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইরম্বা, মতম্ থরা মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিলগী

* ১৯৪৭ ইং মার্চ্চগী তাং ১০ দনা শ্রীযুৎনা স্না কোনুং দরবার হোলদা লেংথোকতুনা পাখংবা-ফিরাল হায়গৎলি অমসুং লাকদোরিবা অনৌবা শাসনগী মরীদা সনা য়াথং লাওথোকপিখি।

চিফ্ মিনিষ্টর্ ওইরম্বা ক্যাপ্তেন এফ্, এফ্, পিয়ারসন্ বিদায় লৌখরে। ক্যাপ্তেন মহারাজকুমার শ্রীযুক্ত প্রিয়ব্রত সিংহ, বি, এ-না মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিলগী চিফ মিনিষ্টর্গী থবক পুৰা হৌই।

শ্রীযুং মণিপুরেশ্বর মহারাজনা লৈবাক্কী শাসন ভার পুরকপদগী হৌনা লৈবাক্কী দমক হোংনবিরকপগী মরমদা প্রজা পুন্নমক্তা ১৯৪৭ ইংগী আগষ্টকী তাং ২৮ দা সনা য়াথং লাও-থোকপিখি। সনা য়াথং অসিদগী থংবা ওমই—হৌখিবা লাস মনুংদা লৈবাক্তা চাফম থকফম অমদি শিফম নাফম খঙদনা রানা লেল্লিবৈগী মথক্তা মিলিটারীনা লালগী দমক ষণ হাংপা তারে অমসুং 'মার্সিয়েল লো' (লালগী আইন্না ওাকপা) চংপা তারে হায়রকপা অমদি মণিপুরগী মফম খরদা ষণখোম্বা ফাওবা হৌরক্লবদা ধর্ম্ম অমসুং প্রজাগী দমক থরায় থারবসু য়াবা ওম্লোই থরায় লৈরিবমখে অনি অসি লৈজবা পাঙ্গন্না মথিং-লগনি হায়না গবর্ণমেণ্টকা মনুং অমসুং মপান্দা ইন্নরকপদা শ্রীযুংকী অরেপ্পা পুকচেন্না ওমলক্লুনা অনি অসি তৌগিদবনি। পরীদা খাজানা লুপা ১২৲ (তরানিথোই) থীরম্বদগী দরবারনদি তাররোই হায়রবমক্তদা শ্রীযুংনা প্রজাগী অরাবা য়েংহনা লুপা ৯৲ (মাপল) দা তাহনবিখিবনি।

**শ্রীযুং মণিপুরেশ্বর মহারাজগী সনা য়াথং—**

"শাসন ভার অসি ঐখোন্দা ভাবে হায়রহনা ঐনা ঐগীতা অমসুং

থোইদোকপা মা খাংবু অমতগী য়েংহ্নুনা শীনগদবা নত্তে, খ্বাই প্রজান য়ানিংবা মওং অত্রম্ভা শীনগদবনি ঃ"

"ঐনা প্রজা পুম্নমকপু খংজবা খংজদবা নাইদনা চপ মান্ননা উজ্জে লবায় হায়বা ইম্ফাল হায়বা নাইদনা চীং, তম, জাৎ, ধর্ম্ম থায়দনা মটং হৈবা, হৈতবা থায়দবা লৈপাকনা য়াবা মীতনা শাসনগী শরুক য়াব ঐনা পামজে।"

"—ঐনা প্রজাগী মঙ্গোলগী রাথন্না মাঙংইননা অহুগা ইশাগী রাথন্না তুংংইননা থমগনি।"

মণিপুর অসি স্না হাবথক অসিদা তহশীল ৫ মগা থোক্না থায়দোকই।—

(১) ইম্ফাল নোংপোক তহশীল (২) ইম্ফাল নোংচুপ তহশীল (৩) বিষ্ণুপুর তহশীল (৪) থোবাল তহশীল (৫) ময়াং ইম্ফাল তহশীল।

শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজদি মৈতৈ-সাহিত্যদা য়াম্না থরাই য়াওই। 'শিঙেল-নাগোম' হায়বা শৈরেং-লাইরিক অসি শ্রীযুৎনা লেংবনি। স্না হাকথক অসিদা মণিপুরদা 'ধন মঞ্জুরী কলেজ' লিংই।

---

# মণিপুর অমসুং পৃথিবীগী অনিশুবা লান্থাও

(লাল্লোং শল্লপ্না উৎপা)

১৯৪৪ ইং মার্চগী তাং ১৬ তা জাপানী ডিভিজন অহুম চিণ্ডুইন তুরেল লান্দুনা হোমলিন অমসুং থাংডুত য়োংকই। তাং ১৭ তা ইম্ফালদা বম থাদে। চয়োল অমা লৈরগা উখ্রুল য়োশিল্লকলে, মখোই তাং ২৭ তা ইম্ফাল চংগে নিংলমই। সাংসকৃতা মখোইবু নেপালী তুরুপ অমসুং প্যারাচ্যুট ব্যাটালিয়ন-না থিংলমই। অহুদগী নুমিৎ নিনি হুমনি লৈরগা শংশুংগী নোংপোক্তা চীংখোং য়োরক্লে। মফম অহুদা ২৩ শুবা ইণ্ডিয়ান্ ডিভিজন-না মখোইবু থিংলমই। জাপানীশিংনা চংশিল্লক্লবদা ২০ শুবা ইণ্ডিয়ান ডিভিসন পলেলদা হন্দোরকই। ১৭ শুবা ইণ্ডিয়ান ডিভিজনসু চিন-হিলদা লৈবা টিডিমদা লানবল শারমই। মার্চগী তাং ১৩ দা ১৭ শুবা ইণ্ডিয়ান ডিভিসন-না হন্দোরকপদা ৩৩ শুবা জাপানী ডিভিসন-না লম্বী মরক মবক্তা থিংলমই, অহুম্না থিংহুনসু ২৩ শুবা ডিভিসনগী মতেংদগী থোইনা কাইখিদে। মার্চগী ২৬ তা সান্ধ্য-আইন চৎলি। মার্চগী তাং ২৯ দা ডিমাপুর লম্বী ১৫ শুবা জাপানী ডিভিসন-না থিংখি। মথং মথং ইম্ফাল লোমদা হোংচিল্লকই।*

অতিয়াগী তৌবা ওম্বা শক্তিনা ইম্ফাল নিংথিনা ঙাক্লমই। এপ্রিল থাদা জাপানীশিংনা কংলাতোংবীদগী মাও ফাওবা

*লান্নুং অসিদা জাপানী কমাণ্ডার-ইন্-চিফ্ জেনরেল মুটাগুচী (General Mutaguchi) ইম্ফাল য়োরক্লমই।

ডিমাপুর লম্বী অসি লৌশিল্লমই। পল্লেলদা ২০ শুবা ডিভিসন-না নিংথিনা ভাক্লমই। জাপানীশিংনা তেংনৌপল ময়াদা লম্বী থিংলমই। টিডিম রোড-তা মোইরাংগী মখাদা লৈরম্বা ব্রিগেড অতু ইম্ফালদগী মাইল ১৮ থ'প্পা লৈবা বিষ্ণুপুরদা হন্দোক্লমই। এপ্রিলগী থামৈদা বিষ্ণুপুর-অমম্বং পক্লেল এরিয়াদা লাল কন্না শোক্কে। জাপানী কাংবু অমনা বিষ্ণুপুর—শিলচর লম্বীদা ইরং-থোং থুগেক্লমই, মতে'প্পা কাংবু অমনা ইম্ফালদগী মাইল ১০ থাপ্পা লৈবা ঈশিং-কোন্গী মফম্ (Water works) থুগাইরমই। অতৈ অতোপ্পা অমনা হাওচোংদা ভমেল্লোং-লম্বী থিংলমই। জুন থাদা লম্বী থিংলম্বা জাপানীশিং অতুবু তাম্নেকখি।* ইম্ফাল তান্না লাকপা ২ শুবা ডিভিসনগা ইম্ফালদগী চথৎখিবা ৫ শুবা ডিভিসনগা জুনগী তাং ২২দা ডিমাপুরদগী ইম্ফালরোমদা চংশিল্-লকপা মাইল ১০৯ দা থেংনরে। মতৌ অম্মুন্না মথং মথং ইম্ফাল তক্থোকপা লোইরে †

---

*"In Imphal and Burma we have lost the first round in our fight—Subhas Chandra Bose."

—*Hindusthan Standard.*

† ১৪ শুবা আর্মিগী কমাণ্ডর স্যর উইলিয়ম স্লিমনা লণ্ডনদা বক্তৃতাদ। হায়খি—"The remarkable fighting withdrawal of the 17th. Indian Division back to Imphal and the Tenatious defence of Kohima by a small skretch garrison in the early days actually converted the two "miscalculations" into contributory causes of the enemy's complete defeat." —The Times of India; Feb. 9, 1946.

১৯৪৪ ইংগী জানুয়ারীগী তাং ২৩ দা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা ন্যাশন্যাল ওয়ার ফ্রন্ট শেমখি। লৈবাক্তা অরাবা তারবা মতমদা শ্রীযুৎনা প্রজাগী দমক লেপপিখি।* শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজগী রাজ-ভক্তিদা ভারতকী বড়লাট বাহাদুরনা থাগৎলবা পেনবিখি।†

ভারত-তা লান্দারকপা মতমদা মণিপুর ষ্টেট অমসুং মণিপুর প্রজাশিংনা লেংদবা রাজ-ভক্তি উৎখিবা অদুদা বিলাতকী

---

*"I and my people will fight the Japs to the last if he ever attempts to get here. My place is here by the side of my people."

—*Hindusthan Standard, 3. Apr. '44.*

"In the hour of danger I must stand by my people."

—*Hindusthan Standard, 11 Apr. '44.*

†In appreciation of H. H's loyalty H. E. The Viceroy sent the following message:—

**"I send your Highness my cordial congratulations on expulsion of Japanese army from Manipur soil. * * * * I was particulary pleased that your Highness refused to leave Imphal even when capital was under serious threat from every force."**

**—All India Trade Directory & who's who.**

নিংথৌ অমদি ভারতকী নিংথৌরেন তরুকওবা অর্জ্জনা পেন-বিরম্বুনা চহি খুদিংগী মণিপুরনা কারম্বা লোইপোৎ লুপা ৫০,০০০৲ খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ ইংদগী পুম্নকোক্ কোকপিখরে।

আসাম রিলিফ্ মেজরসুগী মনুং চনবা লমদা মহৌশাগী লৈরম্বা ফিবম অদু হঙ্গিলহন্নবগীদমক অমহিক্তি শা-ষণ লৈত্রবদি মহৌশাগী ফিবম হঙ্গিনবা ঙম্লোই খন্দুনা পুকচেল চাওরবা সরকারনা লুপা লক্ষ ১৫ তরামঙারোম তিংহুনা শা-ষণ ৫,৯০০ (সিশিং মঙাচামাপল) দগী হেন্না হায়রিবা লমগী প্রজাশিংদা লেম্না য়েনাখি।

মণিপুরদা অকনবা লাঞ্জাও থেংনরিবৈ মতম থরা চান-থরুবা পোৎচৈ য়াম্না তাংখি। মতম অসিগী ইকনমিক্ হিষ্ট্রি পাম্বশিংগীদমক পোৎকী দর থরা মখাদা পিরি।

## পোৎকী দর।

(১) ফৌ শংবাইদা লুপা ২৫৲ দগী ৩০৲।

(২) থুম সেরদা লুপা ৭৲ তগী ১০৲।

(৩) হঙ্গাম থাও সেরদা লুপা ৫৲ গী মথক্।

(৪) চুরুপ মচৈ তরাগী প্যাকেট অমদা ১৲ দগী ১॥০ ফাওবা।

(৫) মৈথেৎ উপু মগা অমদা ।০

(৬) কেরোসিন টিন অমদা লুপা ৪০৲ রোম।

(৭) বিড়ি মুঠা অমদা ১।০

ঙাদি তাংবনা হায়হুনা কান্নখিদ্রে। 'ঙাদি চেদা য়েক্লে'

হায়নথরে। পানা মং' অমদা লুপা ১৲ য়োৎখরে। মতম থরা অসি অতাং-থানি। ঃঃান্নুং অসিদা মণিপুরদা শেনগী ঈচাও অমা চংহৌই।

লাপ নেম্লবদা ১৯৪৫ ইংদা মং' কোন্নুংদা পাখংবা হরাওই। খুল খুল খুদিংদম্ম উমং-লাই হরাওই।-

লানগায়রবা মতুংদা ১৯৪৬ ইংগী জানুয়ারীগী তাং ২৪ শগোলশেল নুমিংকী নুমিদাংরাইরমদগী থ্বাইরম্বন্দ বৈথেল কাবা হৌই।

---

# অরোইবা শরুক।

## (১)

### ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীদা গৌরশ্যামনা জয় সিংহ মহারাজগী পক্ষদা পিগে হায়না য়াখিবা পোৎশিং—

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| (১) | মুগা (সিল্ক) | মণ | ১০ সেরদা | লুপা | ৫৲গী | হিংদা | লুপা | ২,০০০৲ |
| (২) | য়োৎ | ,, | ১০০০ মণদা | ,, | ৪৲গী | ,, | ,, | ৪,০০০৲ |
| (৩) | কোপাস(Copas) | মণ | ১০০মণদা | ,, | ১৷৷০ | ,, | ,, | ১,৫০০৲ |
| (৪) | মেক্রুক(Dammer) | মণ | ১০০০,, | ,, | ১৷০ | ,, | ,, | ১,৫০০৲ |
| (৫) | উড ওয়েল(Wood oil) | মণ | ১০০০,, | | ১৷৷০ | ,, | ,, | ১,৫০০৲ |
| (৬) | খোইক্ (Wax) | মণ | ৫০০ মণদা | লুপা | ২০৲ | ,, | ,, | ১০,০০০৲ |
| (৭) | শামুময়া | | ,, ১০০ ,, | ,, | ২০৲ | ,, | ,, | ২,০০০৲ |
| (৮) | আগর | | ,, ১০০ সেরদা | ,, | ৪৲ | ,, | ,, | ১৬,০০০৲ |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| (৯) কর্পূর | মণ | ১০ | মণদা লুপা | ৮০৲গী | হিংদা লুপা | | ৮০০৲ |
| (১০) লং অমুবা | ,, | ১০০ | ,, | ,, ২০৲ | ,, | ,, | ২,০০০৲ |
| (১১) লং অঙাংবা | ,, | ১০০ | ,, | ,, ২০৲ | ,, | ,, | ২,০০০৲ |
| (১২) লং হিগোক | ,, | ১০০ | ,, | ,, ২০৲ | ,, | ,, | ২,০০০৲ |
| (১৩) লং অঙেবা | ,, | ২০০ | ,, | ,, ২০৲ | ,, | ,, | ৪,০০০৲ |
| (১৪) ব্ল্যাক ক্রেপ | ,, | ১০ | সেরদা ,, | ২৲ | ,, | ,, | ৮০০৲ |
| (১৫) মেখলী ফি ৫০০ ফি অমদা | | | ,, | ১॥০ | ,, | ,, | ৭৫০৲ |
| (১৬) মেখলীগী সনাগী শেল ৫০০ অমদা লুপা ১২৲গী হিংদা ,, | | | | | | | ৬,০০০৲ |
| | | | | | | মোট লুপা | ৫৬,৮৫০৲ |

(২)

ইংরেজ তুরুপনা থুংলবা থা অমগী মনুংদা গৌরশ্যামনা জয়সিংহ মহারাজগী পক্ষদগী পিগে হায়না য়াখিবা পোৎশিং—

| | | |
|---|---|---|
| (১) | মুগা (সিল্ক)— — — — | মণ ৫ |
| (২) | য়োৎ | —,, ৫০০ |
| (৩) | কোপাস (Copas) | —,, ৫০০ |
| (৪) | মেক্রুক (Dammer) | —,, ৫০০ |
| (৫) | খোইজু (Wax) | —,, ২৫০ |
| (৬) | শামুময়া | —,, ৫০ |
| (৭) | আগর | —,, ২০ |
| (৮) | লং অমুবা | —,, ৫০ |
| (৯) | লং অঙাংবা | —,, ৫০ |
| (১০) | লং হিগোক | —,, ৫০ |
| (১১) | লং-অঙোবা | —,, ১০০ |
| (১২) | মেখলী ফী | ফী— ৫০০ |
| (১৩) | মেখলী সনাগী শেল | — ১৫০ |

# অরোইবা শরুক।

## (ক)

### শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীযুৎ মারসিং-টন সাহেব গবর্ণর জেনরেল বাহাদুরদা ইবা পত্র*—

৭ শ্রীমোহনরাংমো

জয়তি

গঙ্গা—৫

অনুপেক্ষনীয় শ্রীভাগ্যচন্দ্র সিংহস্য—

বিনযপূর্ব্বক সেলাম নিবেদনঞ্চ। আগে শ্রীযুত লাড সাহেবের উমর দৌলত জেয়াদা ৺ করিতেছেন তাহাতে অত্র মঙ্গল পরং নিজ রাজ্য মণিপুর হইতে আমি মোঃ মুরসিদাবাদে ৺ স্নান করিতে আসিবা অন্তকরণ হইল আমার স্নান কারণ ৺তিরে এক বাটী তৈয়ার করাই এবং সওদাগরিকারণ বড় হাতির দাত ও মোম আদি অনেক চিজিদ নিজ রাজ্য হইতে মোকাম মুরসিদাবাদে পঠাই কথক জমিন না হইলে বাটী কিমতে হয মরজি হইলে মুরসিদাবাদের কলেক্টর সাহেব নামে এক চিঠী আমার উকিলকে হুকুম হইলে অনেক মেহরবানগী আমার মুক্তিদার উকিল শ্রীরাস বিহারি দাসকে নিকট পঠাই জে জে বিবয বোববো আরজ করিবে তাহাতে গোর মেহের-বানগী ফরমাইলে আমা প্রীতি অনুগ্রহ প্রকাশ আমার উকিল মজকুরাক সরফরাজ করিয়া স্ববায় বিদায় হুকুম হইলে বহুত মেহরবানগী লাড সাহেবের দৌলত জেয়াদার খএরাফিয়ত লিখিবা

---

*প্রাচীন বাঙ্গালা পত্র সঙ্কলন নাঃ ৮২

খুসী করিতে হুকুম হইবেক ইহা নিবেদন করিলাম ইতি মোঃ মুরসিদাবাদ সন ১২০৫ সাল তারিখ ২১ শ্রাবন—

মহামহিম শ্রীযুৎ লার্ড মারনিংটন সাহেব গবনর জানরেল বাহাদুর দৌর্দ্দণ্ড প্রতাপেষু

মোঃ—কলিকাতা

---

( খ )

শ্রীযুৎ চৌরজিৎ মহারাজনা ইংরাজ সরকারদা ইবা পত্র*—

শ্রীহরি

৭ ৺স্বস্তি শ্রেষ্ঠবৃন্দারকাদিনিকুরমরবন্দিত শ্রীমন্নিষ্ঠেষ্ট দেবভজন পরায়ন শ্রীশ্রীযুত কলকটা বরসাহেবর শৌর্য্যধৈর্য্যাদিগুণগনালঙ্কৃতবপুঃ মহামহিমসাগর পরমপ্রচণ্ড প্রতাপেষু নিবেদন পূর্ব্বক প্রেষিত চৈত্রস্য রুদ্রদিনজেৎ পত্রী গ্রাহনীয়া পরং সমাচারঃ শ্রীযুত পিতৃদেব মহারাজা বর্ত্তমানাবধি মোস্থবু রাজার সঙ্গে বিরোধ মত চলে ৺ঈশ্বর কৃপাতে আমাদের নৃপাভিষেকের পশ্চাৎ সেই রাজা ধর্মের নিমিত্তে সন্ধি করিতে পত্র সমেত ভদ্রলোক পাঠাইতেছি আমিও ধর্ম দেখিয়া মানিলান তদবধি প্রীতিমত চলিয়াছি পঞ্চত্রিংশদধিক সপ্তদশ শাকেতে শ্রীযুত কল্কাটা বর সাহেবর আমাকে মিলতে চাই ইথমিবধ? পত্র সমভ্যারি মদীয় শ্রীখুড়া ভদ্রসিংহকে পাঠাইলাম আমিও তদনুরূপ করিতে ৫ পাচ দিন মুকামেতে আসিয়া রহিয়াছেন সে সময়ইতে পেগু লোক আসিয়াছে সেই খবর শুনিয়া পুনশ্চ দেশেতে আমিও গেলাম

*প্রাচীন বাঙ্গালা পত্র সঙ্কলন, নাঃ ১৬১।

৺ঈশ্বর ইচ্ছাতে আমাদের মন্দাদৃষ্টক্রমেন দেশ ভগ্ন হৈয়া পুনশ্চ হেড়ম্ব দেশেতে আসিয়া রহিয়াছেন তত্রচ শ্রীযুত কৃষ্ণচন্দ্র নারায়ণ বাহাদুর ভাই হেড়ম্বেশ্বর সঙ্গে শ্রীবর সাহেবর মিলিয়া পেগু সঙ্গে যুদ্ধ করিবার জৈন্যে যে যে পরামর্শ করিয়াছেন সেহ কালক্রমে স্বর্গপ্রাপ্তি হৈয়াছে অতএব আমিও পুনশ্চ দেশে যাত্রা সে উদ্যম করিতে চাই অতএব লিখি আপনকার যদি আমারদিগে যথচিত প্রীতি থাকে তবে যতকিঞ্চিৎ সাহায্য করি দিবেন আর বিশেষ সেই দেশতে আপনকার মনস্থ থাকেন একত্র হৈয়া যুদ্ধ করিলে বড় বিশেষ হই আইতে যাইতে নাগা কুকিতে আমিও যথাশক্তি সহায্য করি দিব শ্রীবলরাম সিংহের প্রমুখাৎ বিশেষ বৃত্তান্ত জ্ঞাত করিবেন কিমধিকং বিজ্ঞবরেষু সন ১১৩৬ তারিক ৯ চৈত্রস্য লিপিবিষং—

৭৺স্বস্তি সততাভীষ্টদৈবতচরণদ্বন্দ্ববিভাবনবিমলীকৃতান্তঃকরণ শ্রীশ্রীযুত কলক্টাবর সাহেবর মহামহিমসাগর শৌর্য্যাদিগুণোপেত মহা-প্রচণ্ডপ্রতাপেষু প্রেষিত পত্রীয়ং—

---

## ( গ )

## শ্রীযুৎ মারজিৎসিংহনা শ্রীহট্টগী ম্যাজিস্ট্রেটতা ইবা পত্র*—

শ্রীশ্রীমদ্রাধা গোবিন্দ দেবো জয়তি

শ্রীশ্রীযুক্ত - মৎ পিতৃদেব মহারাজায়ে

৺৭ সস্তি প্রচণ্ডপ্রতাপবৈরিবরেণ বিদারেন প্রমত্ত পঞ্চানন শৌর্য্য-ধৈর্য্যগুণান্বিত শ্রীশ্রীবর সাহেব সদুদারচরিত্রেষু সৌহার্দ্দজনিকা পত্রমিদং

*প্রাচীন বাঙ্গালা পত্র সঙ্কলন, লাঃ ১৯৪।

সম্প্রেষিতং ভবত্তব্যাদিকমনবরতমীহমানানামস্মাকমপ্যত্র সামযিকং ক্ষেমম্বর্ত্ততে বিশেষস্তেতাবান পরং সমাচারঃ—

পূর্ব্বে ৺ ব্রহ্মাদেশের সঙ্গে বিরুদ্ধক্রমে রাজ্য হারিয়া হেড়ম্ব রাজ্যে ইষ্ট গোষ্টির সম্বন্ধে কয়েক দিবস বাস করিয়াছিল তাতে শ্রী সন্ধিকারী হেড়ম্বশ্বরে ৺শ্রীশ্রীযুক্ত মৎ পিতৃদেব মহারাজাকে প্রনাশ করিয়া শ্রীধর সাহাকে রাজা বানাইতে উদ্যম করিয়াছিল আর আমাকে ও শ্রীমদ্ভ্রাতৃর সঙ্গে বিরুদ্ধ কারণ স্থান ভ্রষ্ট হৈয়া অনেক দুঃখ শোকেতে হেড়ম্ব রাজ্যে আসিতে ও শ্রীহেড়ম্বেশ্বর দুইভাইকে চারিটি ঘোড়া সন্দেশ করিয়াছেন তদধিক ১ গোট ঘোটক বিনিমূল্যে বলৎকারে লুটিয়া নিলেন এ জন্যে আমার চিত্তে অত্যন্ত অসন্তোষিত হৈয়া যুদ্ধ করিতেই আসিয়াছি এই কারণ মাত্র জ্ঞানী হবেক আর কোন প্রকারে আপনকার সঙ্গে আমারার যৎ কিঞ্চিৎ বিরোধ ভাব নাই অথন পূর্ব্বের যেমত স্বচ্ছন্দ তীর্থে গতায়াতের কারণ জ্ঞাপন করিতেছি সে প্রকারে সর্ব্বাংশে শোভিত বটেণ আর কোন এক প্রকারে আপনকার ক্ষোভিতান্তঃকরণ না হবেক ইহা জ্ঞানী হবেক আর ই রাজ্যে পুনরায় শ্রীহেড়ম্বেশ্বর আর মদ্ভ্রাত্যাদিবর্গ আসিতে অনুরোধ কারণ ১ এক ফেরেঙ্গি ঠানাদার দিতে হবেক আমি ও যৎকিঞ্চিৎ অনুপযুক্ত ১ এক গ্রামের খাচনা পেছোই দিতে উপযুক্ত মানি সর্ব্বজ্ঞেষু অলং বহুনা শক ১৭৩৯ তারিখ ১২ পৌষস্য লিপিঃ

পত্রমেতৎ সদুদারচরিত্র শ্রীবরসাহেবের স্থানে পহুছিবেক—

---

লোইরবা

## চিংথহৌবা*

লাল নেম্রবদা খংবা ঙমই—জাপানা হলক ভারতা প্রান্দা—রকপা অসি আজাদ হিন্দ ফৌজ-বু মতেং পাংলকপনি। হায়রিবা আজাদ হিন্দ ফৌজ অসি ১৯৪২ ইংদা নেতাজী সুভাষ চন্দ্র বসুনা জর্ম্মণদগী নোংপোক এশিয়াদা লাকুনা হায়রিবা চহি অসিগী মে থাদ্দা ভারতবাসী লানচংপা কাংবু খোমহুনা শেমখিবনি। ফৌজ অসি ব্রিগেড মঙাথোক্না খায়দোক্লমই। ঝাঁসী রাণীগী মমিং লৌহুনা 'ঝাঁসী রাণী ব্রিগেড' থোল্লি, মহাত্মা গান্ধী, পণ্ডিত নেহরু, মৌলানা আজাদ অমসুং সুভাষ চন্দ্র বসুগী মিং লৌহুনা 'গান্ধী ব্রিগেড', 'নেহরু ব্রিগেড', 'আজাদ ব্রিগেড', অমসুং 'বোস ব্রিগেড' থোল্লি। পলেল এরিয়াদা 'গান্ধী ব্রিগেড' লৈরমই। মহুবু মতেং পাংনবা 'নেহরু ব্রিগেড' অমসুং 'আজাদ ব্রিগেড' থাগৎলকই। 'বোস ব্রিগেড'না পলেল-টামু এরিয়া অমসুং কলোডান উপত্যকাদা লাল শোক্লরমই। 'বোস ব্রিগেড' অসিবু ১নং গরিলা রেজিমেণ্ট হায়রগসু খংনৈ। ব্রিগেড অসিগী মার্কাদি—অঙাংবা অমসুং অশংবনা ওইরমই। 'গান্ধী ব্রিগেড' পু ২নং গরিলা রেজিমেণ্ট হায়না খংনৈ। মার্কাদি —অশংবনি। 'নেহরু ব্রিগেড' অমসুং 'আজাদ ব্রিগেড' পুনা মথংশিংনা ৩নং গরিলা রেজিমেণ্ট অমসুং ৪নং গরিলা রেজিমেণ্ট হায়না খংনৈ, মার্কাদি মথংশিংনা ৱাওথাংনবা অমসুং অঙৌবনি।

*আজাদ হিন্দ ফৌজ।

## চুমথোকপা

লাঃ ৮৭ পংক্তি ৫ "কলারাণীবু আসামগী ইরোই লোইবা নিংথৌ চন্দ্রকান্ত সিংহদা" গী মফমদা "চন্দ্রকলারাণীবু আসামগী নিংথৌ পুরন্দর সিংহ (১৮১৮-১৮১৯ ইং) দা" ওইগনি।

লাঃ ১৪৭ পংক্তি ১৩—

"১৭৯৯ ইং" গী মফমদা "১৯৩৯ ইং" ওইগনি।

লাইরিক ফংফমঃ—

(১) মণিপুর ট্রেডিং সোসাইটি,
শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।

(২) শ্রীকোইজম শ্যামাসিংহ, ৮৭ নং,
শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।

(৩) ইম্ফাল স্কুল ষ্টোর,
সদর বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।

(৪) মণিপুর বুক ডিপো,
কৈশামপাৎ জংসন, ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।

(৫) শ্রীতুল্লভসিংহ, ভাগ্যবতী পত্রিকা এজেন্ট,
সদর বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট।

(৬) এল্ বাবু নিমাইসিংহ এণ্ড ব্রোস্
সদর বাজার, ইম্ফাল।

---

# লাইফ্ ইন্সিওরেন্স

ইমুং মনুংগী মী খুদিংমকপু অশোই অঙামদগী ঙাক [illegible]
ঙম্নবদি মুংঙাইবা ইমুং খংনৈ। থবাইগী দমক শোইদনা
শেনফম্ নৈরবদি মান্না মুংঙাইথোকপা য়াই অমসুং
থোইনা রাফম নৈতে। মাংকম থোক্লবদগী
ফংলকপা হায়বদি লাইবক ফবা
হায়বসিনা লল্লোন-ইতিক্কী অমসুং
শেম্মগী ফিবম চেৎপা হেলহল্লি। লাইফ্
ইন্সিওরেন্সনা চেল্লকপা পাউ অসি আশা অমনি,
মসিগী মথোদি মী খুদিংমক্কী অমসুং মী পুম্নমক্কী শেনফম
কাইহন্দবনি। হিন্দুস্থানগী পলিসি অমা লৌবিদুনা শো
কায়হনবিগনু।

মিঃ এ, আর, সেন, এম্, এস-সি ;: এ, সি, আই
(লণ্ডণ)

ব্রাঞ্চ ম্যানেজর,
সাকটুকিয়া রোড
পোঃ আঃ গৌহাটি (আসাম)।

হেড অফিসঃ-
হিন্দুস্থান
কো-অপরেটিভ ইন্সিওরেন্স সোসাইটি
হিন্দুস্থান বিল্ডিংস,
কলিকাতা।